


# অরোইবা খোঙচৎ

শোণী



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

**AROIBA KHONGCHAT**
A travel memoir by Sonney (Thokchom Manihar Sinha)

Published by : **A.C. Netrajit**
**The Ashangba Communication**
**Wangkhei Ashangbam Leikai, Imphal**
**Manipur, India**


2536 Chateauguay, Montreal
H3K 1L1 Quebec Canada
E-mail leichinsinha@yahoo ca
liktiki@hotmail com




**14 June 2006, Imphal, Manipur (India)**

Price : Rs 250 (Two Hundred and Fifty) only




অরোইবা খোঙচৎ
(লমকোই বারী)

শোণী (থোকচোম মণিহার সিনহা)

অফোঙবা ঃ এ. সি. নেত্রজিৎ
অশাংবা কমিউনিকেসন
বাংখৈ অশাংবম লৈকাই, ইম্ফাল, মণিপুর, ইন্ডিয়া

ফংফম থোকপা পুন্নমক অইবগীনি
তাং ১৪ য়ুমশকৈশা, জুন ২০০৬

মমল ঃ লুপা ২৫০/- (চনি য়াঙ্খৈ)

লাইরিক ফংফম ঃ ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং অমসুং অশাংবা কমিউনিকেসন।

মখুম ঃ নেষ্ট এডভারটাইজিং এজেন্সি, ইম্ফাল।

অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

(১) খোঙচৎ (১৯৯৯)

(২) থবানমিচাক (২০০৩)

---

নম্ফম ঃ— লময়ানবা প্রিন্টর্স. কোনং লম্পাক. ইম্ফাল।

ইচমচম্বা মী। অমগী মীৎয়েংদা
উজখিবদুতনি ঐনা ইজরিবসে,
লাইরিক অসি গাইডবুক অমদি
ইতিহাসকী। মচাক য়াওবা লাইরিকনি
হায়না পাবিবিবশিংনা। লৌবিদনবা হায়জরি।

# কৎচবা

"নুপীগী" খাপোনবা খোম থকপা জীবা ঙাক্তনি ঐখোয় পূম্নমক। নুপীগী শিয়োমনুংদগী মালেমদা খোঙদারকপগা প্রকৃতিদগীসু হেন্না পূকচেল চাওবী নুপীদুনা মশাগী ওইজবা পূম্নমক থাদোক্তুনা নুংশিনা য়োক্তুনা চাওহল্লি। 'নুংশিবা' হায়বা ৱাহৈ অসিমকসু মহাক্কী শিয়োমনুংদগী থোরকপা ৱাহৈনি!

প্রকৃতিদগী হেন্না পূকচেল চাওবী মহাক অদো পলেম ইমানি।

অমরোমদা পূকচেল চাওবী নুপী কয়াসু লৈ। ঐগী পন্থুংফম খংদ্রবা পুন্সি খোঙচৎতা ইমাগী অমদি পূকচেল চাওবী নুপী কয়াগী মফমদা তোনখিবা নুংশি-লমনশিংবু খরদং ওইরবসু শিংবা ঙমব্রা হায়বগী ৱাখলদা ঐনা লাইরিক অসি ইজখিবনি। ঙসিদি ঐগী লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজরি।

শৌনী

মোন্ট্রিয়াল, ১১/০৯/২০০৪

# লনাইগী ওইবা ৱাফম

অরোইবা খোঙচৎ, লাইরিক অসি ফোঙদোক্লিংউ ইশানা মীরমদা লৈরিঙৈ মণিপুর (ইন্ডিয়া) গী ইকাইখুম্নজরিবী শকনাইরবী অইবী ইচেমশি এম: কে: বিনোদিনী, জে. এন মণিপুর ডান্স একাদেমীগী ভাইস চেয়াবমেন প্রো: এল. দামোদর, সাহিত্য একাদমী এৱার্দিশিং কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্র, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহোন, অমদি মণিপুর ইউনিভর্সিতিগী ওঝা প্রো: (ডা:) নোংমাইথেম তোম্বী, ঐগী মরুপ কোরাস রিপরটরি থিয়েটরগী ডাইরেক্তর রতনথিয়াম (পদ্মশ্রী) অমদি মণিপুর ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্ড ক্রিটিক্স এসোসিয়েসনগী প্রেসিদেন্ট আর. কে. বিদুর নচীংবনা পাবিদুনা খঙদ-উদবা কয়া শেমদোক-শাদোকপগী খুদোং চাবা ফংজখি। মশিমক্কা লাইরিক অসি পাবা য়াবগী মশক অমা ওইবকখিবনি। মরু ওইনা প্রো: (ডা:) তোম্বীনা মণিপুরী লোলগী বনানগী মতাংদা চেকশিন্নবা চে অমসু ইবিরকখি। ওঝাশিং অসিনা লাইরিক্কী মরমদা মমল য়াম্লবা ৱাফম কয়া ফোঙদোকপীরকপা কয়াশিং বাংলা লোলদা চহিশিদা ঢাকাদা ফোঙগদৌরিবা অরোইবা খোঙচৎ অসিগী লাইরিকশিদা লোইনমক হাপ্পবা শেম-শাবা লোইজরে। ইমালোল (মৈতৈলোল) গী লাইরিক অসিদা হাপচখিদবা অসিগীদমক ওঝাশিংনা ঙাকপীগনি। ফ্রেঞ্চ, ইংলিশ, থাই, নেপালি, বাংলা অমদি খেমার লোলশিং ঐনা খংজরুবা খরগা য়ানশিননরবা ৱাহৈ খরা লাইরিকশিদা থেংনবীগনি। অমুক্কা হেন্না পুন্নমক্কা, মৈতৈলোলগী বনানগী মতাংদা অরুম অয়াং, ওইফম থোকপা থোক্তবা কয়াশিংগী মতাংদদি ময়াম্না খংবী উবিরিবশিংগা খেন্নবা চুনদবা কয়া থেংনবীরকপশিং কয়াদা অইববু মতম চুপ্পগী ওইনা ঙাকপীগনি হায়না খনজে।

অরোইবা খোঙচৎ লাইরিক অসি ফোঙদোক্নবা হোৎনবদা মপুং পাবা শেলগী মতেং পাংবীরকখিবা ইংল্যান্ডদগী ডা: থোকচোম এ. কে. সিনহা, মোন্ট্রিয়াল কেনাডাদগী থোকচোম লিক্লা সিনহা, থোকচোম লৈচিল সিনহা, থোকচোম লন সিনহা অমদি মৈতৈ

জগোইগী কলাকার পেবম শান্তিবলা, সোরাম ওংবী রেশমী দেবীনচীংবনা মতেং কয়া পাংবীরকখি। মশিগা লোইননা ঐগী মরুপ আর. কে. বিদুর প্রেসিডেন্ট মণিপুর ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিয়েসন, ডা. থোকচোম বি কে. সিনহা, থোকচোম অরুন সিংহ, থোকচোম মনুবী মৈতৈ, কবি হামোম প্রমোদ (কেনাডা), লৌরেম্বম চনু বিদ্যুৎপর্ণা (কেনাডা) নচীংবনা মতেং কয়া পাংবীখিবা ঐনা কাওজদে।

ঐনা ইম্ফালদা থুংলববা মতুং খ্বাইদগী তেল্লবা নুমিৎ তবানিমুক্কী মনুংদা লাইরিক মচাশি পুথোক্লবা হোৎনবদা অযুক নুংথিল, নুমিদাং থিদনা অহেনবা মতম কয়া কাইথোকপিদুনা হোৎনবীরিবা লমযানবা প্রিন্টর্সকী মেনেজর ইনাওইবুংঙো টি. মঙ্গি অমসুং কম্পুর্টস পাইবিরিবা ক্বকচিংতাবম জযপ্রকাস (জপু) শর্ম্মা, মীং খংজদ্রবা ইচা-ইনাওশিং লোইননা নেষ্ট এডভারটাইজিং এজেন্সি, বাবুপাড়াগী ইনাওশিংগী মফমদা শিংবা ভন্নবোইদবা লমন তোনশিনলে হায়না ঐনা লৌজে।

লৌনী

ইম্ফাল, ০৭/৬/২০০৬

# ৱাহৌদোক

মহৌশাগুম হেক নিংলকপদা নম্বো-থাবো য়োমশিল্লগা ফুক হৌগৎতুনা মাইকৈ-সলাই খণ্ডদনা লম-লমগী, সহর-খুঙ্গং, লৌবুক-লমহাং, চীংয়া-তময়াদা চিকমাং মাংখিবদু ঙমদ্রে হৌজিক, অফা-অপুন অমা লৈরে। য়ুমদগী খোঙকাপ অমা কানথোক্লুবদা ঐগী পুন্সিগী খোঙলোয় ওইমিন্নরিবা ময়ামগী ৱাখলনা চুপ্লি পায়দুনা খাম্মী, তেরবা লম-শগোল অমা খাম্বগুম। রুটিনগী য়োহ্লিং কোলহৌনা পুল্লবনি ঐগী পুন্সি। অদুবু থম্মোয়নুংদা ফুমলিবা লম কোয়নিংবগী লমহেনবা ৱাখলদুদি করিগুম্বদা থেমবা য়ারক্তে। মতম-মতমদা, মরক- মরক্তা মথি ফোংলকই। রুটিনগী য়োহ্লিং থদৎত্তুনা থোরকহন্নবগী শাথীনা তকশিল্লি ঐবু। খল্লি, অহানবা অঙাং উনবদা মৌ নহানা ৱাবদুমক্কী অৱাবদুমক ওইরমগদ্রা ? হন্দক য়ুম থাদোক্লগা থোরকপা সিসু অদুগুম্বা ৱারক-ৱাতেম য়ারক্তবা খাংবদা ৱারবা মতাং অমদগী স্কুল লৈথোকপা ছাত্রঅমগুম ইং ২০০৩ জুলাইগী তাং ৩, শগোলশেন নুমিৎতা পঙ্থুংফম খংদনা মোন্ট্রিয়াল থাদোকখি। লিক্লা ঐগী ইচানুপী তুং ইল্লকই। ইংল্যাণ্ডদগী ইম্ফাল ফাওবতনি। কোলেজগী ছুটি লোইরমদায় ওইরক্তুনা ইন্ডিয়াদা থা অমা মখায়রোম লৈরম্লগা হনখি।

বাংলা সাহিত্যগী ফাওরবা কবি সুনীল গাঙ্গুলীনা হায়বা লৈ, 'কবিতাগী মহুত্তা অমরত্ব পীরবা ফাওবদা ঐ লৌজরোই। ঐগী ওইনদি কবিতা নত্তে লম কোয়বনি। লম কোয়বগীদমক অমরত্ব ত্যাগ তৌবা ঙমগনি খল্লি ঐসু। লম কোয়দুনা ইমুংগী অফা-অপুন ত্যাগ তৌদুনা নুংঙাইনা হিংলিবা ঐবু চন্না মীহৌবা মরুপ-মপাং খরনা শোন্নবসু য়াওই, 'আ ! কয়াদা ফগ্রবনো শোণীগী মরাইবক !' ঐ লাইবক্লা তন্নবা অমা লাক্কনি হায়বসি থাজদে। হিন্দু- বৌদ্ধ-জৈনশিংনা থাজনবা মপোক মপোক্কী 'কর্ম' ফোলসু থাজদে। ঐগী থাজবা অমদি লৈজে 'হোৎনবা কল্লবদি পূন্নমক ফংদ্রবসু খরদি অদুমক মফংই।'

হোৎনবদা তুং হনদবা মীনি ঐ। হোৎনমন খরা ফংজরিবসিনা প্রমাননি।

যাত্রাগীদমক শেম শারিঙৈদা য়ুমগী ক্লোজেট্‌তা থম্বা গোপাল, রাধাকৃষ্ণগী যুগোল-মূর্তি, ক্রোশতা য়াল্লিবা, যীশু, প্রভুপাদনা ইংলিশতা হন্দোকপা গীতা অমদি বুদ্ধগী মূর্তি মচা-মচাশিংদু খুরুম্নবা ঐগী লোইনবীনা মীৎচিনা ইশারা তৌরকই।

লাই নিংজরগা কনাগুম্বা অমনা শান্তি ফংজরিবদু অমুক্কসু মথোই কানবা ঐসু খুকুম্মী। ঐনা খুকুম্মীদো কনাবুনো ঐসু খংদে। খুরুম্বা মতমদা ঐঙোন্দসু অঙৈংবা-অচিকপা ৱাখল অমা ফাওবকখি। মদু লাইগা করিমত্তা মরী লৈনদবা অঙৈংবা-অচিকপনি। লিক্লাসু লম কোয়বা চৎতৌরি হায়বগী হরাওবা অমনা লাইশিংদু ফনা কুইনা খুরুম্মী। লেট ওইরনি হায়না খংলাও লাওবদগী হৌগৎলকই। ঐগী নুপীসু মখুৎ অনী লোন্নবগা খুকুম্মী, লাইদা শোয়দনা নিজরমগনি ঠিকানা লৈতনা মাংখিগদবা ঐবু তেক্ত-কায়দনা থুনা হল্লকহন্নবা। অচুম্বনি, ঠিকানা লৈতনা মাংলুই মতম কয়ামুক, ইংল্যন্ডগী সোলস্‌বরি (salisbury), অমসুং নূঙগী যুগকী (Neolithic) মীওইশিংনা শারম্বা মিদায়েভল মাইন্ডগী মনুংদা সেভেন ৱান্ডর্স অমনি হায়নরিবা মনুমেন্ট স্টোনহেঞ্জ (Stonehenge) কী মায়কৈ মরি পবিক্রমা তৌদুনা। কর্লাইল সহরগী (Carlisle) মনাক্তা বর্দোস্‌ৱাল (Birdoswall) দা লৈবা বোমানশিংনা শারম্বা চহি লীশীং অনীরোম মমাংগী হৈদ্রিয়ানস্‌ ৱাল (Hadrian's Wall) গী মথক্তা চেন-চোংবী শান্নদুনা। হিমালয় চীংশাংগী নাপোমদা, ত্রিশুলি, শ্বেতি তুবেলনা লীকলু পরেংগুম লৈতেংলিবা নেপালগী চীং-উমংগী মরক্তা। কম্বোডিয়াগী সীয়াম বীপ (Siem Reap) সহরগী মনাক্তা ৮ শুবা শতাব্দী অদুবাইদগী ১২ শুবা শতাব্দী ফাওবগী মনুংদা হিন্দু-বৌদ্ধ নিংথৌশিংনা শারম্বা ঙক্কিংনিংঙাই ওইববা আংকোব বাট (Angkor Wat) নচীংবা নূঙগী মন্দিব-স্তুপা কয়াগী থোঙ্গালদা ফমদুনা। শ্যাম গী কোনুং বেঙ্কোক্কী লৈতেং ওইরিবা পেগোদাদা লাৎলিবা সনাগী বুদ্ধমূর্তিদা তুমিন-তুমিন আগরবতি কৎলগা খুকম্লিবা মকোক মরু শিৎ নান্না কোকপা ব্রহ্মচাবী ভিক্ষুশিংদুগী ৱাখল খন্ন-খন্না মশীং নাইদ্রবা মসজিদকী সহব ঢাকাগী লম্বীদা ককচেংগুম ক্রিক ক্রিক ইন্ননা চৎলিবা বিক্সোগী কাফেলাগী মরক্তা অমসুং চৎলু-চৎলুবা মফমশিংদুগী নাবক মোংশোংদা হৌবা লৈনম চেনবী নিংথিরবী লৈরাং কয়াগী মোন-মোন লাওববা মশাইগোন্দা। মতমদুদা ঠিকানা লৈতনা মাংখিবা ঐগীদমক ইমুংগী মী অমদি খংন-চান্নবা মরূপ-মপাংশিং পাখৎনবা যাওখি। মোন্ট্রিয়ালদা লৈবা ঐগী লুনা তিন্নবা মরূপ-মপাং কয়ানা ঐগা কোন্টেক তৌনবা হোৎনবা পূন্নমক অবেম্বা তাখি। মখোয় লোয়নমক অন্ধকাব (অমম্বা) দা লৈখি। মখোয়না অন্ধকাবদা লৈবিঙৈ মতমদনি লম কোযবগা লোয়ন-লোয়ননা ঐনা কুশি-রাশি তৌনা নুপী-নহাগী সঙ্গ থিখিবদু। মদু ফজবা মওংদা পুথোক্লগদি 'সহজিয়া' লাইনিংচৎকী মনুং চনবা 'পবকিয়া রতি' (নুপী-নুপা ঙাংনবা) গী মযাই কাবা ৱাখলগী ঈথিলনি।

মৈতৈলোন্দা 'সহজিয়া' হায়বসি অরায়বা হায়বনি। লাযবা-লূবা খংদে আদিরসকী মবেক থাংবদুদা 'সহজিয়া' ঐগীসু নুংঙাইবগী স্বর্গ কাবগী লাইনিংচৎ ওইরি।

শতাব্দী ৮/৯ শুবা দা বেঙ্গলগী তান্ত্রিক মোৎ চৎপা বৌদ্ধ সন্যাসি অমসুং হিন্দু ব্রম্মচারীশিংনা শন্দোক্লম্বা দর্শন অসিগী নুংগী ৱা হায়ববু ইন্দ্রিদা ফাওরকপা অপাম-নুংশি কামদগী জ্ঞান তাল্লগা মোক্ষ ফংই। বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লোন্না থুপ্না থমজবা লাইনিংচৎ 'সহজিয়া'গী নুংগী ওইবা 'পরকিয়া'গী মরমদা তাকপা কাম য়াওদনা পোকপা প্রেমগী আধ্যাত্মিক ৱাঙুলোনদুমক্তি হায়রিবসিগা য়াম্না খেন্নরে। জয়দেব কবিগী গীতগোবিন্দ (শতাব্দী ১২), চন্ডিদাসকী শাংলবা পদাবলি 'শ্রীকৃষ্ণ কীর্তন' (শতাব্দী ১৫) অমদি বিদ্যাপতিগুম্বা বৈষ্ণব কবিশিংনা শৈথারম্বা রাধা-কৃষ্ণগী প্রেমলীলানা মদুগী খুদমনি। অদুবু সংস্কৃত সাহিত্যদা দেবীশিংগী হকচাংগী কায়াৎ খুদিংগী বর্নন তৌরগা ইরম্বা কাব্যশিং পারগা হকচাং শাগৎলকই। পার্বতীগী খোমলাং অনীগী ফজবদুগী লৈশি-লৈথোনবতদা ইরম্বা শ্লোক য়াঙ্খেনি।

মীওইবা হায়বসে 'নানান রকম' (মওং-মওং) ৱাখলগী মখা পোনবা জীবনি। ঐদি 'নানান রকম' ৱাখলগী মনুংদা অরাইবা সহজিয়াদতা লূপচবা মীনি। কামগা শাগোন্নবা আদিরসনা ভুন তারবা লূদবা, লায়বা, অথেনবা নুংশি-নুংঙোলগী লীলা শান্নবদা ফাওরকপা ভূতাত্মা অমদি জীবাত্মা অনীমক্লা ফংবা নুংঙাইবা অদুতনি ঐগী 'সহজিয়া'। লম কোয়বা মতমদা ইমুং-মনুংদগী লাপথোকখিবা অমদি ঙকশমদা কিশিল্লবা সংসারগী কিশি কোমথোবকপনা ওইরমগদ্রা 'সহজিয়া' গী শাফু অদু অমুক্তসু হেন্না কনখৎলকই। চৎলু-চৎলুবা, লম-লমদুগী অন্তপুর (হারেম) দা লৈবা নুপী নহাগা শন্নবিংবগী অঙকপা অকনবা খৌরাংবা অমনা ঙাওচৎনহল্লি।

রামায়নগী সুন্দরকান্ডদা রাবনগী অন্তপুরদা থোক্লিবা রতিশাস্ত্রগী থৌদোকশিংদুতা পাবদগী সংস্কৃত দ্রামাগী লময়ানবনি হায়নবা 'বুদ্ধচরিত' ইরম্বা সন্যাসি অশ্বঘোষ (শতাব্দী ১০০?) ফাওবা ঙাওচৎনখি। ঐদি সন্যাসি নত্তে, লম-লমদুগী দেবীশিংগা হেক শন্ন-শোক্লরুবদতা ঙাওরবা মীচমনি! পুন্সিগী অয়াম্বা থৌদোক-থৌরম, ধর্ম্মগী পাওতাক, কামগী খুৎশেম ঙাক্তনি। প্রেম (অপাম-নুংশি) হায়রিবা ৱাহৈ অসিমকসু কামদগী থোরকপা ৱাহৈনি হায়বগী ধারনা অমা পোকহল্লি।

হিন্দুশিংগী অথর্ব বেদদা নুপীনা য়াবিরক্লবা মন্ত্র কয়া লৈ। থেমলুবদা হেক্তা য়ারকপগী আশানা মন্ত্রশিংদু চিনফা পুনবা ঐনা কয়া হোৎনখি মতম অমদা! কামগী মতাংদা নুপাদি য়াম্না মরাইবক ফবা প্রাইমেটনি। নুপীনা য়ানিংবা-য়ানিংদবা নুপানা হায়বদুতা য়াগদৌবনি, চাক থোংলিঙৈ মতমদা নুপানা হৌরক্লবদি চাকশং মৈ চাক্লবসু নুপাগী কামগী মৈবু হান্না মুথৎকদবনি হায়বসু য়াওরি কনা-কনাগুম্বগী থাজনবীদা। ঐদি কামদা য়াম্না করাম্বা থীবোং লাওবা, থম্মোয় শেপ্পা মীশক্লি।

বৌদ্ধধর্ম্মগী পরম-পরা মতুং ইন্না গৌতমবুদ্ধগী ধ্যান কায়হন্নবগী হৌবা 'মার' (মীওইবগী অনেম্বা থাক্কী অপাম্বশিং) অদুনি ঐগী খোংলোয়।

বুদ্ধদি অথোইবা অহেনবা মহাজ্ঞানী মহাপুরুষনি। মহাক্কী ধ্যান কায়হনবা ঙমবা শক্তি 'মার' কনাগী লৈ? ঐদি 'মার'না মীৎ খৎপদতা শুক্ষৎলবনি। ইকাই-ইকি, অফ-ফত্তা খনবগী ৱাখল থোরক্তে। মাল ওল্লগা লম-লমদুগী ওক্তবিদগী হৌরগা থেমবদা য়ারক্কদৌবা নুপী নহা কোয়থি থি, শিবা-চংবা কিবিদনা। চাহৈদবা-থকহৈদবা পোৎ চাই, থকই, তান্ত্রিক লাইনিংগী শাস্ত্রদা য়াওবা 'ম' মঙামক (মাংস = শা, মৎস্য = ঙা, মদ্য = য়ু, মুদ্রা = লন্-থুম, মৈথুন= লুহোংদনা নুপা-নুপী ঙাংনবা) পূম্নমক, অমত্তা খাক্তনা, চীথদনা। পামজরুবগী মতুং ইন্না ঐবু পূমলাক লাকশিনবা সেক্স-কামগী ৱা ঐগী খুৎইদা, ৱাঙাং-শঙাং, শাজৎ-লীচৎতা যাম্না য়াওই। তশেংনা মদুনা ফোঙদোকপা ঐগী ৱাখলগী মপুং ফাবা চেলাই (চিত্র) নত্তবগুম খল্লকপা মতাংসু ময়াউই। খল্লি, কাম পুন্সিগী লাই য়েকপদা তঙাইফদ্রবা অঙাংবা মচুনি। 'ঈ' সু অঙাংবা মচুনি। বাঙ্গালি হিন্দু মৌশিংনা 'সিথি' (শেমঞ্জেং) দা সেক্সকী সিম্বল ওইনা তৈবা সিন্দুর অদুসু অঙাংবা মচুনি। অঙাংবা মচুনা অমম্বারোমদা ঐবু লমজিংলবসু হিমালয়গী চীংদোল ধবলগিরি, অন্নপূর্ণা, মৎস্যপূচ্ছগী নাকচেক্তা নোংঙালমদায় নুমিৎকী সনামচু মঙালগী মশেক লাংযদু উরগা শেংলবা মঙাল অমনা ঐগী আত্মাদা পকপা অমোৎপশিংদু শেংদোকপিরম্বগুম তৌখি। মতাংদুদা নুপী নহাগী ৱাখলদি লায়রদুনা ৱাখল খনবগী ৱাখল ফাওবা থোরকখিদে। পুমহাং হাংখি থম্মোয় ওম্থোকপা 'সমাধি' অমগী শাগৈনি, ঙাইহাক্কী ওইনা পুক্নিংগী হোংলকখিবা মওং অদু। ঐগী খুৎইদা ঐনা চৎলুরবা লমশিং হায়বদি বাংলাদেশ, ইন্ডিয়া, মরু ওইনা মণিপুরগী মফমশিংগী মরমদা হঞ্জিন-হঞ্জিন পনবা থেংনবীগনি। অপাবশিংদা মদু য়াম্না মোনোটনস ওইবা য়াই অদুবু ঐগী খোঙচৎসিদা তাঞ্জা অমা য়েংদুনা মতম কুইনা কায়নরুরবা খংন-চান্নবা মরুপ-মপাং অমদি শাগৈ-নাতৈ মীপুম খুদিংমকপু উন্নহৌদবা যাদে হায়বগী অনিংবা অমসু য়াওরি।

ফজা-ফজদবা মতাং চাব-চাদবা ইকাই-ইকি য়াওদনা খুদোং চাবা লৌবগী মতাগুম পংইতা ইবগী মরম হায়ববু মথংদা লাইরিক অমা অমুক ইনা ঙমগনি হায়বগী আশা লৈরক্রবননি। অরোইবগী ওইনা ইরিঙৈসিদা ঙম্বমখৈ ইহৌরগে ঙম্বমখৈ হায়হৌরগে হায়বদু থোক্লে।

য়ুবিপিদিসনা হাযবম্মী, "ইকাই খংদবা হায়বসি লায়না মখল অমনি। মীওইবগী তোল্লবা লাযনানি"। ঐ লায়নাদুনা নারবা মীওই অমনি।

# স্টোনহেঞ্জ



"Pile of Stone-henge! so proud to hint yet keep
Thy secrets, thou that lov'st to stand and hear
The plain resounding to the whirlwind's sweep,
Inmate of lonesome Nature's endless year,
Even if thou saw'st the gaint wicker rear
For sacrifice it's throngs of living men,
Before thy face did ever wretch appear,
Who in his heart had groaned with deadlier pain
Than he who tempest-driven, thy shelter now would gain."

**Section XIV, "Guilt and sorrow, or incidents upon Salisbury plain"**
**— William Wordsworth**

চাওবাক্লা খৃষ্টগী চহি লীশীং অহুমলোম মমাংদা (এন্সাইক্লোপেদিয়া বৃটন্নিকাগী মতুং ইন্নদি ৩১০০) বৃটেনগী মশক লাকঙমদ্রবা মমীং মথা খঙদ্রবা খুন্নাই খরগী মীওইশিংনা শারম্বা মনুমেন্ট স্টোনহেঞ্জ য়েংবা লাকখি। ইতিহাসকী ৱাংমদা লৈখ্রবা ইতিহাস অমগী খুদম অসি ঐগী স্মৃতিদা ময়েক লানা লৈহৌগদৌরবা ঐগী অরোইবা খোঙচৎ অসিগী অহানবা খোঙদাফমনি।

স্টোনহেঞ্জ য়েংবগী করিগুম্বা প্লান শীনখিবা লৈখিদে। নিংলকপদগী ফুৎ ফাওরকপনি। স্টোনহেঞ্জগী মরমদা অর্টিকল খরা পারুবদগী অমুক্তং য়েংজগে হায়দুনা খল্লকপদি কুইরে। খংদে অথিংবা অমা নৎত্রগা অমা হেক্তা থোরকখি। ইংল্যান্ডদা অদুক শাংনা লৈরিঙৈ মতমদসু লাপ্পা লৈখিবা অঙকপা পোৎশক অমা ওইনা লৈখি। জ্ঞান-বিজ্ঞানগী অরোইবা থাক য়ৌরবা মতম অসিদা ঙরিংঙাই ওইবা পোৎ লৈত্রে অদুবু চহি লীশীং অহুমলোম মমাংগী মীওইশিংনা করম্বা শক্তি পুথোক্তুনা অদুক্কী মতীক লূপ্পবা নূঙশিং অমমম লোনখৎলগা মনুমেন্ট অমা থল্লমদুনা মখোয়বু কাওবিদনবা হোৎনরম্বদু ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকপা ৱাহং অমা ওইনা লৈখি।

লন্ডনদগী বসনা স্টৌনহেঞ্জনা লৈরিবা মফমদু তপ্পা চৎলি। ইংল্যান্ডগী হৱা-নুংশিৎতি ইশুক্ত-শুকই, নোংথি-নোংমঙ্গল্লি। খুদক খুদক্তা হোংই অইং-অশা, নোংজু-নুংশাগী চাং, কারবারৱালাগী মায়থোংগুম। নুমিৎ অদুদদি ৱেদর য়াম্না ফখি। বস মনুংদগী ইংল্যান্ডগী খুঙ্গংশিংদা খুন্দা-লৈতারীবা মীশিং, মখোয়গী য়ুমলৈ-কৈরৈ, লৌবুক্তা ষণ-শগোলশিংনা শজিক চাবা, মনা পূংলবা উপাল মচা-মচাশিংদুনা স্ট্যেন্দইজগী মওংদা হৌরিবা অদু পূম্নমক্তু য়েংন-য়েংনা লাকখি। পুং অহুমলোমগী জর্নিদা ইংল্যান্ডগী পাক চাওব্দা অনীশুবা সদামটন (Southampton) গী হিথাংফম অদুগী মনাক থৈরগা লাকই। হিথাংফম অদুদা থাহৌবা মওং-মওংগী জাহাজশিংদু লানগী জাহাজ-মপৈ অর্মদাগুম লানগী শেম-শাদুনা লৈবগুম রেডিদা লৈহৌই।

অনীশুবা লাঞ্জাওদা হিটলারগী বোমনা শীংকুপ শানা থুগায়বিরম্লবা হিথাংফমনি। সদামটন হিথাংফম মনাক থৈরগা লাকপা মতমদা লিক্লানা এক্সাইটমেন্টকা লোয়ননা লাওরকই, 'পাপা টাইটনিক জাহাজ মফম অসিদগী লাস্ট জর্নিদা খোংশানখিবনি।' টাইটনিক কৌবা ফিল্ম য়েংলুবদগী টাইটনিক্কী ৱারী তারবা ঙাক্তনি। ঐ নত্তনা ফিল্ম অসি য়েংদবা মী দুনিয়াসিদা থোইনা লৈত্রবনি। ফিল্ম য়েংলুবদগী খংবা পাউ ওইরে খন্দুনা ঐনা লিক্লাদা ফাগী তৌই। 'টাইটনিক ফিল্ম ঐ য়েংদ্রি, নংনা হায়বসি ঐ চুম্মী হায়না লৌরে।'

"ফাগী নত্তে পাপা, নং খংব্রা, টাইটনিকনা নিউয়োর্ক পাংনা চৎপদা অতাওবা উনগা ৱাইশিন্নদুনা ইং ১৯১২, এপ্রিলগী তাং ১৫ গী অয়ুক অঙনবদা কেনাডাগী নিউফাউন্ডল্যেন্ডদগী খা রোমদা চাওরাক্লা মাইল ৪০০ মুক লাপ্পদা পেসেঞ্জর ১,৫১৩ গা লোয়ননা লুপখি হায়বদো, লূপ্পরোই কায়ররোই, ফোর্মিদেবলনি হায়না বৃটিশনা চাওথোকচবা অন্‌লকী টাইটনিক সদামটন হিথাংফমদগী থাখিবনি।"

টাইটনিক, সদামটন হিথাংফমদগী অরোইবা খোঙশানদা চৎখি হায়বা খংবা মী, ঐগা থানা ঐখোয়না তোংলিবা বসসিদা য়াওবা মানদে। মরমদি সদামটন হিথাংফম

লোমদা মী অমত্তনা খংনীংবা য়াওনা য়েংখিবা লৈতে। মপুক্সিচুপ্পা মেতেরিয়েল ৱার্ল্ডগী দাবী পুন্নমক থুংনবা হোৎনরিঙৈদা মতৈ-মনাও অমগা-অমগা রোমান্স তৌনবগী মতম কাইথোকপা ঙমখিদবা লম-লমগী অহল ওইরবশিংনা সেকেন্ড হনিমুন তৌবা লাকপা ঙাক্তা মাল্লি, অদুবু নিউজিল্যেন্ডদগী লাকপা রোব, (রোবার্টনা অতেনবা মীংগৌ'সি কৌবীয়ু হায়) অমসুং বারব্রা মখোয় মতৈ-মনাও অনীগী ৱারীদি তোঙাল্লি। লন্ডনদগী থংনবা সিটতা ফম্মিন্নদুনা লাকমিন্নরকপা টুরিস্টনি। মখোয় অনীমক পৃথিবীগী মফম কয়া কোয়রুদুনা লমশিংদুগী ৱারী-ৱাখোং, ইতিহাস, কলচর, চৎন-লোনচৎনচিংবা কয়া মমুৎতানা খংলবা মীওইনি। চহি খুদিংগী তীর্থ চৎপগুম মচামশুদা কারবার শিন্নরল্লগা হেক-হেক থা মরি মঙারোম লম কোয়বা থোরকই, মীনা থোইনা চৎনদবা মফম কয়াদা। মিদ সিক্সটিজ অদুৱাইদা রোবনা মেলানেশিয়াগী সোলোমোন আইল্যেন্ডস চৎলুবগী ৱারী লী। মরমদম নিউজিলেন্ডগী মনাক্তা লৈবা আইলেন্ডসতুদা চৎলুবদুনা মহাক্কী অহানবা ভোয়েজনি।

সাউথ-পেসিফিক ঈথৎকী মনুংচনবা সোলোমোন আইলেন্ডসকী মলাইটা (Malaita) দা (চহি চামমুক কোলোনিয়েল প্রভু হৱাইটশিংগা শম্নরবসু) ফি কয়া থোংদবা আদিম যুগকি মরীংজেল খাবা শাথিরবা ক্বাইয়ো (Kwaio) বুশমেনশিংগী (Bushmen) য়ুম্বাল কৈবাল চৎনলোন মহাক্কা ঐঙোন্দা তম্বদু কলচরেল এনথ্রোপোলোজি নৈনবা পন্ডিত অমনি খনদবা ঙমদে।

ক্বাইয়োশিং য়াম্না মনীং মখা তম্বা য়াম্না শাথিবা পীক্লবা ট্রাইব অমনি। মশাগী কলচর ঙাকপগীদমক শিব-নাবা কিদে, অদুনা মপাল লমগী কোলোনি শন্দোকপা, ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপা মীশিংবু মখোয়না নুংশিদে, য়েন্নবা ওইনা লৌই। ইং ১৯১১ দা খৃস্টান মিশনরী অমা অদুগা ইং ১৮৮০ দা জহাজ অহুমগী ক্রু তূম্না হাৎখি, মহাক্কা হায়। মফি মরোল নিংথিনা শেৎপা হৈত্রিঙৈ, হৌজিক্কী সভ্যতাগা শম্নদ্রিঙৈ মেলানিশিয়ান চীংমীশিংদুগী লৈজরম্বা পুন্সি-খোঙচৎ অমদি চন্নবা থম্মোয় অদুবু রোবনা য়াম্না থাগৎলি; "মহৌশা লাইরেম্বীগী অশেংবা চারোন শুরোনশিংনি।"

ক্বাইয়োশিং হৌজিক হান্নগুম নত্রে। অয়াম্বনা খৃস্টান ধর্ম্ম চৎলে। কোলোনি ওইখিবদগী মখোয়গী পুন্সিদা অহোংবা কয়াসু লাক্লে।

রোবনা নিউজিলেন্ডর বারব্রানা অস্ট্রেলিয়ননি; ঐঙোন্দা শক তাকপা মতাংদা বারব্রানা রোবগী মরমদা ফাগী তৌদুনা হায়, "রোব কৌবগী মহুত্তা কীউই (Kiwi) কৌবনা চানরোইদ্রনে!"

মশা পাল্লবসু পাইবা ঙমদবা নিউজিলেন্ডগী মীবুসু খংনবা নেশনেল আইকোনসু ওইবা উচেক অমনি 'কীউই'। ঐসু খুম্মী, "মিস্টর রোবসে অদোম্না মশা মরেং ককথৎপীরবা পাইবা ঙমদবা কীউই ওইহনবীরে!"

আড্ডা (লৈপুং-ফম্বা) অমদি লম কোয়বা পামজবা মীওই অমনি হায়বদু রোবতা ফাওব্রা খঙদে মহাক্না কোয়রুবদা থেংনরকপা ইন্টরেস্টিং ওইবা ৱারী কয়া তাঞ্জা-তাঞ্জা য়েংদুনা ঐঙোন্দা তাহল্লি। সাউথ-ইস্ট এসিয়াগী মফম কয়াদা চৎলুবগী মতাংদা হায়, কম্বোডিয়ানা খ্বাইদগী মহাক্না পামজবা লৈবাক্নি, লাইরজরবসু খেমারশিং (khmer) মশাগী সম্মান ঙাক্না চৎপা মপুকচেল শেংবা খুন্নাইনি। রাজনীতিনা মরম ওইদুনা মখোয় মশেল সিভিল ৱারদা তুম্নবা হাৎন শুনরবসু মখোয়গী অতিথি সেবাগী থাগৎনিংঙাই ওইবা মীংচৎ অদুদি মাংহনদে। বস মনুংদা য়োম্বা কোফি কপতু চিংন-চিংনা হংই, 'কম্বোডিয়া চৎলুরব্রা?' মথা শমথবকই, কম্বোডিয়াদা লৈবিবা 'আংকোব বাটগী নূঙগী নিংথিববা মন্দিরশিংবু উরব্রা? মন্দিরশিংদুদি ইতিহাসকী মমল নাইদ্রবা ফূরা অমমমনি। স্টোনহেঞ্জনা ইতিহাসকী ৱাংমদা লৈখ্রবা ইতিহাস অমগী ফূরানি।' রোবকি স্টেটমেন্ট অসি ঐনা কোট তৌবা য়াবা ৱাহৈ অমগুম খন্ন-খন্না খুম্মী, "চৎলুদ্রি চৎকেদি খল্লি।"

পূংজা খরগী খোংবু ওইখিবা রোবনা কম্বোডিয়াগী বা মতেক অমা পনখিবদু লম কোয়জনীংবা ঐঙোন্দদি কম্বোডিয়া চৎনিংবগী ইনোৎ অমা হাপচিনখি। পূংজা খবদংদুদা রোবনা বারব্রাগা লন্ডনদা চহি কুপ্থা মঙারোম মমাংদা থেংনখিবগী অমবপ্রেমগী ৱারী মতেক অমসু তাহল্লি।

'বারব্রাগা লন্ডনদা উন্নরমদ্রগদি নুংশিবা হায়বদু মশক খংলমদনা তোক্লমগনি! লম কোয়বগী হেন্দোক থোইদোকপা খুদোলনি ঐগী পুন্সিগী!" য়াম্না মনা শিংবা বারব্রানি। থৌ-ৱা ইশা শাদনা লাওরকই, 'কিউই'সি ঐনা হেক উবদা নুংশিখিবা নুপানি।'

রোবনা মোমোন নোক্লগা মাগী 'ওসি' (Aussie অস্ট্রেলিয়ানশিংবু কৌনবা) নুপীদুবু য়াম্না নুংশিনা য়েংলগা চেৎনা কোনশিনখি। বারব্রানা মমায় অদু রোবকি থবাক্তা লোৎশিনখি। অহল অনীগী মতৌদু কাম-ক্রোধ-লোভ-মোহ মাদ-ঐশ্বর্য্য য়াওদ্রবা নুংশিবগী তাংলবা শক্তম মখল অমনি তশেংমক্কী।

স্টোনহেঞ্জ, মক্রুক মক্রুক চৎপা নানদবা চাওর-চাওরবা নূঙ (মেগালিথিক) গী মথক্তা অদুক্কী মতীক চাওরা চাওরবা নূঙ থোংগৎলগা শাখিবনি। অথাপ্পদগী য়েংবদা কোয়রোক কোই। ইংল্যান্ডগী সোলস্‌বরি (Salisbury) জিলাগী উইলশয়র (Wiltshire) দনি। লন্ডনদগী মাইল ৮৫ লাপ্লি। সোলস্‌বরিদগী স্টোনহেঞ্জ পূংখায় অমরোম চংখি।






স্টোনহেঞ্জ য়ৌনা লাকপগী লম্বীসিগী ওই য়েৎ পুমহাং-হাং[illegible]। [illegible]পাল-উপাল খরবুদি লন্ন-লন্না হৌই।

লিক্লানা ঐগী গাইড ওইখি অদুবু ৰাকিটোকিগুম্বা স্টোনহেঞ্জগী মর[illegible]ন পীবা যন্ত্র অমমমদি এন্ট্রেন্স ফীগা কোন্নখিবদুনা ফ্রীদা ফংহল্লি। ফোটো নম্নবা হোৎনরিঙৈদা মদু শীজিন্নবগী ঐগী মতম লৈখিদে।

স্টোনহেঞ্জ, এস্ট্রোনোমিগা মরী লৈনবা খুদম ওইরমগনি হায়না ইং ১৯৫০-৬০ অদুৰাইদা ওক্সফোর্দ ইউনির্ভসিটিগী ইঞ্জিনিয়ার অলেকজন্ডর টোম (Alexamder Thom) অমসুং এস্ট্রোনোমর জেরাল্ড হোওকিন্স (Gerald Hawkins) অনীমক্না অসুন্না প্রমান পাম্থে পীরগা কন্না দাবী তৌখি; সোলার অমসুং লুনার সিস্টেম অনীবু শম্নহন্বা পরেং ২৪ গী খুদম স্টোনহেঞ্জদা লৈ। শম্নরিবা পরেং ২৪ 'সিনা তাকপদি স্টোনহেঞ্জ গ্রহন লাকপা খংনবগী কলকুলেটরনি। স্টোনহেঞ্জগী মওং মতৌদুনসু থিওরী অসি রিভোল্যুশনরী থিওরীনি হায়না মতম ফনা কুইনা থাজনরম্মী।

ইং ১৯৮৭ দা অব্রে ৰার্ল অমসুং বোঞ্জমিন রে, (Aubrey Burl, Benjamin Ray) মখোয় অনীনা হোকিন্সগী থিয়োরীদা গ্রহন লাকপা তাকপগী কালকুলেটরনি হায়বদো য়ানিংদবা ফোংদোক্লুনা হায়, অশি-অনা থোক্লগা অজা-পূজা তৌনবা মন্দিরনি, গ্রহন লাকপা তাকপগী কালকুলেটর নত্তে।

করিগী মরমগী নূঙগী যুগকি মীওইশিংনা স্টোনহেঞ্জ শারল্লিবনো চপচাবী খঙদ্রবসু হৌজিক হৌজিক ময়াম্না থাজনরিবসি অজা পূজাগীদমক শারম্ব মন্দিরনি। ময়াম্না থাজবগী যুক্তিদি স্টোনহেঞ্জগী মনাক মক্তদা মোংফম লৈরম্বগী খুদম ফংখি। আত্মাগী মঙ্গলগীদমক থাইনগী মীওইশিংতা নত্তে হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগকি মীশিংসু মন্দির শারগা অজা-পূজা তৌনরি হায়বা অসিমক্লশু যুক্তিগা লোয়নবা প্রমান ওইরি।

স্টোনহেঞ্জগী স্ট্রকচর অসি অহানবদা লৈপাক লৈরং তারগা ঊনা য়ুম্বী য়ুংলগা পুখৎপনি। অদুগা ডায়মিটর ফুট ৩৩০ মুক পাক চাওবা কোয়রোক কোয়বা অথেনবা কোম অমনা কোয়শিল্লিবদুগী মনুংদা অমুক শগোল লোঙখুম (হোর্স সু) মওং মানবা অথেনবা কোম অমসু লৈরি।

কোমদুগী মনুংদা ঊগী য়ুম্বী য়ুংনবা মখুল ৫৬ লৈ। মখুলশিংদু 'অব্রে হোলস' (Aubrey holes) কৌই।

রিচার্দ অটকিনসন (Richard Atkinson) না মহাক্কী লাইরিক্তা "Stonehenge" London, H Hamilton, 1956 পল্লি, স্টোনহেঞ্জ ফেইজ অহুমদা শাখিবা মনুমেন্টনি। ফেইজ অহানবদি চাওরাক্লা বি সি ২৯৫০-২৯০০, (ময়ায়চনবা নূঙগী যুগ) অদুৰাইদনি।

অনীশুবা ফেইজদদি (বি সি ২৯০০ দগী চহি ৫০০ মতুংদা ) অব্রে হোলসদা য়ুংলম্বা ঊগী বীম অদু লৌথোকখ্রে। বীম য়ুংলম্বগী মখুলশিং অদু মতমগী মতুং ইন্না খরা ফুনখিবসু য়াওরে। ফুনখ্রবা মখুলশিংদু অমুক হল্লুবদা অশিবা মীগী শরু শয়াঙ ফংখি।

অহুমশুবা ফেইজদা (বি সি ২৫৫০-১৬০০) ঊগী মহুত্তা সারসেন (Sarsen) অমসুং ব্লুস্টোন (Bluestone) নূঙনা য়ুম্বী ওইরে। অরিবা পোৎকি অকক্লবা চহি মতাং লেপ্নবা কার্বোন -১৪ মেথোদ অদু পুথোক্ত্রিঙৈদা মাইচৌশিংনা থাজনরম্মী; কেলটিক (Celtic) সমাজগী ড্রুইদস (Druids) পুরোহিতশিং অমসুং রোমান (Roman) নিংথৌরেলশিংনা শারম্বনি। মেথোদ অসি পুথোকপদগী স্টোনহেঞ্জ মেগালিথিক মতমগী ওইরে হায়বসিনা অচুম্বা ওইনা লৌনরে। মরমদি ড্রুইদশিংনা ইংল্যান্ডদা পুরোহিত ওইনা লাকখিবদি বি সি ৩০০ দনি, স্টোনহেঞ্জ শাবা লোইশিনবগী চহি ১৫০০ মতুংদা। রোমানশিংনা ইংল্যান্ডদা লাকপসু অহানবা বি সিগী ময়ায় চল্লকপা মতমদনি।

ইংল্যান্ডদা নূঙগী স্ট্রকচর মচা মচা চামাপল লোম লৈ। হান্নদি মশিগী শরুক অনীরোমগী মথক্তা লৈরম্মী। মতমগী ঈচেলদা মাংখিদুনা চামাপলতমক ঙাইহৌরে।

অথাপ্পদগী স্টোনহেঞ্জ হেক উবদা মণিপুরদা লৈবা সনাহল লোকচাও অদুগা জৈন্তিয়া জাতিগী কোনুং ওইরম্বা সিলেট অমসুং শিলোংগী মরক্তা জৈন্তিয়াপুব কৌবা মফমদা পাক চাওরবা নূঙপাক মতুম-মতুম খিন্দুনা লৈবদু খংনিং নিংশিংলকই। সনাহল লোকচাওগী মরমদদি হায়বা ঙমদ্রে মফমদুদা মী বলি তৌনরব্রা হায়বদু। জৈন্তিয়াপুরদা মী বলি তৌনরম্বা মফমদু চাওরবা নূঙপাক অমগী মথক্তনি হায়নৈ।

জৈন্তিয়াপুর য়াম্না নিংথিবা ফজবা মফমনি। ঈশিংচাইবী (ৱাটবফোল) লৈ। মদুগী ঈশিংনা চীংলক্কী পীক্লবা তুরেলদা তিনখিবা মফমদুদা নিংথমথাদা সিলেটকী মী অয়াম্বা পিকনিক তৌবা চৎনৈ। মফমদু জাফলোং কৌই। খাসিয়াশিংনা থাবা কমলা তেকথখে পাল্লি। পানা মনাগী বাগানসু লৈ।

কুইরবা ৱানি জৈন্তিয়াপুরগী মনাক শমদুনা জাফলোংদা ঐখোয়না পিকনিক চৎপদা নুপী অঙাং খরদি নূঙপাক লৈবা মফমদু তোংলিবা বস অদুনা লান্দ্রি ফাওবা মমীৎ উইশিল্লগা লৈখি। ঐখোয়দা হেন্দোকলব্রা হেন্দোকলব্রা হায়দুনা হংবগী লোইবা নাইদে। বিদিতলাল দাস কৌবা বাংলাদেশকী পল্লিগীতি (খুঙ্গংগী ঈশৈ) শকপদা ফাওরবা মরূপ অমনা মমীৎ ইউশিল্লিবা নুপীমচাশিংদুবু লক্লবা ওইনা হেনদোক্লে হায়বদগী মমীৎ হেক পাঙথোকপগা নূঙপাকশিংদু উবদা মখোয়না নুংশাথীদুনা লাওরকপদো বজ্র তাবদুমঙাই।

জৈন্তিয়াপুরগী তোখাই-তোখাই তাদুনা লৈবা নূঙপাকশিংদুগী মওং মতৌগা স্টোনহেঞ্জগা শুকমান মান্নদ্রবসু কাহেন্না পাক-চাওবদু উরগা লিংক অমা লৈবগুম তৌই। অদুগা থাজবা পোকহল্লি, স্টোনহেঞ্জ অসিনা করিগুম্বা এনিমিস্টশিংগী লাইশঙ ওইরম্লবদি মী বলি তৌনবা মফম ওইরম্বা শোয়দ্রে। থাজবা অসিমক্লসু ওইরমগদ্রা ইংল্যান্ডগী কবি লোৱামোন (ইং ১২০০, Laymon) না মহাক্কি কবিতাগী লাইরিক ব্রুট (Brut) তা তশেংনমক বলিগী ৱাহৈমক শেংনা হায়দ্রবসু অলৌকিক্কী ৱাফমদি পল্লি:

The stones are great
And magic power they have
Men that are sick
Fare to that stone
And they wash that stone
And with that water bathe away their sickness.

স্টোনহেঞ্জগুম্বা অচৌ-মচা কয়াগী মনুমেন্টশিং কয়াসু পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈ অদুবু স্টোনহেঞ্জগুম্বা নাইতোম মথন্তা ঙানজবা অচেৎপা অরোনবা মিস্টিবিয়াস ওইবা অঙকপা প্রিহিস্টোরিক মনুমেন্টশিংদি মফম অতৈদসু লৈতে। যুংনা খিল্লীবা নূঙগী যুম্বীশিংগী মথক্তা লোংখৎলিবা নূঙ অমমম টোন ৪৫ রোম লূম্মী। নূঙজাওশিং অসি ৱেলস (Wales) কী খা-নোংচুপতা লৈবা প্রেসেলি (Preseli) চীংদগী মাইল ২৪০ শাংবা লম্বীদু লাল্লগা করম্না পুরকখিবা মদুসু অঙকপা অমনি। তাজমহল শাবদা স্লেইভ লীশীং লীশীং শীজিন্নবগুম শীজিন্নখিৱা নৎত্রগা লাইগীদমক মশা মশানা ঙমজবা শক্তি পুথোক্তুনা শাখিৱা মদুসু খংবা ঙমদনা লৈখ্রে।

স্টোনহেঞ্জগী অকোয়বদু য়োৎকি তারানা খাজিল্লম্মী। ৱার্ল্ড হেরিটেজ ওইখ্রবা লন অসি ঐখোযগী অমোৎপা অমাংবা খুৎনা শোক্তনবা খাজিন্দুনা থমখিবা মাল্লি। মী চংবা য়াদনবা তারানা খাজিল্লিবদুগী মনুংদা লিক্লাদি চংনিংবনা খ্রো-খ্রো খোৎতুনা খাংখি।

লন্ডনগী বকিংহম পেলেস গেইটতা অয়েকপা লাইগুম লেপ্পুনা লৈবা গার্ডকুম লেপ্পুনা লৈরিবা হৌখ্রবা মতমগী নূঙগী পীলরশিংদু উরগা ঙক্লোইদবা শোকনিং খোৎনিংলোইদবা মী কনা লৈ।

ভক্তশিংনা নাম শোল্লদুনা মন্দির পরিক্রমা তৌবগুম স্টোনহেঞ্জগী অকোয়বদু থুংনবা ট্যুবিস্টশিংনা কোয়, ফোটো নম্মী। কোয়না কোয়না অঙকপা মীৎয়েং অমদা য়েংই, মাইল ২১ গী মনুংদা নূঙগী করিগুম্বা স্ট্রকচর অমত্তা লৈখিদ্রবা নাইতোম তাবা স্টোনহেঞ্জতা মমীৎ কুপ্পবমখৈ। লিক্লাগা ৱারী শানরদুনা চৎলিবা মীয়াই চল্লবী নিউজিলোন্ডদগী লাকপা

নুপী অদুনা হায়বা তায়, 'অরিবদগীসু লিরবা নুঙজাওশিংসি উরগা অঙকপা ফংনা অকিবা পোকই। অদুবু য়েংনীংবগী খৌরাংবদুসু থিংবা ঙমদে।' রহস্যনা থল্লবা নুঙগী ময়েক্লা ইবা মহাকাব্যনি স্টোনহেঞ্জ।

সোলস্‌বরি, মীনিল-মীকপ-মীরাওখোল লৈতবা সহর মচানি। খুঙ্গংগী মওং মতৌ, হৱা-নুংশিৎ কোক্তি, মোঙ হাদে। মধ্যযুগতগী লৈরক্লবা ঊগী লির-লিরবা দলান, চর্চ, কেথিড্রেল খুরক হাংদে। বৃটেনগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংবা সোলস্‌বরি কেথিড্রেলদু (খৃ: ১২২০) সু মফম অসিদা লৈ।

সোলস্‌বরিদা নুমিদাং অমা লৈরম্মী, 'অভোন ব্রূবরী ইন'দা। হোংসু হোংবা অদুগা এন্টিক ওল্লবা য়ুমকাসু মানবদুদা লম কোয়বগী অথোইবা মথেলগুম ফনবু নুংঙাইখি। খোঙনা কোয়চৎ চৎতুনা হোটেল শুম থিবদগী ইংলিশ পাখং মচা অমনা সজেস্ট তৌরম্বা মফমনি। সোলস্‌বরিগী মী পুন্নমক য়াম্না মাই-ডিয়ারনি। সোলস্‌বরি কেথিড্রেলদা থেৎলম্বা ৱাহৈ অদুমক্কি, 'From wherever you come, we greet you in the name of our God', মখোয়গী মপুকচেল।

কয়ামুক মাই ডিয়ার ওইগে হায়বদা নিংথিনা চৎপা ঙমদবী অহল ওইরবী অমদা বসস্টেন্ড কদাইদা লৈ হংলুবদা মশামক্লা মফমদু য়ৌনা শেকৌ-শেকৌ থিনবিরকই। স্যুভেনির য়োন্বা দুকান অমদা চংলুবদা সেলসগার্লশিংদো ঐগী সেবাগীদমক লৈরম্বদৌনা তৌই। ব্যবহারগা লোয়ননা নোকমি-নোকমিতা তৌবা মায়থোংশিংদু উরগা থম্মোয়দা পেনজবা ফাওই। মসিসু ইংলিশ জাতিদগী তমজনিংঙাই ওইবা ফজবা চৎনলোনগী খুদম অমনি। অদুবু ইংল্যান্ডগী লন্ডনগুম্বা অচৌবা সহরদদি অসিগুম্বা চৎনলোন অসি হৌজিক লৈতবগুম্লে। লাইরবা লমগী ইমিগ্রেন্টশিং মরি মবি চংশিল্লক্তুনা মাংশিনহনবীরে। ইংলিশশিংসু হান্নগুম মখোয়গী ফজবা ব্যবহার কনাদসু উৎত্রে। ঐখোয়বু উরগা কি হঙ্গোইবা অমদি চিংনবা অমগা লোয়ননা লেং থৈরগা চৎলে।

খ্বাইদগী অমুক হেন্না মখোয়না কি তুকচচবা মফমদি লন্ডনগী ইস্ট লন্ডননি। চাওখৎপা লমদগী লাকপা কনাগুম্বনা মফম অসি ইংল্যান্ডগী মফম অমনি হায়বদা পাক হেক থাজবা পোক্লোই। মফমসিদা অঙৌবা কুচুগী মী লৈত্রেমক হায়বা য়ারে। পাকিস্তানি, আফ্রিকান, বাংলাদেশী, কেরিবিয়ানশিংদমক উই মরু ওইনা বাংলাদেশতগী লাকপা সিলেটিশিংনা নম্না খুন্দাই।

নিঙখায় খোক্কাইরক্কদৌবগুম উবা অমোৎপা মল্লবা য়ুমশিংদগী পাইথোরকপা তিলহৌ-চনম, ভাজা-ভাজিগী মনম, ঙমজবা খোল্লাও থারদুনা লাওনবগী অৱাজ, ফিজেৎ-চাকচা অমদি হিন্দি ফিল্মদা নুপী-নহা টীজ তৌবদুমক্কী মতৌমক অন্ডরগ্রাউন্ডগী

(লৈনুং রেল) চংফম ময়াদা চারম্বা নহারোলশিংদো উরগা ইউরোপকী ফজবা চিহ্ন অমত্তা উদ্রে। অন্ডরগ্রাউন্ডগী চংফম ময়াদা চাদুনা লৈরম্লিবশিংদু ইংল্যান্ডদা পোকপা জেনরেশন অহুম মরিরোম শুরবা লমফৈ চৎলবা নহারোলশিংনি। দ্রগ চাবা হৈরে, পৈশা নিবসু। ট্রেন-বসকি কোম্যুটরশিংনা শিজিন্নরবা মাগীদি দরকার লৈত্রবা শিজিন্নবদি য়ারিবা অদুগুম্বা ৱান-ডে টিকেট নিদুনা লৌহৌবশিংদু অমুক মখোয়না মী অতৈদা অফং-অফংবা মমলদা য়োনথোকই।

বাংলাদেশীশিংনা ৱাই চাইবমখৈ লৈবা মফমনি ইস্ট লন্ডন। মিনি-বাংলাদেশনি হায়বা য়ায়। সিঙ্গাপুরগী 'লিটল ইন্ডিয়া' হায়বদুগুম্বা অমনি খন্দুনা টুরিস্টশিং মফম অসি দর্শন তৌবা লাকই।

মতম অমদা ইস্ট লন্ডনদা ঐসু চহি অহুমলোম লৈরম্মী। অলি-গলি (লৈরক খুল্লক) মরু ওইনা ব্রিকলেইন, কোমার্সিয়েল, হেসেল, মাইল্যান্ড, বেথনালগ্রীননচিংবা স্ট্রিটশিংসি মরিক চুম্না থংই। স্ট্রিটশিংসিগী মনুংদা ব্রিকলেইননা ফব-ফত্তবা খ্বাইদগী মমীং চৎলি। স্ট্রিট অসিগী মতাই মতাইদা লৈবা য়ুমশিংগী ফক্লাংদা পানা-কোদাং ওথোরকপগী অকংবা ঈ মচু মানবা দাগ অদু গ্রাফীটি (Graffiti) নি হায়বা য়ায়। খুদোম্বীদা পকপা শুনু ময়াম চংদুনা তৈশিনবদগী জেব্রাগী মশাদা মরাং তুরাং ময়ী চৎপদুমক চৎপা লেম্প পোস্টশিংদুনা তিঙক-তিঙক কিথিক-কিরুম মেরা-ৱাগুম লেপ্পুনা লৈবদু উরগা চাওখৎলবা ইউরোপকী লম্বীদা চৎলি কাওথোকখি। ব্রিকলেইনগী জনসাধারনগী পুন্সি খুৎহিংশু পাকিস্তান, বাংলাদেশ, ইন্ডিয়া, অফ্রিকাগা চপ মান্নে, শেলথুম খরা মরাং কায়না শিজিন্নবা ঙম্বগী শক্তিদু লৈবা মী নত্তনা। ৱেদর ফবা নুমিত্তা বেলকোনিদা লেপ্পুনা নুপাশিং পাইজমা-লুঙ্গীগী নাকল নামা খুউ ফাওবা থাঙ্গৎলগা ৱা চপ চপ শায়দুনা, ফুইনা-ফুইনা চুরুপ চিংলগা, গে গে থগোক্তুনা ফোরেনদা লাক্লে পুন্সি মহৈ য়াক্লে হায়বগী নুংঙাইবদো ফোংদোকই। নুপীনহাশিংশু স্কুলদগী মচা লৌবা লাকপা মতমদা তুম্বদা শেৎপা গাউনগুম্বা ফি শেৎলি অদুগা স্টোলারদা মচা পীশক ইল্লা-ইল্লগা চৎলি। চৎপতা হৈরিবা মচা অমসু লোয়নরি অদুগা মবুক্তসু থা শুরবা মচা অমশু য়াওরি। তৌববুদি চিত্র অসিনা ব্রিকলেইনগী মপূং ফাবা চিত্র নত্তে। শেল পায়বা লাইরিক লাইশু হৈবা মী তেঙহৈ লৈ। ইচম চম্বা মীগী পুন্সি খুৎহিং উরগা ঐনা সমালোচনা তৌরিবসিসু অরানবা অমনি। য়েংবদা মীৎ নারবসু মখোয়গা শম্নরবা তুংদা মীনুংশি চেনবা থম্মোয় ঙাক্তা থেংনখি। মরু ওইনা বাংলাদেশমক্কী মীশিং মপূকচেল য়াম্না চাওই। জাৎ-ধর্ম্মগী চৈখৈ থমদুনা অমনা অমবু তাথি তাওইনা তৌনদে। সিলেটতগী লাকপা মীবু ওইরবদি সিলেটিশিংনা মানা-মানা ঙমজবা পুথোক্তুনা অৱা অনাগী মতমদা মতেং পাংনবসি ধর্ম্মনি লৌই।

ঐনা ইংল্যান্ডদা অহানবা লাকপা মতমদা সিলেটি অমদি বাংলাদেশকী মফম খুদিংদগী লাকপা মীশিংনা মখোযগী পবিবাবগী মী অমগুম্না ঐবু নুংশিনা লৈফম চাফম পিদুনা মতেং পাংলকখি। মতেং পাংলকখিবা মীওইশিংদু ঐগা হান্না খংনখিবা অমত্তা নত্তে। ঐনা মৈতৈমচা অমা ওইববসু সিলেটি লোল খংবদুদা হবাওনা নুংশিনা তৌবকখি। শেল থুম পিবগসু মতেং পাংলকখিবা কযানি। মখোযশিংদুগী মনুংদা ফারুক, মতিন, মুকিম আহমদ, কালা মিযা মখোযবু কাওবা ঙম্লোয। মুকিম আহমদতি হৌজিক ইংল্যান্ডগী শেন পাযবশিংগী মনুংদা অমা ওইবি।

ব্রিকলেইন স্ট্রিটতা ইন্ডিয়ান বেস্টুরেন্ট, ইন্ডিযান বাংলাদেশী ফিল্মখক্তা উৎপা সিনেমা হোল, বাংলাদেশকী মীশিংনতা লৈনবা পোৎচৈ যোন্বগী দুকান অমদি ‘পব্’ না মশীং থিঙমদনা পবেং শানা লৈখ্রে। পব্‌কী পাপ শেংদোক্লবা মসজিদনা মবক মবক্তা মবক খায।

খোঙচৎ অসিদা নোংমা থওইনা ইথন্তা ব্রিকলেইন তম্না চৎলি মমাংঙৈগী নিংশিং বাখল অমনা পুদুনা। যাম্না হোংলম্লে, হান্নদি মোংফমগুম যাম্না চিঙ্গ্শ্মী। মী ইচৎ চৎনবমদে লম্বী অসি ফাওদুনা। হৌজিক্তি মীনা লম্বীশি পীক থল্লে। হেঙ্গৎলিবা মীশিং অদুগী মনুংদা চামদা মবিখু তবা বোর্মদি সিলেটকী মী ওইবমগদ্রা খল্লি। সিলেটি নত্তনা বাংলাদেশবি অতৈ অতোপ্পা দিস্ত্রিক্কী লোল ঙাংনবা মী থোইনা থেংনখিদে। পব’ দগী যু থক্লগা থোবকপা মী অযাম্বদি ইউরোপীয়ান আফ্রিকান মঙ্গোলিযানশিংনি। ইন্ডিযান পাকিস্তানি বাংলাদেশী অমা অনিগদি যাওবম্বসু মযাই। পব’ দগী যু থক্লবগা থোবকপা মী অমত্রা ঙাওশিন্নবা ফুনা চৈনবা লাওনা খোৎনবা উদে। মোন্দা নুংঙাইনা গার্লফ্রেন্ড নৎত্রগা মরূপ মপাংশিংগা বাবী শানদুনা লম্বী চৎলি।

তৌবতবু যু থক্লবগা ঙাওশিন্নবা খৎন চৈন, ফুনবা মসি ইউরোপ আমেরিকাগী সমাজদা থোইনা উদে। অদুবু নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা ব্রিকলেইনগী শেংলবা মসজিদ অমগী মমাংদা লোনচোপকা লোযননা চৈন-লাওনদুনা ফুবিৎ খুদাং তাখৎনবগা ‘তাও পেছ’ (ফুনবগী ধমকা) তৌবগা মী অনীখক্লা শান্নবম্বা লীলাদু ফিল্মগী মনটাজ ওইনা থোক্লুবে। নমাজ তৌবিঙৈদা মুসল্লী (নমাজকি লাকপা মী) অমনা অমগী মখোঙ নেৎলুবে হাযবগী থোকপা লীলানি। যু থকপশিংনা লেপ্পুনা কুম্মৈ যেংনবদু উবগা যাম্লসু নোকনিংখি। মতৌদু উবদা অতৈ মুসল্লিশিং ইকাযমন্দুনা থুন যাংনা চৎখি। মুসল্লি খবনা অনীদুবু ফুদে হাযবতা থাকই। মওকশম ইল্ল ইল্লগা তানথোকখি।

‘শালা দেশকী ইজ্জৎ হাৎপসা। হান্নগী মলোম অদু শেংলবা মফমশিদা ফোংদোক্লবি, শালা।’

লন্ডন্দা লাকপা খুদিংগী ঐগী ইয়াম্বা অতোম্বনা পোকপা ইচানুপী অজন্তাগী য়ুমদতা থুংই। হন্দক্তি অতোপ্পা মফম অমদা থুংদবা য়াদ্রদুনা চুমদ্রিং ইস্ট-লন্ডনগী আপটন পার্কতা নীলমনিগী লৈফমদা চৎলে। ফোনদা হায়নখিবা মতুং ইন্না নীলমনি ভিক্টোরিয়া বস টর্মিনেলদা ঙাইদুনা লৈরম্মী। সিলেটকী মৈতৈ মচানি নীলমনি। ঐখোয়গী সিলেটকী য়ুমদা লৈদুনা সিলেট হাইকোর্টতা লো প্রেকটিস তৌরম্মী। হৌজিক্তি ইংল্যান্ডদা লেংদনা লৈরে। নীলমনিগীদা নুমিৎ হুমনি লৈরম্বদু করিগুম্বা মখল অমত্তগী সেবা ৱাৎখিদে। ঐখোয়বু পেলহন্নবগীদমক থবক থনা কাইথোক্লগা কোয়চেন চেনখি।

ঐখোয়বু 'মদাম তুশোদ' (Madam Tussaud) মিউজিয়াম য়েংলুসি হায়দুনা পুরগা চৎলি। ঐঙোন্দা করিমত্তা ইন্টরেস্ট পোক্তবা প্রোগ্রামনি। ইংল্যান্ডদা লৈরিঙৈদা মরুপ মপাংশিংনা হৌবা খুদিংগী চৎমনখিদুনা তল্লে। অদুবু মহাক্না মাংজৌননা টিকেট কল্লম্বদুদা চৎতবা য়াদদুনা চৎলি। লিক্লাগী ওইনদি 'মদাম তুশোদ' অনৌবা পোৎশক অমনি। সেন্ট্রল লন্ডনগী বেকর স্ট্রিটকা শন্নবা মেরিলবোর্নদা মদাম তুশোদ মিউজিয়ামদা পৃথিবীদা ফাওরবা মীওইশিংগী কেবোলো হৈজিনবা খোইরুতনা শাবা মূর্তি থম্মী। মূর্তিশিংদু তশেংমক্কী অহিংবতা অহিংবা মী মাল্লি। চিত্রকার পিকাশো, স্পোর্টসকী লমদা লেজেন্ডরি ওইরবা পেলে, জে সি ওয়েনস, হোলিউদ-বোলিউদগী ফিল্মস্টার লোইন্না লৈরে। ফত্তবদা, মীনুংশি খংদবদা খ্বাইনা খংনবা অইভন দ্য টেরিবল অমদি সিরিয়েল কীলরশিংগী মুর্তি মরক্তা আইনস্টাইন গান্ধিগী মুর্তিসু লৈ। থল্লি, শেংলবা জ্ঞান অমসুং অহিংসাগীদমক মপুন্সি কৎথোক্লম্বা মহাত্মাশিংদু কয়া ৱানা খাংলমগদবা।

মেরি তুশোদ (১৭৬১-১৮৫০) কৌবি ফ্রেঞ্চ নিঙোল অমনা ফ্রান্সতগী লাক্কুনা লন্ডনদা লিংখৎলম্বা 'মদাম তুশোদ' মিউজিয়ামনি। মহাক ফ্রেঞ্চ রিভোল্যুশনগী (১৭৮৯) অকনবা ঈহৌ হৌরকপা মতম ফাওবদা ভার্সাই কোনুংদা লৈদুনা নিংথৌরেল লুই ১৬ শুবগী মচলনুপী এলিজাবেথপু লাই য়েকপা তম্বীরম্মী। রাজতন্ত্রগী য়েক্লবা রিভোল্যুশনরীশিংনা নিংথৌ খন্‌বা মীশকশিংবু থি-থিদুনা বিচার তৌবীদনা হাৎপা অমদি জেলদা থমদুনা মীওৎ মীনৈগী (রেইন অব টেরর) মতমদুদা মহাকসু মরাইবক থিদুনা নিংথৌ খন্‌বা মীশক অমনি হায়বগী দোষাদা শুক্লবা কৈশুমশঙ অমদা পুন্সিগী মতম খরা লেনখি। মতম অদুদা মহাক্না পুরম্বা থবক অদুদি জল্লাদনসু (শিবগী দন্ডি ফংলবা মীগী মঙক কম্বগী থৌবুবা) তুজুংগদৌবা থবক্নি।

গীলোটিনগী থৌরবা থাংপাক্না কম্বদা কেনবতা ঙাইরিবা তগৎ-তগৎ তেকপা ল্যুরেলশিংদুগী মায়খুম শাবগী ড্যাটি মহাক্না পুরম্বদু। মকোকশিংদু অয়াম্বদি মহাক্কী মরুপ

মপাং অমদি খংন-চান্নবশিংগী ওইবম্মী। মদাম তুশোদ ম্যুজিযমগী "চেম্বব অব হোবোর্স" কৌবা কা অমদা গীলোটিন্না মী কম্বগী বেপ্লিকাদু থম্মী, মদু উবদা হুমাং কাখি, নিংদোল চোংখি।

লন্ডন অসি যেংফমগী যেংফমনা পীক থল্লবা মহাগী মহানগবনি। যেংদুনা লোইগদৌবা লৈতে। ৱাবীসু লীদুনা লোইগদৌবা লৈতে। ঙাওবী ফৈম্বী কোযচৎ চৎলিঙৈদা খংহৌদনা থেংনকবা মফমশিংগী ৱাবী অদুমঙাই তমগে হাযনা তল্লবদা। অদুবু শেল লৈতনা কোযচৎ চৎপা যাবা মফম নত্তবদুদা খবা কোযবগা অদুম লোইশিল্লি, লাযববনা শমজিন্না লোইশিনবা লুহোংবগুম।



মদাম তুশোদ মিউজিযামদা খোইকুতনা শাবা পীকাসোগী মূর্তিগা লোযননা।

# হৈদ্রিয়ানস্ ৱাল



কর্লাইল (Carlisle) সহরগী মনাক্তা বর্দোস ৱাল Birdoswall দা লৈবা রোমানশিংনা শাবমবা চহি লীশীং অনীরোম মমাংগী হৈদ্রিয়ানস্ ৱাল (Hadrian's Wall) য়েংবা চৎলুবদু কো-ইন্সিদেন্স হাযবা তারে। ঐখোয়না ইংল্যান্ডদা লৈবিঙৈদা EMA (ইউরোপিযন মণিপুরী এসোসিযেশন) গী অহুম শুবা মিতিন অদু স্কোটল্যান্ড-ইংল্যান্ডগা তাইনবা কর্লাইল সহরদা পাংথোকখি। ইউরোপ্তা লৈরিবা মৈতৈ মচাশিংগা উন্নবগী তাংলবা তাঞ্জা অসি কৈদৌঙৈ অমুক হন্না ফংবা খংদে হাযদুনা য়াম্না হবাওনা ইয়াম্বা ডা· থোকচোম অমবগী তুং ইন্দুনা কর্লাইল চৎলি।

ইং ২০০৩, জুলাইগী তাং ১১/১২ নুমিৎ নিনি চংনা পাংথোকখিবা মিতিন অদুগী থোইদোক হেন্দোক্না নিংশিংবা যাবদি অবাম্বম সরোজ নলিনি অমদি মহাক্কী মপুরোইবা জোন পবাট (অইবা) অনীনা ময়ুমদা ইবোনবনচীংবা মৈতৈগী ওইবা পান্ডব বর্জিত লম অসিদা অচা অথক কযা শীন লাংলমবদুনি।

কর্লাইলদগী শেফিল্ড তম্না হল্লকপদা ইতৈবেম্মা জ্যোৎস্না না 'হৈদ্রিযানস্ ৱাল' য়েংলুসি হায়বদগী চৎলুবনি।

চীনাগী 'গ্রেটৱাল' নত্তনা 'হেড্রিয়ানস্ ৱাল'গী ৱা মমাংঙৈদা তাখিবা লৈতে। হেড্রিয়ানস্ ৱালগী মরমদা ঐনা হৌজিক খরা খংজবিবসি মফমদু য়েংবা চৎলুবদা মীৎ মক্না উজবা অভিজ্ঞতা অমদি 'বর্দোসৱাল বোমান ফোর্ট' অদুগী স্যুভেনির শোপতা য়োল্লম্বা ব্রোশুরগুম্বা লাইরিক মচা অম-অনী লৈদুনা পাবদগী খরদং খংজবনি।

স্টোনহেঞ্জগুম্না য়াম্না মমীং লৈবা মনুমেন্ট নত্তে। কর্লাইলদগী শেফিল্ড তম্না চৎপা মতমদা মতম লৈরগা য়েংনবতনি। য়েংলুরবা তুংদা 'হৈড্রিয়ানস ৱাল' গী ইতিহাস অদুতনি স্মৃতিদা থম্নবা হোৎনরিবসে।

ৱাল অসি মিলিটরিগী ওইবা লাইন অব কন্ট্রোলনি মরু ওইনদি।

৫৫ বি সিদা রোমগী সম্রাট জুলিয়াস সীজরনা বৃটেন্দা অহানবা লান্দারকপা মতমদা বৃটেনগী শরুক খরা রোমগী লৈঙাক মখাদা থমখি।

বৃটেনগী ট্রাইবেল লালহৌবা কাঙলুপ (রোমানশিংনা লমহেন্বা চাওখৎতবা বর্বরিয়ননি হায়বা) কেলটিক (Celtic) অমসুং মশা-মউদা মচু মরাং তৈশিনবা পীক্টস্ (Picts) কাঙলুপশিংগী মরমদম ওইবদুনা মরক মরক্তা খংহৌ-লাকহৌদনা লান্দারকই অদুগা রোমান লান্মী খরা হাৎলম্বা লূট-পাৎ খরা তৌরম্বা অসিনি।

সমস্যাসি জুলিয়াস সীজরগী মতমদগী হৌনা সমাধান তৌবা ঙমদনা লৈরকপদগী কাইনথংদা হেড্রিয়ান্ কৌবা রোমগী সম্রাট অমনা মফমদুগী লৈঙাক-ৱায়েনগী থৌদা শিন্নরকপা গভর্নর অওলুস্ প্লেটোরিয়স্ নেপোস্ (Aulus Platorius Nepos) দা ওর্ডর তৌরগা শাহনখিবা 'হৈড্রিয়ানস্ ৱাল' নি।

মহাক এ ডি ১২২ দগী এ ডি ১২৬ ফাওবা মফমসিগী গভর্নরগী ফম পুরম্মী। ৱাল অসি নোংপোক পাংনা লৈবা ৱালসেন্ড (Wallsend) গী টাইন (Tyne River) তুরেলদগী হৌরগা নোংচুপ লোমদা বওনেস্ (Bowness) গী সোলৱে ফিরথ্ (Solway Firth River) তুরেলদু ফাওবা য়ৌবা মাইল ৭৩ রোম শাংবা ৱালনি। চাওরাক্না ফুট ১০ রোম ৱাংই, ফুট ২০ লোম পাকই।

হৌখ্রবা ইতিহাস অমগী খুদম মচা অমা ওইরিবা 'হৈড্রিয়ানস্ ৱাল' ঐঙোন্দা হেন্দোক থোইদোকপা অঙকপা পোৎশক অমনি হায়বগী করিগুম্বা ৱাখল অমত্তা ফাওরকখিদে।

ইতিহাসকী চেনা হাংদোক্লুবদা চুম্না শুম থেংনরুবা, কাওখিগদৌরবা ৱারী অমা ওইনা লৌখি। অদুবু ঐনা অঙাংদৌনা চোং ফন্দুনা, ৱাল অদুনা লিনগুম্না থেক খোয়না চৎখিবা মায়কৈদুদা থেবা মওং মানবা চীং মচা মচাশিংদুগী লুতোনগা অতিয়াগা শম্নখিবা নিংথিরবা লেন্ডস্কেপ য়েংলগা খনখিবদুদি কাওবা ঙম্লোই;

'শুক নিংথিরবা মফমসি মতম অমদা লানফম ওইরম্মী করম্না থাজগনি? ঐনা থাজদ্রবসু মীওইবগী ইতিহাসতি লান, লানতগী ইতিহাসনি!'



ইউরোপিয়ান মণিপুরী এসোসিয়েসনগী ফাউন্দর মেম্বর অরাম্বম সরোজনলিনী পারাট।




ইউরোপিয়ান মণিপুরী এসোসিয়েসনগী অহানবা প্রেসিদেন্ট ওইরম্বা
ডা: থোকচোম এ: কে: সিনহা (ময়াই)।

# নোংপোক্কী খোঙচৎ



ইংল্যান্ডদা চযোল অনী বোম লৈবম্মী। মসিদগী জুলাই ২৮, ২০০৩ ইং দা ইম্ফাল যৌবকখি। চহি ফম্না কুইনা কান্নবে, হন্দক ঐনা ইম্ফালদা অমুক হল্লকপসি। মতমসিগী মনুংদা মণিপুরদা অহোংবা কযা লৈবমগনি অদুগা মরূপ মপাং, শাগৈ নাতৈ, খংনচান্নবশিংশু মতমগী মতুং ইন্না ঐদৌনা হোংলম্লনি হাযবগী নুংনাংনবা ৱাখল অমনা ঐবু নুংশা থিহল্লি। নুংশা অমুক্তা হেন্না থিখি ঐগী মরূপ অমনা ইবকপা চিঠি অমা পাকুবদা।

'পৃথিবীগী অবাপ্পা কাচিন অমদা মশিং থিঙমদ্রবা সমস্যা কযাগী নোংমৈ মকুনা ঈহিং নাহিং তানা শীংনাং শাববা মণিপুরনি। রাজনীতিগী সমস্যাগী মথক্তা, হাৎন-শুনবা, শেনথুম লৈতবগী অৱাবা, শেল থুম পীজদ্রগা থবক শুকওই ওইদবা, লোদ শেদিংগী চৈনা, লাইফ লাইন ওইনা লৈবিবা লম্বী-থোং যাহা অমনা বন্দ তৌবে হাযবগা খুদক্তা পুমথিং থিংখিবা, থরু-চানবগী বাদি লাযবদুনা ঈশ্ববনা পীনবা লেম্না ফংবা ঈশিং ফাওবা ফংলকত্রবা, পুন্সি-খুৎহিং কবম্না হিংবা কবম্না চৎপা মদুগী পোলোই ফবা ফত্তবগী অকিবা চৈবাক, দ্রগ অমদি দ্রগকা মরী লৈনবা লাযনা লাইথুং অসিনচীংবা তর্মাথববা কযানা ওৎপী নৈবিববা লমদম ওইখ্রে, মতম অমদা লোর্ড অবউইন্ না সুইটজবল্যেন্ড ওব

ইন্ডিয়া থোল্লম্বা মফমসি হৌজিক্তি অশি অনাগী ল্যোন্ড ওইখ্রে, ইতাক তাকখ্রে। লংজা লৈতবা লমসি লংজাগী চাকতাফম ওইবক্কদৌবে।'

অদুম্নমক ফিভম থিববসু, ঐবু নুংশা থিহল্লবসু মণিপুব ঐগীদমক্তা ওইনদি সুইটজবল্যোন্ডতা নত্তে ইমা-লৈপাকক্তুম অথোইবা লমদমনি, ঐগী থবাযনি।

মণিপুব খাদোক্তুনা ঐনা তাংজবা অথাইবা লৈফমদা অমুক হনগনি খল্লুবদা থম্মোয কাযখি।

সংস্কৃততা 'পঙ্কজ' (পংক লৈখোম লৈনাং + জ = পোকপা) হাযবা বাহৈ অমা লৈ। অথনা থম্বালনি। লৈখোম লৈনাংদা হৌবা থম্বাল অদু বাংলাদেশ মণিপুবদসু নোংমা নাৎত্রগা লোমদি ত্থুং তাবা পুন্সি হৌজিনসিত্তুনা মনা চামা নিপালগা লোযননা মকা যন্না শাং লোই হাযবা লৈতে। ঐগী মঙ হাযবদু থম্বাল অদু কং-ত্থপ্না থল্লবা ঐগী পুখ্রীদসু ফুগাইনা শাংলকপা।

"বহুদিন ধরে বহু ক্রোশ দূরে
বহু ব্যয় করি বহু দেশ ঘুরে

দেখিতে গিযাছি পর্বতমালা
দেখিতে গিযাছি সিন্ধু

দেখা হয নাই চক্ষু মেলিযা
ঘর হতে শুধু দুই পা ফেলিযা

একটি ধানের শীষের উপর
একটি শিশির বিন্দু।"

— রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

মৈতৈলোন্দা ---- 'মতম কযা কাইথোক্তুনা অথাপ্পা লমদম
কযা লান্না ইবল কযা তিংনা লম কযা কোযকবে

যেংবা চৎলুবে চীংশাং পবেং
যেংবা চৎলুবে সিন্ধু

যেংলুদ্রি মীৎ পাংথোক্তুনা যুমদগী
খোংকাপ অনীত কানথোক্রগা

ফৌ চবোং অমগী মতোন্দা
পাক্রবা লিক্লাগী মবিক অমা'

রবীন্দ্রনাথকী শৈরেং অসি মোন্ট্রিয়ালদা লৈবা 'সুলতানার স্বপ্ন' কৌবা বোটিক দুকান অমগী মপু আলম খোরশেদনা তাহনখি। মহাক হায়ফেৎ মমীং লৈজরবা বাংলাগী অইবা অমনি। লাইরিক তরাতরেৎ রোম শুরে ফোঙখ্রে।

'সুলতানার স্বপ্ন' দা বাংলাদেশগী কলচরগা মরী লৈনবা পোৎশক নত্তনা অতৈ অমত্তা য়োনদে।

থাগী অরোইবা থাংজ খুদিংগী সন্ধ্যাদা দুকান অদুগী কা মচা অমদা মহাক্কা পুরিৎ ওইদুনা সাহিত্য সভাগী থৌরমদু পাংথোকই। হায়রিবা সাহিত্যগী থৌরম অসিদা ঐহাকশু মরক-মরক্তা চৎত্তুনা শরুক য়ারুই। মতাং অসিদা ঐগা মহাক্ক করম্না নকশিনরকখিবগে হায়বসি পলহৌবা চুমই। ঐগী প্রবাসী ভিডিও কৌবা ইন্ডিয়ান অমদি বংলাদেশী ভিডিও ফিল্মশিং খক্ত শান্‌বা দুকান অমা লৈরম্মী। হায়রিবা দুকান অসিদা মহাক্না তোয়না লাক্তুনা ফিল্মশিং লৌদুনা য়েংলরবদগী অশুম-অশুম মহাক্কা নকশিন্নরকখি।

রবীন্দ্রনাথকী শৈরেংশিং ঐ থোইনা পাকদ্রি। অদুবু নুমিৎ অদুদা মহাক্না তাহনখিবা রবীন্দ্রনাথকী শৈরেং অসিনা অমম্বা ৱাখলগী গুহাদা বাস তৌরম্বা ঐবু পৃথিবীসি নিংথিনা য়েংজনবা চিংখৎপীখি। পুন্সি মীৎয়েংদা অহোংবা অমা পুরকখি। লমগী যন্না মচি শাংই হায়বগী ঐগী ৱাখলদু পুমকোক কোকহনখি।

ঐগী থম্মোয়নুংদা ঐঙোন্দা কনাগুম্বা লম কোয়বা দরবেশ অমনা হংলকপগুম তাখি; নংবু লম ফনা কোয়রবা মীনি। নংগী ইঙ্খোল মতোনদা নাইতোম শাৎপা সিরোই লীলী, নরৈকাই কৈবুল লমজাওগী মুৎকদৌববা শজি শঙাই অমদি নংগী পোক্লফম লমদম সিলেটকি চা বাগানশিংগী পৃক্লিং হুবা দৃশ্য, মাধবকুন্ড, বঙ্গোপসাগরনা কোল্লিবা চিটাগাংগী কক্সবাজাবদা পৃথিবীদা খ্বাইদগী শাংবা সি-বিচ, অদুশিংদু য়েংবা চৎলুরব্রা?

-- চৎলুদ্রি।

'অদুনদি নংসে হৈবোং মনুংদা লৈবা লমকোয়বা মী নত্তনা কবিসু নত্তে।'

পুন্নমকশিং অসিনা ঐগী ৱাখল পুক্নিং লৈতাবা ঙমহন্দ্রি। অদুবু ঙসিদি পৃথিবী শিন থুংনা ফাওরে হায়রিবা চাওখৎলবা লমগী তোঙাল তোঙালবা মফমশিং কয়া য়েংনিংলুবা চৎনিংলুবগী কল্পকপা মীহৌবদু ফাওবক্রে। ঐনা ঐগী ইবৈপাক ইবমদমগী তাংলবা পুক্কৈ লনগৈ কযাশিং খংননবা উননবা হোৎননিংলক্রে। অদুনা ঙসিদি ঐ অহিং লিক্লাগী তিংথৌ মতোন্দা পকপা লিক্লা মবিক অমত্তং ওইরবশু থিবা চৎনবা শেম শারে।

স্টোনহেঞ্জ অমসুং হৈদ্রিয়ানস বাল নত্তনা ইংল্যান্ডদগী ইন্ডিয়া বাংলাদেশ যৌরকপগী মতুংদা নিংশিংবা যাবা ৱারী থোইনা লৈতে। কুইনা উন্নখিদ্রবা শাগৈ নাতৈ মকপ মপাংশিংগা

উন্নবা চৎপা অমসুং চাকৌবা য়াওরুবা অসিগুম্বা দাইরীগী লমায়দা সুম ইশিল্লগা থমখিবা পার্সোনেল ওইবা ৱা ঙাক্তা ওইনা তৌখ্রে। অদুবু থিয়েটর জগৎকি শিংথানরবা মীওই শ্রীরতন থিয়ামগা ইখং-খংহৌদনা ইথা-থাজদনা সিলচরদা উন্নখিবদুদি য়াম্না নুংশিবা কাওঙমদ্রবা সরপ্রাইজ অমনি হায়বা তারে।

আসাম অমদি তখেলগী মফম খরদা চাইদুনা লৈখ্রবা ইখুড়া-ইন্দোনশিং, মাম্মশিংগী মচামশু, শাগৈ নাতৈ মরি মতাশিংগা লিক্লাগা শকখং মায়খংনহনগে হায়দুনা থোরকপা খোঙচৎতা সিলচর য়ৌরকখি। সিলচরগী চেফোংশিংদা শ্রীরতন থিয়ামগী 'ঋতুসংহার' উৎকনি হায়বগী পাউ থেংনৈ।

সিলচরগী ওডিটোরিয়ম অমদা খৌরাংনা ঙাইরম্বা 'ঋতুসংহার' য়েংবা চৎপদনি ইথা থাজদনা মহাক্কা উন্নখিবদু।

ইং ২০০৩ আগষ্টকী তাং ৬ কী সন্ধ্যানি। লীলা হৌদ্রি, পরপ-পরপ টিকেট কক্কে তৌরিঙৈদা মৈতৈ মচা খরনা রতন থিয়াম লাক্লে. রতন থিয়াম লাক্লে হায়না লাওনরকপা তাই। লীলা পার্টিগা লোয়ননা মশামক য়াওরক্কনি হায়বদুদি ঐ থাজরুদে। টিকেট ককফম লোমদা মহাক্লা লাকপা লম্বীদুদা ঐসু মহাক্কা উন্ননিংবগী আশা অমগা লোয়ননা চংশিল্লি, ঐবু উখি, উবগা চপ লেপখি। ইঙক ঙক্লা লৈখি অদুদগী 'হেয় শোণী নংদি কদোমদগী'! হায়রগা ঐবু কোনশীল্লি।

রতন থিয়াম্না কোনশিল্লীবা মীওইসিবু কনা ওইরিবা থিগৎনরকপা য়াওখি। সিলচরদা ফোঙবা মণিপুরি লোলগী চেফোং অমগী এদিটর অদুনা পুহং পাওহংলবা মতুংদা ঐবু ওহ্! মৈতৈ ফোরেনররো অদোমবু' হায়রম্লগা চৎখি।

এয়ার কন্ডিশনড় লৈতবা ওডিটোরিয়মদা আগষ্ট থাগী মৈশানা ফুৎলবসু হুমাংনা ইশা পুমচোৎ  চোৎলবসু ঐবু মহাক্কী 'ঋতুসংহার'না শুঙ্কৎতুনা থমখি। ইথন্তা শোনজৈ; মহাকবি কালিদাসকী 'ঋতুসংহার' কালিদাসকীনি, রতন থিয়ামগী 'ঋতুসংহার' মৈতৈগী ফজরবা চৎন-লোনচৎকী আঙ্গীক অমদি মহাক্কী মশাগী ওইবা নিংথিরবা কল্পনাগী মচু কয়ানা শংলবা তশেংনমকী মপুং ফারবা অঙকপা কল্পনাগী শক্তম অমনি।

কুইনা উন্নখিদ্রবা মরূপ্নি। চহি তরামবি/মঙারোম মমাংদা অনুক্তি মেক্সিকো সিটিদা পাংথোকখিবা থিয়েটরগী ফেষ্টিভেলদা শরুক য়ারুরগা ন্যুয়োর্ক ফাওদুনা ইম্ফাল থোরকপগী মতাংদা ন্যুয়োর্কতগী মহাক্লা ফোন তৌরকখি। ইচেমশি এম কে বিনোদিনীগী মচানুপা এল শোমী বোই দগী ঐগী টেলিফোন নম্বর লৌরগা তৌরকপনি হায। ফোনদা ঐগা শান্নখিবা বারীদি সিক্সটিজগী মতমদা ঐথোয়না মগোঙ চাদনা ঙাওশিন্নবিঙৈ মতমগী

রিমেইনিস্যেন্স ঙাক্তনি। রতন থিয়ামগী ৱা নিংশিংলকপা মতমদা নুংশিববা রিমেইনিস্যেন্স কয়াগা লোয়ননা ৱা অমসু হেক্তা য়াওশিল্লকই।

ইম্ফাল সহরগী নিউ-চেকোন্দা মেম্মগী চা দুকান হাযবগা খঙনবা চা-বোরা তল য়োম্বা দুকান অমদা চা থক্ল-থক্লা মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিক 'লোন্না হায়গে তুমিন্না তাও' দু ঐনা সমালোচনা তৌবগী মতাংদা খংহৌদনা মহাক্না হায়বকপা ৱাহৈনি। 'অইবা অমা ওইনা শক তাক্লবসু ঐগী অতোপ্পা ড্রিম অমা লৈ, কোন্না হায়গে তুমিন্না লৈয়ু, শোণী হা?'

গৌহাটিদা ফোঙবা 'ইচেম্মা' গী এডিটর ডা ফুরিৎসাবম শ্রীবীরমনিগা অমুক্তং উন্নবমগে খন্দুনা ইম্ফালদগী কলিকাতা চল্লকপদা গৌহাটিদা হাইজিল্লুই। মহাক ঐগা কৈদৌনুংদসু উন্নদ্রি। মহাক্কী 'ইচেম্মা' কৌবা থাগী চেফোং অমা মহাক্না নোংমা থাবকখি। মোন্ট্রিয়ালগী ঠিকানাদা 'ইচেম্মা' থারকখিবদু যান্না ঙক্লা থোকখি। মথং-মথং থা খুদিংগী লেপ্তুনসু থারকখি।

পৃথিবীগী চিদাই অমদা খুন্দাখ্রবা মৈতৈমচা অমবু নুংশিবীদুনা থাবীবকপা জর্নেল অদু ফংজবদা হরাওবনা লুতোন কাখি। খনখি, কবিগুম্বা ইন্ডিয়া থোক্লবদি শোযদনা মহাক্না উনন্নবা গৌহাটি চৎকনি।

গৌহাটি ঐগী খম্মোযগী ব্রহ্মপুত্রদা মফম অমা কন্দুনা লৈখ্রবা উমানন্দনি। অদুনা গৌহাটিদা মহাক্না উনন্নবা চৎখিবদু ঐঙোন্দা য়ান্না রোমান্টিক ওইবা খোঙচৎ অমা ওইনসু থোকখি।

গৌহাটিগী গোপীনাথ বরদলোই এয়ারপোর্টতা থুংলবা নুমিৎ অদু ইং ২০০৩ সেপ্টেম্বর তাং ৮ নি। গৌহাটিদা খংন-চান্নবা মী লৈববসু ঐ কৈদৌঙেদসু মীগীদা থুংদ্রি।

এযাবপোর্টতগী পল্টন বাজাব তম্না প্রীপেইদ টেক্সিদা হোটেল থিবা লাকই এযাবপোর্টতগী মফম অদু ফনা লাপই। চহি কুন মবি/মঙারোম শুবমগদৌবা, প্রীপেইদ টেক্সিগী ড্রাইভর বোডো মচাদুগা ৱাবী শান শাননা লাকই। কেমেবাকা য়ানবদুদা অহানবা লাকপোই খল্লুরব্রা ঐঙোন্দা তাকই, অসিনা গৌহাটি ইউনিভর্সিটি, মাংদা উরিবা চীং অসিনা কামাখ্যা মথং মথং। টেক্সি ড্রাইভরদুগী মমীং বিদুশ্বর নরজারী কৌই। মানা ঐঙোন্দা চাওথোক্লা উৎপা মাগী আইডি কার্ডদা থাবা মীংনি।

গৌহাটিদা খরনি লৈরম্বদু মাবুতা পুরগা কোযচৎ চৎখি। ফোন লৈনববনিনা মাগা কোন্টেক্ত তৌবদা বাখিদে। মমাংঙৈ গৌহাটিদা লৈবম্বদু কামাখ্যা মন্দিব যেংবা খক চৎলুদে। হন্দক্তি মাগা লোযননা চৎলি কামাখ্যা মন্দিব যেংবা।

খুনু মথি, ধুপ মথি, ধুপকি অযাকপা মনম, পৎলবা মল্লবা লৈ মনা, মচোই মচোই তাবা সিন্দুবগী অঙাংবা মচু, কামগী খুদম উৎপা মূর্তিশিং, পান্ডাগী পৱাব, যুগ যুগ কযা শীজিন্নববা পূজাগী যুবী অসিদমক উবকই।

বোডোশিং মঙ্গোলিযানগী শক্তম লৌই, মৈতৈ মাল্লি। অদুনা মাগা ৱাবী শানবদা অতোপ্পা জাতিগী মীগা ৱাবী শানবি হাযবগী বাখল লাকখিদে, নুংশিবা পোকখি। মাসু থম্মোয তিংনা লৌথুপ লৌকোয লৈতনা ঐঙোন্দা মাগী ৱা তম্মী। মখা তানা লাইবিক তমনিংলম্বনি হায, লৈত লাইববদগী ঙমখিদ্রে। মচলদুবুদি কোলেজ তমহল্লি।

বিদুশ্বব নবজাবীনা ঈশিং গ্লাস মচা অমত্তা ওইবসু থকপীদবা যাদে হাযদুনা তকপদগী বাণী পানিচন্দ্র, অমবাবীগী বলহবি কৌবা খুঙ্গংদা লৈবা মাগী মযুমদা ঐ চৎলি। চীংখোং অমগী মখাদনি। এযাবপোর্টতগী থোইনা লাপ্তে। মিলিটবী কেম্প অমসু মনাক্তা লৈ। বোডোগী সমস্যা লৈবদুদা মফম অসি ফোবেনব চংবা যাদবা বেস্ট্রিক্তেদ জোন ওইববোই খনদুনা নুংশা থিরুবে।

মযুম মকৈ যাম্না লু নাল্লি। ওক লোযবসু নমথীবা মনম ফাওবক্তে। ভিসিআব, টি ভি, বেদিও অতেক অকায খবা উই। মনা ওনুপাদু মদুশিংদু মেবামত তৌবগী সার্টিফিকেট পাযদবা মেকানিকনি হায।

ঐনা গৌহাটি থুংলুবা নুমিৎদুমক্কী নুংথিলদা "ইচেম্মা" গী ইডিটব ডা বীবমনি থিবা থোকই। মহাকপু থিবদা ফনা বাখি। কাইনথংদা সনাগী কোনশঙ ফম্বা সিলেটর্কী মৈতৈ অহল অমনা হাযবকই, 'মীশব অদু মকোই খাকপা ইস্বোনগী ভক্তদু শোযদনা ওইবমগনি, স্যাব চূড়াচান্দ মহাবাজগী মুর্তিগী মাংদা চুমদ্রিং চৎখিবা লম্বীদুগী অবোইবা লেম্পপোস্ট অদুগী ওইবোমদা লৈবা অখুবা লৈবক অদু হেক লৈশিনবগা উবদুনি মহাক্কী মযুম।'

মহাক লৈবমদে, মচল নুপীদুগদি উন্নবকই। নবদ্বীপ চৎখি হযেং হংচিৎ হল্লকপা যাই তম্মী। ঐ মচলনুপীদা ঐগী হোটেলগী ঠিকানা পীবম্মী। ঐনা গৌহাটি থাদোক্কদৌবা নুমিৎতুগী নোংমা মমাংগী নুম্মিদাংদা ঐবু উনবা ডা বীবমনি হোটেলদা লাকই।

'ইচেম্মা' গী মবমদা, মহাক্কী মশাগী মবমদা, মতম ফনা কুইনা বার্বা শানখি। মৈতৈ লোন্দা মপাল লমদগী চেফোং অমা পুথোকপগা হাযবসে বাখ্রবা থৌদাং অমনি, শেলগী সমস্যা অফবা আর্টিকলগী সমস্যা, মরু ওইনা পাবীনবা মী লৈতবগী সমস্যা মযার্মসিনা কোকশাবী কাই, মহাক্না হায।

কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা ঐঙোন্দা ইবিরকখিবা চিঠি অমদা পল্লকখিবা ৱা অমা মতাংদুদা নিংশিংলকখি।

"মৈতৈ লোলদদি কান্নদ্রে, মৈতৈনসু পাদে, ময়াংনসু পাদে, নাগানসু পাদে, ইংলিশ, বেঙ্গোলি, হিন্দি, ফ্রেঞ্চ যেশা লোল অমদা ট্রান্সলেট তৌদুনা পুথোক্কে হায়ববু ঐদি লোল অমত্তা নিংথিনা খংদে কমদৌনি? তোক-এ, ইবা তোক্কে।"

ইচেম্মা'দা শেল খরা মতেং পাংগে লাকপনি অদুবু কাওথোক্তুনরা নৎত্রগা থওইহৌদবনরা থারকপা কোপীশিংগী মমলদু ফাওবা পীরমদনা গৌৱাহাটি থাদোকখি।

ঙা বীরমনিগা উন্নবগীদমক গৌবাহাটিদা নুমিৎ মরিনি ঙাইরম্বদো মেমোরীগী খোঙ্গুল লীবদা মতম হৌখিবা খংহৌদে।

ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বান্দা স্টিমার অমগী মথক্তা শাবা রেস্তোরাঁদগী উমানন্দ য়েংনা যেংনা লেনখি। খনখি, মফম অসিদনিকো মাগ ঐগা খাজুরাহোগী মুর্তি শামিন্নখিবদো! অদুদগী মণিপুরী বস্তিদা ঐগা তিন্নরম্বা, খংনা চান্নবম্বা মীওইশিংদু থিবা চৎলি, শিরম্বসু য়াওবে। হিংলিবা মযামদু আধুনিক যুগগী মাইন্ডলেস ওইবা খা-ৱাই খংদনা চেনবা উচি লমজেল (রেট বেইস) অদু কনানা মাং থাবা কন্না তান্নবম্মী। থায়না ঐনা উখিবা মখোয়গী ইচম চম্বা থম্মোয়দু মওং অমা ওল্লম্লে।

মণিপুরী বস্তি অসিমক্তদা অদুঙৈ ইন্ডিয়া-চাইনা লানগী মতমদা ঐগা মতম খরনি নুংশি-নুংঙোলগী ড্রামা শান্নবম্বী নুপী অমবু যাম্না উনিংবা পোক্তুনা মহাক্কী পাও লৌবদা মহাক মাগী মপুৱোইবগা খাইনরগা হল্লক্লে তাবদগী ময়ুমদা চৎলুই করম পাল্লিগে হংবা। তশেংনদি মহাক্না ঐবু ত্যাগ তৌবম্মগা অতোপ্পা অমদা চৎখিবনি।

কোলিং বেল পংখিংতা খিংলুবদা মহাক্না থোঙ হাংদোরকই। অদুগা ফনা কুইনা ঐঙোন্দা ঙকচাননা য়েংদুনা লৈখি।

"ওহ! যুগ অহুম মতুংদনিকো। নহাক হৌজিকসু য়ং ওইরি, ঙাওশিন্নরি চেঞ্জ তৌবমদ্রি।" কোলেজ তম্লিবী মচা নুপীদু কৌশিল্লগা হায়, "মতম অমগী ঐগী নুংশিরবা মরুপ্নি।"

যুগ অহুম হায়বদুনি, ইং ১৯৭৬ দা অমুক উন্নখি।

'নংশু য়ং ওইরি।' ঐনা মাবু মুন্না য়েংলগা খুম্মী। অদুবু 'নংদি য়াম্না চেঞ্জ তৌরম্লে। হান্নদৌনা ঐবু উরগা নংগী টেনশন কাবদুদি কাবা মান্দ্রে।'

ময়ুমদু কলচর লৈবা ইমুংগী নমুনানি, লৈ থাই, লিভিংরুম অদু আর্টিস্টিক ওইবা বাটিক্কী ৱাল হেঙ্গিং, এন্টিক মতৌ মানবা পোৎ চৈদগী হৌরদুনা তবলা সেতাব হারমনিয়মনচিংবা পোৎনা পীক থল্লি। হারমনিয়ম মথক্তা লৈবা দিক্সনারীদুগা টেবলদা লাইরিক মচা মশু খরসু লৈবা উই।

চা কপ অমা থকপগী মতমদু ফাওবা মাগা ৱারী শামিন্নখি। হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱা পল্লক্তে। অমনা-অমগী মায়থোং য়েংনদুনা লৈনৈ ঐখোয় অনীমক।

অংকল কৌবা য়াবা মীগী বয়সতগী হেন্না খুইজিল্লবা ঐগী মায়সে উবগা মানা খল্লমদৌবা ৱাদু খল্লবগা ইকায়বা পোক্তুনা মায় লৈথোক্লগা ঐনা মাগী মচামশুগী বা হংই। মচা নুপীসিতমক পোকই। মপাদো লৈত্রে তম্মী অদুবু ঐনা কোন্না খংলকপদদি মাগী নুপাদু লৈখিদবা নত্তে থাইনরপনি। মখা তাবদা লাই নিংবগী ৱা হৌদোরকই।

ঐ লাই য়াদে হায়রুবদা আসামী লোন্দা ইবা সন্তোষী মাতাগী পাঁচালীদু পাক্নবা টেবলদগী লাপ্তোরকই। "দেবী অসিবু পুক্লিং চংনা নিংজরবদি অৱা অনা, লায়না-লাইথুং লোয়না কোক্কনি" পাওতাক্লকখি।

'গনেশ-কলাবতিগী মানসকন্যা সন্তোষী দেবীবু নুপানবু নীংবা য়াবরা?' ঐনা ফাগী তৌই। মথোং চাদবা ফাগী ওইবনরা খুদক্তুদা মিটিং অমা য়াওরুনি কোন্না অমুক বাবা শানসি হায়দুনা হৌগৎলকই। মহাক্না লোয়ননা ঐসু থোরকই।

চৎনা চৎনা হংই, নংগী ফেমিলি লৈরব্রা? ঐনা লৈরে হায়বদু মানা থাজখিদে।

'অওইববো?' হায়রম্লগা টেক্সিদা কাখৎখি। ঐগী বাফমদু অদুগুম ঙশিসু মানা থাজদনা চৎখ্রে।

চেঞ্জ ওইনববা পুন্সিনি ঐখোয় অনীমক্কী। মাসু ঐসু ফেমিলি লৈনবে। অদুগা অনীমক্কী মায়থোংদা 'অকাখুল' পাংনা ফুগৎপগী মযীসু মযেক শেংনা লৈরে। মাগী ময়ুমদা ঐ অমুক হন্না চৎলুদ্রে। কৈদৌনুংদসু অমুক হন্না চৎকনি হায়বগী থাজবসু পোক্রে।

# ঢাকা

ইম্ফাল-ইন্ডিয়াগী চেপ্টব লোইশিল্লগা ইং ২০০৩ সেপ্টেম্বরগী তাং ১৪ দা 'বিমান ০৯২' তোংলদুনা কলিকতাদগী পূংখায় অমগী মনুংদা ঢাকা যৌবকখি।

ঢাকাদা শাবস্না খুৎশাদু খুৎশা অমনি। মরুভূমিগী খুৎশানবু থবা শাফরমগদ্রা খল্লি। অদুবু ঢাকাগী অশাবদুদগী প্লেন মনুংদা এযাব হোস্টেসগা চোঙলম চাদবা নহাবোল থবগা লাওনবদুনা হেন্নদুম খাংবদা বাখি। প্লেন মচা অদুনা হেক পাইথৎপদা ঙাইহবি সিটবেল্ট ফাবগী বার্নিং পীনা পীনা হীবো শানীংবা পাখং মচাশিং থবা হৌগৎতুনা টোযলেট থিবা হৌবকই।

এযাব হোস্টেস অমনা ঙাইহাক্কং ঙাইহনীনবা ফনা হাযজৈ অদুবু থওই-বাওইবীদনা খুম্নবকই, 'মীনা মপাল থোকনাংববু থিংবা যাদ্রা'

অতোপ্পা এযাব হোস্টেস অমনা খোল যাক্না লাওবকই, 'প্রোব্লেম থোকহনবীগন হৌজিকসমক সিটতা ফম্বীয়ু।

নহাবোলশিংদুগী মনু দা মখুওগী মোবাইল থাদবা, বেইজবোল কেপ উপ্পা অদুনা উশিৎতনা খুম্লকই,

'নংগী প্লেনলা নংনা হেও। হাযবগা যাগদৌবা নত্তে মিস ওব মিসেস এস পোলি, (অশেংবা মমীং পনদ্রে) থবা ভা হেৎপা নেইমপ্লেট যেংলগা হাযবকই।

অদুদগী বাহৈ বাতা অপায অখুমগী এনার্কী হৌরে। প্লেনদু পোকথাযদৌবে হাযবমক যাই, থৎন লাওনবগী মখোলদুনা।

অদুবু অদুক শার্থীনা থৎনবস্নদবুদি লোইশিনখি অচা অথক যেনবগী মতাং যৌবব পদা। ঐগী নাত্তা ফম্না মাযাই চল্লনী ভদ্রমহিলা অদুদি থৎন চৈনবীবদু শুগৎ শুগৎলগা যাম্না বানা খা লম্মী। ঐসে ফোনেনব অমনি থন্দুনা ঐঙোনদা মমায পুখৎপা চমদনা খাঙনাও লোমদা যেংদুনা লৈখি। স্টুবার্ড অমনা ভদ্রমহিলাদুবু থংবা মাল্লি, অদোমবু ডা অদু ওইবিবব্রা হাযনগা মবা কাইবা অহাংবা সিটকী পরেং লৈবদুদা পুশিনবিখি। মহাক হিংলে খল্লমগনি।

বাংলাদেশ এয়াবলাইন্সকী বিমান প্লেন হেক তোংবগা ক্রাস তৌদুনা শিবগদ্রা হায়বগী চিংনবা পোকহল্লি।

অদুবু মযাম্না তোংনবসি উপাই লৈত্রবা মতাংদতা তোংই, লাই শোল্লগা। অমুক্তি ক্রাস তৌদুনা শিবনি হায়বগী চাননা পাখৎপা মতাং যাওখি।

ইং ১৯৭৯ এপ্রিলগী তাং ২৭ ইবাই নুমিৎনি। ব্রাসেলস ট্রেড ফেয়াবদা ঐখোয়গী দুকান (চন্দন হেন্ডিক্রাফট) গী ওইনা ঐ শরুক যাবা চৎলি। ট্রেড ফেয়াব অসি মরু ওইনা খুৎশা লোনশাগী পোৎথোকশিংগী মেলানি। শউনগী বেগ, বেল্ট, বালেট, লীগী বাস্কেট, লীমোন্না শাবা পোৎ চৈশিং অসিগী মার্কেট থিবা লাকপনি।

ঢাকাদগী পাইবকপদনা আবব এমিরেটসকী দুবাইদা নিফুযেলিং তৌবগা বিমান্দু পাইবা হৌই। পার্সিয়ান গালফ লাল্লগা টর্কিগী মথক যৌবকপা মতাংদুদনি শিবনি হায়বগী চান্নবা পাখৎখিবদু।

"সিটতগী হৌগৎপীনু সিটবেল্ট ফাজিনবীযু প্লেন দুবাইদা অমুক হনবা তাবে।"

এনাওন্সমেন্ট অদু তাবদা অকিবগী গ্রহননা ঐবু লাকশিনখি। খল্লি, এনাওন্সমেন্ট অসি খুদোংথিবগী বার্নিং শোযদ্রে। কবিনো প্লেনসিবু ইঞ্জিন ফেল ওইবব্রা মৈ চাক্লব্রা খোনাও লোমদা যেংগে তৌবদা টবুল্যেন্স থেংনরুবদগী প্লেনদু থক থক নীক্লকখি। তাঞ্জাদুমক্তদা থোংনাওগী গ্লাশপেনগী প্রস্টিক কভবদুসু কেল্লক্তুনা মখাদা তাবকই। শিবা তাবে হায়বগী অকিবদুগী মথক্তা থোঁদোকসিনা শিবা শোযদ্রে চপ যুংনা খনখি।

ওসিদি থবায খুবাক্তা হাপ্লগা তোংলর্বেখিবা বাংলাদেশ এয়াবলাইন্সকী প্লেনদু অমুক তোংলে। হন্দক্তি উপাই লৈতবদগীদি নৎত্রে নোস্টেলজিক ওইকবনা ফবসু ফৎত্রবসু শিববসু চ লবসু ঐগী লাইববী পোক্নফম লমদমগী প্লের্নানি খল্লুবদগী তোংবনি।

ঐনা পুন্সিদা ইহান হান্না তো খিবা প্লেন অদুসু বাংলাদেশ ওইদ্রিঙৈ মমাংগী পাকিস্তান ইন্টবনেসনেল এযাব লাইন্স' বী (পি আই এ) প্লের্নানি।

ইং ১৯৬৭ দা 'যুগভেবী' কৌবা উইকলি অমদা থবক তৌবী। পি আই এগী সিলেট শমশেবনগব কর্ট অদুগী ওপেনিং নুমিৎ অদুদা 'যুগভেবী'গী মাযকৈদগী বিপোর্টব অমা পাম্মী হায়বদগী খববদুগী এডিটব অমসুং মপু লৈখিদ্রবা মি আমীনুব বশীদ চৌধুরীনা ঐবু থাবিবদগী তোংখবনি।

ঢাকাগী মেমোবিদি অবিবা উপুদা নেপথলিন (ফি কর্পুব) হাপ্তুনা শো লোন্দুনা থমখিবা ঐগী নুংশিববা অমনব ফিবোলনটাংবা পোৎ মচা মগুশিংনি হাযবা যাই। প্লেন্দা

মযাম্না খৎন লাউনবিগে ঐনা উপুদু হাংদোক্লগা পোৎশিংদু যেংদুনা নিংশিংনবা হোৎনৈ অমগা অমগা ইমান মান্নদবা জাৎ জাৎকি স্মৃতিশিংদু।

শম্নপ-শম্নপ্পা অৱা-নুংঙাই, নুংশিব-কাযনবগী ৱাবী, ঐগী উইকনেস কযাগী নোকনিং নোক্লিংবা থৌদোক, লৈখিদ্রবা ইমা ইপাগী স্মৃতি, তা'নবেনগী মমা শিবা নুমিৎতা ঐনা মাগী পোলোইফমদা ৱাশক্লগা চুকুপ থকপা তোকখিবা, বাংলাদেশ মুক্তিযোদ্ধা জাদুঘবগী ট্রস্টি অমা ওইবম্বা আক্কুনা থৌবা মোটব সাইকেলদগী ওনথদুনা শিনিংচিৎতা হিংহৌবা, বিক্সোদগী তাবক্কুনা খুৎ-শা মায মীৎ শোক্কুনা ফিভম বিকাব থিবিঙৈদা শক্লাইববী মৈতৈ জগোযগী কলাকাব প্রীতি পটেল অমসুং শ্রুতি বনার্জিনা ঢাকাদা ঐখোযগা উন্নবা লাকখিবা অদুগুম্বা স্মৃতি কযা কযা লৈবম্মী।

হন্না হন্না নিংশিংবগী ওকেশন লৈখিদবনা পুমকাও কাওকববনি অসুক কুইবসি।

ব্রহ্মপুত্রদগী শমথবকপা বুড়িগঙ্গা তুবেল তোর্বান্দা তাবা স্কো ১৩০ মাইলনা কোনশিনবা ঢাকা সহবনি। ঢাকা সহব অসি মসজিদ অমসুং মসলিনগী সহবনি হাযবগসু খংনে। মসলিন হাযবিবসি কযামুক মহু কুপ্পা অপাবা লাংজম ফিনি হাযবদা খুদুপ তবানিথোই শাংবা, খুদুম অনীমখায পাকপা শাড়ি অমবু মৈখেৎ উপ্প অমদা লিৎহনবা যায হাযনবিবা অদুগুম্বা ফিজম ফিনি।

মসলিনগী হান্নগী মগুন অদুদি লৈত্রে অদুগা মসলিননি হাযবগা যোল্লিবা অপাবা ফি খবদুসু অখন্নবা দুকান খবদা নত্তনা ফংসু ফংদ্রে।

ঐদি মসজিদ মসলিনগী মহুত্তা বিক্সোগী সহব হাযনিংই। লাইসেন্স যাওবা যাওদবা বিক্সো লাখ অমগী মথক্তা লৈ হাযনবিবা ঢাকানি। বিক্সোনা ৱাইবমদবা থেংজিনবীবমদবা, বিক্সোদগী তাবক্তুবা মী প যাও যাওদে। ঐগী মকুপ কালিদাস হাজবাগী লোযনবী বাধাদি বিক্সোদগী তাবক্কুনা লাযবন্নখিবনা ঙসিফা ওবদা পাঙ্গল কনখৎপা ঙমদ্রি।

ঐতিহাসিক সহবনি ঢাকা।

বাংলাদেশকি নিংতম লাননী হৌবকফমসু ঢাকানি। পাকিস্তান্না উর্দুবু নেশনেল লেঙ্গুযেজনি হাযনা লাউথোকপগী মতাংদা বাংলা লোলগীদমক শহীদ ওইখিবা মীওইশিংগী ঈনা মচু শংলবা সহবনি ঢাকা।

সেন শাগেগী হিন্দু নিংথৌ বল্লালসেন ১২ শুবা শতাব্দীদগী হৌবদুনা মমীং লৈজববা সহবনি ঢাকা। ইং ১৬০৮ দা মুঘলশিং নী প্রোভিন্সিযেল কোনুং ওইখিবদগী অমুক হেন্না মমীং শাৎখি।

ইং ১৭০৬ দা মুঘল সম্রাটগী মহুৎ ওইনা জাক জমক্কা লোয়ননা ঢাকাদা সাসন তৌরম্বা আজিম-উস-শাহনা মুর্শিদাবাদতা কোনুং হোংখিবদগী ঢাকাগী মরাই চাইথখ্রবসু বৃটিশকী শাসন ইং ১৭৬৫ দা অমুক হন্না মীংচৎতু লৈখি।

ঢাকা সহরমক্তদা মৈতৈ ঐখোয়গী ওইনা পন্‌বা য়াবা মণিপুরীপাড়া (মৈতৈ খুঙ্গং) কৌবা মফম অমা লৈ। মদু মৈতৈ নিংথৌমচা কয়া অমদি সাধারণ মৈতৈমচা কয়াগী শাইদাংফম ওইরম্বা মফম্নি। মৈতৈমচাশিংগী মনুংদা ইউএনওদা অহান্বা সাইন্টিস্ট ওইনা থবক তৌরম্বা লৈখিদ্রবা ডা: বীরেনসু খুঙ্গং অসিগী মচানি। মতম অমদা মণিপুরদগী মহৈ মশিং তম্বা ঢাকাদা লাকপশিংসু মফমসিদা লৈরম্মী।

চহি মাপল ঐ ঢাকাদা লৈরম্মী। মতমদুদা পিতৎ পাতৎনা হিংলম্বা মণিপুরীপাড়াগী ইমুং অহুমগী মীওই খরা থেংনহৌই। ইমুং অমগী নুপীমচা অমদি পাঙলদা ময়ুম পানখি। পাখং মচা অনীমদি মথোং চাদবা লম্বীদা খোঙদাখিদুনা অরেম্বদা মাংখি।

মণিপুরীপাড়া হৌজিক বাংলাদেশকী পর্য্যটন কার্য্যালয় লৈরিবা মফমগা হেক তাইনবদা লৈরম্বনি।

হন্দক ঢাকা চৎলুবদদি মৈতৈ অমদি মৈতৈগী ওইবা খুদম করিমত্তা লৈরমদ্রে।

ঢাকাদা লৈরম্বা মৈতৈশিং অসি ইং ১৯৪৭ গী লৈবাক খাইদোক্লবদা কমুনেল রায়োটতা খরনা শিলেটতা খরনা ভারতকী ত্রিপুরাদা চেনখি। ত্রিপুরা সহরগী মনাক্তা 'ঢাকাবাড়ি' হায়বা ঢাকাদগী লাকপা মৈতৈশিংগী লৈকাই উরকই। ঢাকাগী মণিপুরীপাড়াদা মৈতৈশিংগী লাইশং-মান্ডপ লৈরম্মী। মন্ডপশিদা নিংথৌ মচা মগুশিংগী রাসলীলা, জগোই-ইশৈগী মরমদা খন্ন নৈনরম্মী। মদু হৌজিক্তি লৈত্রে। অৱাং অৱাংবা ফুরা দালানশিংনা হৌখ্রবা ইতিহাসকি পন্দুপশিংদো লৈরোননুংদা ফুমজিনবিখ্রে।

মণিপুরীপাড়াগী ওথেনটিক ওইবা ইতিহাস ঐঙোন্দা লৈজদে। করম্না করম্বা মতমদা মৈতৈশিং চংলকখীবা, মণিপুরীপাড়া থোনখিবা মদুশিংদু ঐ তশেংনমক্কি খংজদে অদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা একাদমী এৱার্দি ওঝা এন কুঞ্জমোহননা বাংলাদেশ কোযরুবগী মরমদা 'উরুবদা খরা নীংশিংলকপদা খরা' কৌবা মহাক্কী লাইরিক্তা পনবদুদগী অমসুং ঐগী মরূপ শক্লাইরবা ফিল্মগী ক্রিটিক আর কে বিদুরনা মতাং চানা ইবীরকখিবা চিঠি অমদগী খংজখি।

ঢাকাদা মণিপুরীশিংনা (মৈতৈশিংনা) করম্বা শোক অমদি তারিকতা লাকপগে হাইবা খংবা ঙমদ্রবশু মণিপুরগী নিংথৌ খুভমদগী লৌথোকপিরবা ইনিংথৌ দেবেন্দ্রশিং অমসুং মহাক্কি তুংইনবশিং ঢাকাদা খুন্দা লৈতারম্মী হাইবগী খুদম চাউনা লৈ।

ইংশোক ১৮৫০ গী শজিবু থাগী তাং ২৮ যুমশকৈশ নুমিত্তা মণিপুবগী নিংথৌবেল নবসিংহনা নোংগাথ্রবদা মহাক্কি ইতোন তোনবা মনাওনুপা দেবেন্দ্র সিংহ (মৈদিংঙু নোংদ্রেনখোম্বানা মশাগী চহি ৪৭ শুবদা নিংথৌ খুভমদগী লৌথোকপিথ্রবা মীচেল ওইনা লৈবিবা ইনিংথৌ চন্দ্রকীর্তি মহাবাজনা কাছাড়দগী মণিপুবদা লান্দাদুনা নিংথৌ দেবেন্দ্রসিংহবু মাইথিবা পিবগা নিংথৌ খুভম মুনখি। নিংথৌ দেবেন্দ্রসিং শিলেট ফাওবগা ঢাকাদা চেনখি। ঢাকাদা মণিপুবীপাড়াগী মীং তাব ফংলকপশু মতমদুদগীনি। মহাবাজ দেবেন্দ্রসিং শিলেটতা লাক্রুবা মতুংদা ইং ১৮৭১ দা নোঙ্গাখি।

থবপা চাবগী মবমদসু অহাওবা খিগনবা মীওইশিংগী মক্কানি ঢাকা। নবাব, সুলতান, জমিন্দাবশিংনা অহাওবতা থিদুনা চাবস্বগী পবম্পবাদু কাযদ্রি। ঐগী ওইনদি ঐনা খ্বাইদগী পামভবা চাঁঙ্গাক্তি বাসমতি চে না শা থোংবা কচ্চি বিবযানিদুনি। কুইবে চাখিদবা। হন্দক্তি ইসেন সুবচন্দ্রগা মহাক্কী মুর্সালিম মক্ষপ অমগী মচানুপীগী লুহোংবা যাওব্বদগী হৌজিক হৌজিক্কী অফাওবা বার্বর্চি অমনা থোংবা কচ্চি বিবযানি চাক্কুই। ঐগী পুন্সিদা অদুক হাওনা থোংবা কচ্চি বিবযানি চাদ্রি হাযবা যাই। মনমনা অদুম ভোগ-ভোজন তংখাই চনখি।

মণিপুবদা কাব তোংলগা চৎপা উৎসবকি চাক থোংবা বামোনদগী বাংলাদেশকি বার্বর্চিশিংনা যান্না হেনবা জাৎনি, স্টাইলদসু পৈশা পাইবদসু। সেক্রেটবি থম্মী, ফোবেন কাব তোংই। মমীং চৎপা বাবুর্চি ওইবদি মাগী সিদুল মতুং ইন্না লুহোং খোঙদোংস্বগী ডেট ফাওবা চেঞ্জ তৌনৈ।

'ঢাকা' মীংথোলখিবগা বাবী খবা লৈ। 'ঢাক' হাযবা উপাস্বী অদু মফমসিদা মবাং কাইনা ফংবগী মবম্না মীং অসি থোনখি। অদুগা অতোপ্পা বাবী অমনা মুঘল সম্রাটকি থৌপুবা শাইখ অলাউদ্দিন ইসলাম খাঁনা মফমসিদা অহানবা খোঙদাবকপদা দুর্গাপূজাগী 'ঢাক (পুং) কী মখোল থাবদগী মহাক্কা মনাইশিংদা কবিগী মখোলনো হংলুবদা 'ঢাক' হাযবকপদগী মীং অসি থোনবনি হায। বাবেং অসি অহমদ হাসান দানীগী 'ঢাকা কৌবা লাইবিক্কুগী লৌথোকচবনি। প্রমান লৈতবা বাবেং ঙাক্তনি। চুম্মে হাযনা লৌদে অখঙ অহৈশিংনা।

নোংমা ওকামোতো কৌবা জপানিজ মচা অমনা মাগী মীৎযেংদা উখিবা ঢাকাগী মবমদা হাযখি 'অঙা' মচানা শৌ শাবা সহবনি ঢাকা।'

হাযওম্মদুনা যেংউ যেংউবদা হেক পোকপা অঙাংদগী হৌবদুনা চহি তবাতকক শুবা লবাবিস অঙাং ফাওবা ঢাকাগী লম্বীদা, পাকতা, স্টেশন্দ, বজাবদা, মফম খুদিংদা লৈতবা লৈবমদে। লবাবিস অঙাংশিংদুনি ঢাকানা পোকপা ' টাকাই' কৌবা মচাশিং।

হৌজিক্তি ঢাকাদা ‘টোকাই কলচর’ অমা তোঙান্না লৈখ্রে। আধুনিক ঢাকাগী বুরুঞ্জিগী শরুক খবা কল্লে ‘টোকাই’ শিংনা।

ওকামোতো জপানীজ মচানি। এনজিও অমদা থবক তৌদুনা কুইনা সিলেটতা লৈরম্মী। সিলেট সহরগী লামাবজারদা লৈবা বাবু (বিমল) কৌবা ঐনা ইনাওমক খন্না নুংশিজবা মৈতৈ মচা অমনা ঐবু ওকামোতোগা শক খংনহনখি। বাবুগা তিন্নবদগী মা মৈতৈগী চাকচা-য়ুথক য়াম্না নৎত্রবসু খরামখৈদি হৈরম্লে। ইরোনবা, হঙ্গাম চমফুৎ, শিংজু, উতি মাগী ফেবরেটনি হায়।

সিলেটতগী জীবিকাগীদমক ঐনা ঢাকাদা লাক্লবা তুংদা মরক মরক্তা সিলেট চৎলগা ওকামোতোগা উন্নে। লাপ্না লৈনববসু মরি অমদি অদুম লৈখি।

ঐনা ট্রেদ ফেয়ার এটেন্ড তৌবগীদমক ব্রসেলস্ চৎপগী লেপ্পা নুমিৎ অদুদা খংহৌদনা ওকামোতো ঐগা উন্নবা ঢাকাদা ঐখোয়গী দুকান চন্দনদা লাকই। নুমিৎতু এপ্রিলগী তাং ২০, ইং ১৯৭৯ দনি।

ঐখোযগী দুকানগা মাযোক্লবা রেস্টুরেন্ট অমদা লঞ্চ চামিন্নৈ। লঞ্চ চান-চানা ওকামোতোনা হায়রকই, অরোইবগী ওইনা বাংলাদেশ থাদোকদৌবা পুংজা খরদা মঙাইরে, অদুনা চৎলমদাইসিদা নঙোন্দা ‘বাই’ তৌগে লাকপনি!’ মানা অরোইবগী ওইনা বাংলাদেশ থাদোক্লনি হায়বদুদা পুক্নিংদা নুংনাংবা পোকখি। খল্লি, করম্বা মতমদা মাগা অমুক উন্নবা লাইনদি খংলমগনি। ঙসিনা পুন্সিগী অরোইবা উনবা নত্তে কবম্লসু হায়গনি।

নুংঙাইতবা অমা যাওনা খুম্মী, ‘চৎলমদাইদা ঐবু বাই তৌবা লাকপগীদমক থেংক য়ু ওকামোতো, এনি রে কাওননুসি অদুগা ৱা অমনা ঐসু ঙসিমক ট্রেদফেয়ার অমা এটেন্ড তৌবগীদমক ব্রসেলস চৎকনি।’

ঐনা ব্রসেলস্ চৎকনি হাযবদুদা ওকামোতো অঙকপা ফংনা হরাওই।

‘ভেরী গুড, ঐসু জপান্দা হন্দ্রিঙৈদা ইউরোপকী মফম খবা কোয়গে হায়দুনা ঙসি পেবিস চৎকদোইনি। ফবে ব্রসেলস্ য়েংবা ওইনা নহাক্কা অমুক উন্নরমবা হাযবদুনি হাযরগা ব্রসেলস্ ট্রেদ ফেযারগী ঠিকানা লৌরগা ফনা কুইনা ঐখোয অনী খুৎ শোক্লে। খুৎ শোক্ল-শোক্লনা বাবুগী মরমদা ৱা অমা হায়রম্মী, ‘বাবু, যাম্না থম্মোয় শেংবা পুকচেল চাওবা হরাওবা পাম্বা মীনি, সিলেটতা মতম খরা ঐনা লৈবমম্বদো বাবুনা মতেং যাম্না পাংখি। নুংঙাইতে চৎলমদাইদা মাগা উনবক্তবসি, ময়ুমদা থিরুই লৈরমদে। মাগী নুপীনা মশানা শাবা উলগী ইন্নফি অমা খুদোল তমলকই, ঐদি করিমগী ‘তমলমদ্রে যাম্না নুংঙাইত্রে।’

ওকামোতো-ঐ ঐখোয় অনী ব্রসেলস্তা অমুক উন্নখি। বাংলাদেশ পেভেলিযানদা মহাক্না ঐবু থিবা লাকপদু ঐদি ঙক্লুবে। ঐগী অহানবা খোঙচৎতা থেংনখিবা সতোসী ওঙাসোবাবাগী বা নিংশিংলকখি। জপানীজশিং ওনেস্ট অমদি জবান শোইদে হাযবদো মসিনা প্রমানসিন খল্লি। ওকামোতোনা হায, 'ইউবোপ কোযকক্সবগী নহাক্না লীখিবা বাবীদুনা ঐবু মফম অসিদা পুবকপনি। চাওবাক্না চযোল অনী চংনা লন্ডন, পেবিস, ফ্রাংকফুর্ট, অমস্টবডম কোযকক্সবগা অসিদা লাকপনি। ছুটি লৈত্রে যুমদা হল্লনি অদুবু ইউবোপ যেংবা লোইদ্রি। ঐ অমুক হল্লকখিনি ইউবোপতা।

ব্রসেলসতা ওকামোতোগা কোযবগী মতম থোইনা ফংখিদে। সিটি সেন্টব গ্রাঁ প্লাসকী মনা ক্তা লৈবা বেস্তোবাঁদা মাগা উনবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা দিনব চামীন্নখি।

মথং নুমিৎতা মতম খবা কাইথোক্লগা ইং ১৯৫৮ দা বাল্ড এক্সিবিশনগীদমক শাখিবা এটোমিযম' যেংমীন্নকই।

ব্রসেলসগী ক্লপাক কৌবা মফমদনি 'এটোমিযম'। লৈনুংবেল স্টেশন হেজেলদগী থোবক্লগা খবা খোঙনা চৎলি।

যোৎনা শাবা মি ১২০ বাংবা বৃও ৯ গী স্ট্রকচব এটোমিযমনি। এটোম অমবু বিলিযন ১৬৫ থোক্না চাওথোকহল্লগা তাবক্কদৌবা সাইজ অদুমক লৌবগা এটোমনা এটোমগী ওববীটতা কোযবগী মওংদা শাবা বৃত্ত মাপল নি। বৃত্তশিংদুনা বেলজিযমগী প্রাভিন্স মাপলগী প্রতীকনি।

ইং ১৯৭৯ মে ৮ গী অযুক্তা এটোমিযম যেংবা চৎলুবনি। মে থা অসি টিউলিপকা ঋতু ওইবব্রা এটোমিযমগী অকোযবদু থুংনা নাপু, অঙৌবা, অঙাংবা মচুগী নিংথিববা টিউলিপ লৈ শাৎলি।

শাৎলিবা টিউলিপশি সি উবগা এটোমিযম যেংবগী মুড পোক্তে' ওকামোতোনা হায। এটোম হাযবা বাহৈসে জপানিজ থৃদিংগী থম্মোযদা নগাসাকি হিবোশিমা ওইনত্রা ফাওবকপা খঙদে এটোমিযম উবগা মাগী মাযথোংদু লাংশিনখি।

অশেংবা মীংদি মশাকাজু ওকামোতো কৌই। ওকামোতো মাগী যুম্নাক্লি। মশাকাজু কৌবদু শবা খুৎলোইনদবদুদা ওকামোতো কৌশিনবনি। জপানগী হোযোগো কেনদা লৈবা মযুমগী ঠিকানা পীবর্ম্মী। চিঠি অমুক অনীবক চৎনহি।

সতোসীদৌনা মহাকসু হৌজিক কদাযদা লৈবা ঐ হাযবা ঙমদে।

শেলবু লৈবর্বদি কৈগী মমিৎ ফাওবা ফংই হাযনবিবা ঢাকানি। লেটেস্ট টেক্নোলোজিগী পোৎথোক অমত্তা বাৎতে। অকে-অমৌগী মচাক শুনা ফংই। অমবোমদনা লাইববগী অবোইবা থাক যৌববা মবাইলক থিবা মীযামগী অৱাবগী মচাকসু শুনবা লৈ। কমলাপুব বেলবে স্টেশনগী প্লাটফোর্মদা কোইচাই চাইদুনা লৈবা চাক্নি ফিনিবা, বস্তিদা লৈবা ঠিকাগী মীনাই, বিক্সোৱালা অসিনি অৱা অনংগী অবোইবা থাক যৌববা মানব জাতিগী শকক অমা। ফজ ফজববা কোন্ডো-দুপ্লেক্স দলানগী মবক্তা শৌগৎপা মোৎথ্রবা নমথীথ্রবা বস্তিনা (খুঙ্গং) লাইববা মবল লৈবা অনীগী কোন্ট্রাস্ট অমা মযেক শেংনা উৎলি। বস্তি উবগা হিংবগী মহাও পোক্তে। অপবাধী অমসুং মীনুংশি পোক্তবা মীশিংগী পোক্লফমনিতা খলহল্লি।

বস্তিদা বসবাস (খুন্দাবিবা) তৌবিবশিংদুসু বস্তিগী অদুগুম্বা পুন্সিগা চুনখিদুনা অফবা বাহৈ অমত্তা মচীন্দা থোক্তে। চবিত্রসু হুবান চীঁছি তাকু তবাং, চৈনবা লাওনবা ফুনবগী মবক্তা থোবকপা বাহৈশিংদো তাবগা পুন্সিগী ফজবা শক্তম অমা লৈ হাযবদো থাজবা ঙমদে। অদুবু মখোযদা দোয পুন্নমক থংজিনবা যাদে। বাজনীতি অমসুং সমাজকী অশোযবা কয়ানা মখোযবু থাক অসিদা পুথবকপীবনি।

ঐনা পাহোমবা পামদে। সমাজ অদুগী মনুংদা লৈ ঐগীসু বসতবাড়ী (যুম)।

বস্তিদা ধর্ম্মগী অচেৎপা অনুশাসন অমদি মন্দিব মসজিদ লৈতবগুম তৌই। হিংবগীদমক্তা তোৎনবদা মখোযশিংদু আদিম যুগকী মী ওনখ্রবোই খল্লি। অদুবু আদিম যুগকী মী ওনথ্রবসু মখোযগী মবক্তগী মক্তবা ফজবা থম্মোয চেনবা মী অমা অনীসু মথেংনৈ। সালমা। কৌবী নুপীমচাদুনি থেংনখিবা মীওই অম অনীগী মবক্তা অমা।

ঐখোযগীদা কোল লীক ফেংবা ব্লাই শিংপা লাকপা তোল্লবা লাইববা বস্তিবাসি সালমানি। ইমুংগী শো মঙোন্দা শিন্ননবসু সিকি অমা শংলোয হাযবগী থাজবা লেবী নুপীমচানি। নোংমতা নমাজ কাযদে। ত্রিভুজ মানবা হীজাবদুনা মকোক্ত্র কুপশিল্লি। কুবান ও্বা মক্তবতা চংলী মবক মবক্তা চি থুংবা মৌপ্পাদু পুবগা থবক শুবা লাকই। মৌপ্পাদুনা কপ্লকপদা মানা চেনশিল্লগা পমখংপদুগী মওংদি মেডোনামক্লি।

ঐ পোং চৈ চেকশিন্না থম্বা হৈতে, লোযশিনবসু লৈতে। পোং চৈ পৈশা নুংশি থম্ফম খংদদুনা থিবদা ইমুং কাং খোং চায।

নোংমা ঐগী মনিবেগ ঐনা কদাইদা থাদবম্বা খংদে, সালমানা থেংনকদুনা কনাগী মনিবেগনো হাযবগা ইচলনুপীগী মখুৎতা শিন্নবম্মী। আবব এমিবেটস এযাবলাইন্সকী পাইলোট অমনা ঐভোন্দগী কৈ মউন লৌখিবগী অমেবিকান দোলব লাশিং অমবোম

অদুগা বাংলাদেশকী লুপা লীশিং তবাবোম যাউবা মনিবেগনি। সালমানা মদু লৌশিলল্লবদি মাগী মপুন্সি হৌদোকপা যাবিবনি। সালামাগী থাগৎনিংঙাই ওইবা চবিত্র সিগা লোযননা অতোপ্পা অমনা, মাগী পাপ চংদ্রিবা থম্মোয অদুনি।

নোংমা ঐনা শেল খবা পী, লৈনিংবদু লৈজৌ হাযদুনা। কবি মবমগী ঐনা মঙোন্দা শেল পীবনো, ঐগী মীতা-নাতা মওং-মতৌ উবগা মা নাশোন্দা খংখিবা মাল্লি। 'সাব শাউবীনু মসি ঐ লৌজনীংদে'। ঐনা পীবা শেলদু লাইববা সালমাগীদি চহি অমগী তলোর্বনি। মাগুস্বী লাইবর্বী নুপীমচা অমনা মায লৌজবোই হাযবা ঙমদৌবা শেল নত্তে। ঐ মাগী মমাংদা মায পুখৎপা ঙমখিদে। ওইদবা হাযদুনা ইশা কনথোক্লবা হোৎনৈ।

'ঐখোযদি মণিপুবীনি মণিপুবীশিংগী অচৌবা পার্বন অমা থোকই ঙসি। হৌনবী মভুং ইন্না শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাংদা শেল নৎত্রবসু কবিগুম্বা পোৎ অমা পীনৈ নংবুসু অদুম খন্দুনা পীবনি।'

সালমা শেলদু লৌখি, শিপ্তবকপা মপি তৈথোক তৈথোক্লা। খল্লমগনি, মণিপুবী সাবসে কযাদা পুকচেল চাউখ্রবনো।

বাংলাদেশ অসি কবপশন ক্রাইমনা হাকমনবদগী অবাবগী ঈপাক ওইববনি মসি খংদবা মী লৈতে বাংলাদেশতা। কবপশন ক্রাইমগা লোযন-লোযননা মচা পোকনবতা হোৎনবগী প্রেকটিসু যাওবে। অসিসু অবাবদা অবাবা অমা তোপশিল্লবনি।

ঢাকাদদি হাইজেক তৌবীখিগদ্রা নোংমৈ উৎলগা নমফুদা শেল মুনবীখিদ্রা হাযবগী অকিবা অমা ইবৈদা লৈ। হাইজেক, বেনসম, নম্ফুদা শেলমুনবী হৌজিক হৌজিক ঢাকা সহবগী ক্রিমিনেলশি'গী চা ওথোকনিংঙাই ওইবা লেমজবা ট্রেদিশন অমা ওইনা লৈখ্রে।

হুবানবদি আউটডেটেড ওইখ্রে, ইকাইনবে। মবমদি শওল তৌবা হুবানবা অসিগুম্বা থবক অসি অপংবা অমসুং অচোপ্পা থবক্তি হাযনা লৌনবে। খুৎলাই উৎলগা ইৱা ৱাদনা শেল মুল্লগা লোইবে কবিগী হুবানবা চৎকদৌবিবনো?

বাংলাদেশকী হৌজিক্কী ফিভর্মসি উৱাদা বংলাদেশকী অফাওবা অইবা হুমাযুন আজাদনা থম্মোযদগী নুংঙাইতবা ফো দোকই। 'বাংলাদেশ, 'ভয ভয' না (অকি তুজুংবা) কল তৌবা লম হাযবর্দুনি।' ইমা লৈবাক্তি স্বর্গদগীসু হেল্লি হায। বাংলাদেশ ঐগী স্বর্গনি অদুবু তৌফম খংদবনা ত্রিশঙ্কু ওল্লবনি। ত্রিশঙ্কুদি স্বর্গদা লৈববসু স্বর্গগী নুংঙাইবা, নোবোক্কী অবাবা অনীগী মবক্তা হাইদুনা লৈবা বামাযন যুগকী নিংথৌনি।

স্কুল তন্নিবৈঙেদগী মরুপকুম তিন্নরকপা শমশেব রাজা, মরমী কবি হাছন রাজাগী শুরোন তারবা মশু অমসুং বাজনীতিরালাগী ইমুংদগী হৌরকপা মীনি মহাক। হন্দক ঢাকাদা উন্নবা মতাংদা দেশকি মরমদা সুম রা হৌদোক্লকপদগী হায়রকখি; 'বাংলাদেশকী তমথিরবা ফিভমসি লাইনা শেম্বা নত্তে রাজনীতিরালাশিংনা শেম্বনি।'

ঐনা খল্লি, রাজনীতিগী চৌবোর শান্নবদা বস্ত্রহরণ তৌবীরবা দ্রৌপদিনি বাংলাদেশ। দেশ সেবা তৌবগীদমক ভোট কারকপা মহাত্মাশিংদি মশা মশাগী ওইজবা থিবদা তুম্বা ফাওবা শংজদে। মখোয়গী ধন দৌলত, থীকনেম্বা মখোঙ অহুম পানবা শকথীবা হিন্দুগী লাইমচা কুবেরদগী হেল্লি।

থম্মোয়নুংদদি ঐগী 'সোনার বাংলা' (সনাগী বাংলা) নি হায়বগী মঙ অমা লৈজরি। গ্রাম (লরাই) বাংলাগী হৈরাং লৈরাংগী মনম, অশংবা হৈপাল লৈপাল, ইচমচম্না হিংজবা লাইরবা লৌমীশিং ময়ামদু উরগা অয়ুক্কী তনিক তনিকপা নুমিৎকুম আশাগী মঙাল অমদি ফাওবকই।

ঐনা বিক্সোগী সহর ফনা হায়জববসু ঢাকা মসজিদকী সহর হায়বদুদি অচুম্বনি। চৎখি-চৎখিবা মাযকৈ খুদিংদা মসজিদতমক উই। নমাজগী মতমদদি অজানগী মখোলনা সহর পুর্মনিল নিল্লী। ধর্ম্মপ্রান মুসলিম অমত্তা চীখদনা নমাজ তৌবা চৎলি। দীন দুনিযাগী মপুং ফাবা পুন্সি ফিরেপ অমনি মদু।

ঐনা অদুক কুইনা ঢাকাদা লৈবম্বদু অরাপ্পদগী ঐতিহাসিক মসজিদ অহুম-মবিদগী হেন্না যেংলক্তে। বাইতুল মোকাররম, সাত গুমবাদ মসজিদ অসিখক্তংনি অদুসু লাপতক্লদগী।

ঢাকাদগী খরা চৎলগা নাবিন্দা কৌবা মফমদা বীনত বিবিগী পিক্লবা মসজিদ (খৃ. ১৪৫৯) অদু লৈ। ঢাকাগী অহানবা মসজিদনি হায়নৈ। মসজিদ অসিদগী ফংবা রারোল হক্লম্বা নৃঙদা ইরম্বা ফার্সি লোলগী শৈবেং অমা হরিনাথ দেনা ইংলিসতা অসুম্না হন্দোক্লম্মী

"With the call 'come to weal' by
morning and night
Lo! the mosque of this pauper was
Night well belight
Named Bakht Binat daughter of Marhamat."

মরহামতকি মচা নিঙোল বখত বীনত বিবি কনা ওইরমগদৌবা কনাসু খংদে।

# নেপাল



তাং ২৪ সেপ্টেম্বর, ২০০৩ ইং গী নুমিৎযুংবা মতুংদা ঢাকাদগী নেপালগী ত্রিভুবন এযাবর্পোটতা থুংই।

হিমালযগী মচা নিংঙোল লেপালনি নেপালগী মবমদা কনাগুম্বা লেপালী অমদা, 'নেপাল কস্ত ?' (নেপাল কবম তৌই) হংলুবদা, নেপালীদুনা পীবকপা পাউখুমদি, 'ইন্দ্রপুবী যস্ত'। (ইন্দ্রপুবী মক্নি)।

ইন্ডিযাগা যুমথংনবা 'মাউন্টেন কিংডম' ইন্দ্রপুবী নেপাল চৎলুদ্রি। হন্দক কবি ভাবতগীনো নেপাল যৌকবে। নেপাল যৌবগতা খংই নেপাল তশেংনমক্কী ইন্দ্রপুবীনি।

ঢাকাগী জিযা ইন্টবনেশনেল এযাবপোর্টতগী কাঠমন্ডুগী ত্রিভুবন ইন্টবনেশনেল এযাবপোর্ট ফাওবা পুং অমা মখাযমুক্কী লম্বীনি। থোইনা লাপ্পা লম নত্তে অদুবু ঢাকাগা কাঠমন্ডুগা যাম্না খেন্নে।

কাঠমন্ডুদগী ঢাকানা চাওবদসু ফেসিলিটিদসু যাম্না হেল্লি। অদুমক ওইরবসু কাঠমন্ডুগী ফজবা অমা লৈজে, ব্যবহাব ফজে, মোং হাদে, চীং লেম্মী, হিমালয়গী শওম ফংই।

ইমিগ্রেশন ওফিসবদগী হৌরদুনা ঝাকুদার (রাই শিংপা মী) ফাওবা ঐখোযবু রেলকম তৌগদৌগী লৈরম্বোই খলহল্লি, ব্যুরোক্রেসি উৎতে। টুরিস্টতা ঝামেলা তৌদে। ভীখাবি লৈরবসু কোইতান তান্নরক্কনি হায়বগী হৈনদবদু ফাওহন্দে। অদুগা লম্বী চৎপদা শেল মুনবিখিদ্রা হাৎপীখিদ্রা হায়বগী মীহুন থাহুন চোংহনবদু তৌদে। 'ভয় ভয়' নেপালদসু লৈ, মদু লালহৌবা মাওইস্ট টেবোরিস্টশিংগী আদর্শ অমনা শীল লাংবা 'ভয় ভয়' নি।

টেরোরিজমগী আদর্শ অমা শোয়দনা লৈরমগনি অদুবু আদর্শ অসি শা-ঙাগী জগৎতদা অয়াম্বা থেংনৈ। নেপালগী টুরিজম য়াম্না ওরগনাইজদ্নি। ট্রেভেল এজেন্সিশিংগা সবকারগী টুরিজম দিপার্টমেন্টকা সিঙ্ক্রোনাইজদ ওইবা মরী লৈ অদুনা ট্রান্সপোর্টেশনগী মতাংদা খুদোংচাদবা কয়া লৈরবসু প্রোব্লেম থোক্তনবা য়াম্না কেয়ার লৌই।

টি ভি, এটাচদ্ বাথকম য়াওবা সিঙ্গল রুমগী ভাড়া নেপালী রুপী ৩০০ (ইউ এস দোলার ১ না নেপালী রুপী ৭৭) তং তাবদুদা এযারপোর্টতগী ঐ অদুম হোটেল বুক তৌশিল্লে 'হোটেল এনকাওন্টব নেপাল' দা। হোটেলদু গোলকোপাখা বোডতনি অদুগা বাজেট-টুরিস্টশিংগী লৈফম থুংফম থামেল স্ট্রিটকি চংফমগী মচিলসু থোকই। যাম্না মতা চাবা মফমনি কোইথোক কোইশিন চৎথোক-চৎশিনগী।

রুমদা চংলকপগা বেস্ট লৌগে খল্লম্বদু ঙমদ্রে কনানো অমনা তপ্না তপ্না থোঙ থিল্লকই। শাউনিং-শাউনিং থোঙ হাংদোক্লুবদা পাখং মচা অমনা মখুৎ লোম্নদুনা নমস্তে তৌরকই অদুগা হায়, ঐ হোটেল অসিগী মেনেজর প্রমোদ গজুরালনি, চংজগে য়াগদ্রা? এনি থিং, এনি প্রোব্লেম, হুজুরনা চিংনবীদনা ঐঙোন্দা হেক্তা হায়বিনবা হায়জগে লাকচবনি। হোটেলগী কর্টেসিনি হায়না লৌবীয়ু। মাগী ব্যবহারদু উবদা শাউনিংবগী মহুত্তা ফনদুম হরাওখি। ঐনা ড্যুটি ফ্রীদগী লৈরকপা বিযার অমা মঙোন্দা লানশিল্লি।

"প্রোব্লেম হায়ববু হৌজিক ফাওবদি প্রোব্লেম লৈত্রি।"

ও কে, ও কে! নেপালদা অহানবা লাকপীবরা? ঐঙোন্দা হংই।

অহানবনি হায়রগা মানা ঐবু কচ্চা টুবিস্ট ওইনা লৌখিদ্রা হায়বগী রাখলদা ঐনা চীন থী, নত্তে সেকেন্ড টাইমনি। অদুগা শাউগনু নং হায়রগে, নংদি পোক্লুর্মখিবোই ঐনা অহানবা নেপালদা লাক্লম্বদু! 'করিগী শাউরুদগে অংকল, ঐদি চহি কুন তরেৎতমক ঙাইরি।'

ঐগী মরূপ অমনা ইং ১৯৭৬ দা নেপাল কোযরুবগী এক্সপেবিযেন্সশিং অদু ঐগী এক্সপেবিযেন্স শাবগা ঐনা মঙোন্দা তমশিল্লী। 'নেপালবাজ মহাবাজ মহেন্দ্রনা নোঙ্গাখিবগী চহি মবি মতুংগী ৰানি ইবুংঙো ঐনা নেপাল কোযনা লাক্লম্বদু'

মা থাজদবা ঙমখিদে।

প্রমোদ গজুবালনা ঐবু বেস্ট লৌবা পিদ্রে। নমদুনা পুবকই হোটেল শুমাংদা পে খনবা টেবল অমদা। মাগী ৰেটব অমবু কৌবগা নেৰাব-নেপালি যান্নবা লোন্না কবি-কবিনো পুবকউ হাযখি। মিনিট খবগী মতুংদা বক্সি (যুমদা শুংবা নেপালী যু) অমদি মোমো প্লেট অমা পুবগা লাকই।

পুন্সিদা ঐ বক্সি থক্ত্রি, মোমো চাদ্রি, মমীংসু তাদ্রি। মোমোদি তিবতকি চীঞ্জাক্লি। কোংগ্রেং মও° মানবা অতকপা তল অদুদা মচেৎ-মচেৎ তানা কল্লবা শাগী মকুপ্তু যোল্লগা মনিলদা মুলহনবা অদু গুম্বা চানবা পোৎনি। থাও যাওদে অদুবু হাওতবসু তৌদে।

হোটেল এনকা ওন্টবদা চযোল অমা লৈবম্মী। ফ্রেঞ্চ নুপী-নুপা জুডা অমনা মমল তীক্লবগা কমগী ভাবা তাহনবদু উবদা ঐসু তানা পীগে হাযবা যাবকপদগী হোটেল হোঙদনা চোম্থনা লৈথবনি। থামেলদা অসিদগীসু হোংবা হোটেল লৈ।

হোঙখিদবদুনা অমবোমদা কান্নখি। হোটেলদা থবক তৌবিবা নেপালীশিংগা ২ যা নবশিন্নবা ঙমখি। মখোযগী চাকচা যুথক, সমাজিব ফিভম চৎনলোন, থাজবা অদু ঞ্জ কযাগী মবমদা খব মখৈদি খংবা ঙমখি।

হেক খংনবতা ঙাইবিবা নেপালী অমগা লোযনবদা যাম্না কুইনা তিন্নবক্লবা ইমান্নবা অমগে লোযনবগুম তৌই। অকিবা অমদি নমথাক তৌবক্কনি হাযবগী চিংনবা থোইনা ফাওদে। যাম্না কা হেন্না মখোযদা কাযকদ্রগাদি থোইনা শাউগন্দবা জাতিনি। মখোয মশেল অমগা অমগা ব্যবহাব নাইনা চৎনৈ। হুজুব হাযনা কৌবসি মখোযনা যাম্না ব্যবহাব তৌববনি।

সমাজগী চৎনলোনদসু মৈতৈগা মান্নবা খবা লৈ। ওইগী খুৎনা পোৎ পীবসু লৌবসু তৌনদে। লুখাক যাম্না হঙ্গোইনা তৌই। অশেং অমাং খাযনা চৎলি।

নেপালীশিং মশানা চমজবগা লোযননা চাবা থকপদসু যাম্না চম্মী। 'ডাল ভাত (চাক-হৰাই) হাযবগা লোইজবে।

'ডাল ভাত নেপালীশিংনা নুংতিগী অনীবক চাবা চীঞ্জাক্লি। ঐদি 'ডাল ভাত না নম্না চাবকই। ডাল ভাত নত্তনা নেপালী চীঞ্জাক অতৈদি ঐগী টেস্টকা চুনবা হাযবদু থোকখিদে।

বেস্তোরাঁদদি মপাল লমগী চীঙ্গাক পূম্নমক শুনবা ফংই। গ্রীকশিংগী সুভলাকি ফাওবা। 'ডাল-ভাত' অমদি মোমো নত্তনা ঐনা মথেল অতৈগী মহাও তংলক্তবনা হাওই হাওতে হাযবা ঙমদ্রে!

হোটেল রুমগী মমল তীক্লবা ফ্রেঞ্চ জুডা অদুদি মীকোই-লাকোইদে। দোরো দোরো লাউই। কাঠমন্ডুগী কায়-কায় চৎলুরগা হল্লকপদা হোটেল এনকাওন্টরগী রেস্তোরাঁদা থেংনৈ।

ঐগী টেবিল মনাক্তা ফম্লগা মখোয়সু 'ডাল-ভাত' ওর্ডর তৌই, পাপড়সু অদুগা ঐঙোন্দা যেংলগা হায মখোয স্ট্রিক্টলি ভেজিটেরিয়ন্নি। অদুবু গঞ্জা থকপদি মাল্লি। কংকরগী মনম মশাপুম্বদগী ফুগাইনা থোবকই।

তূম্ব চাবা খংদবমখৈ গঞ্জা চিংবা শিবালোক্কী মশাদগী থোরকপা মনমদুমক্নি।

শিবালোকপু খংদবা সিলেটতা মৈতৈমচা অমত্তা মতমদুদা লৈবমদে। গঞ্জা থকপদদি শিব মহাদেবগা চেলেঞ্জ তৌবা মীশক্নি। মমীংসু শিবগীনি। কুচু কুমেন ঙৌরদুনা যান্না ফজৈ। শেৎতোক চাথোরকপদসু ময়াম্না তৌনদবদুতা শেৎ চায়। শিবালোক মতমদুদা মৈতৈ হীর্গোনি। সনা শাবদসু জুৱার শান্নবদসু মমীং চৎলম্মী। সিলেটতা শেলথুম খরা মবাং কাযনা শিজিন্নর্বদি সনা শুবশিংনা ওইরম্মী।

মাগী পাল্লা (মবক তিল্লুবদগী) দা তারুবদগী গঞ্জা-য়ু-জুৱারগী মরমদা ঐ মাগী ক্লাশকি ফাস্টবোয ওইবম্মী। খংদে করম্বা হেলোয়না চেনখিবা, শিবালোক নোংমা কন্নাদসু তাক্লমদনা মণিপুবদা চৎখি, সিলেটতা অমুক হন্না হল্লকখিদে।

ময়াম্না হায শিবালোক্না তাক্লমদনা মণিপুর চৎখিবদু মানা নুংশিজবা নুপী অমগী খোঙ্গুল লীখির্বনি। নুপীদু মঙোন্দা লৈয়ু য়াদবা নুপীনি।

শিবালোক্কা ইম্ফালদা ঐনা অতানবা বি এ ফেইল ওইবা চহি (ইং ১৯৬৪) দা অমুক্তি উন্নখি, শোইবম লৈকায়গা থংনবা নিউ চেকোনগী লম্বীদা। ইকুই কুইদ্র লাংথবানদগী নুপী অমা লৌরুবগা মফমসিদা লৈবে তম্মী।

উনবা নুমিৎদুমক্তদা মানা ঐবু মাগী মযুমদা চৎসি হায়দুনা তকপদগী চৎলি। মা য়াম্না অরাবা ফিভম অমদা লৈরম্মী। ইন্ডিযাগী ইকোনোমীক ডিপ্রেশন চৎলিবা মতাংসু ওইরি। চুরুপ মচৈ অমা লৈরগা থকপা ফাওবা ঐখোয় ইমান্নবা মশেল মুন্না লাক্লদুনা থক্লরি।

সিলেটকি সনাশুবা মী অমনা মফমসিদা মপুকচাক তাল্লগা নুংঙাইনা হিংগনি হায়বগী গেরান্টি লৈত্রিবা মণিপুরনি। মানা ঐবু ময়ুমদা পুরবসু, চাবা থকপগী ৱা হায়রবসু, তক্লবসু য়াদনবা ইশাবু ইশানা ৱারকচৈ। মাগী হৌনশা চাক চাসি হায়দুনবুদি য়াম্না তকই। ঐনা ঙমদুনা চারক্তে। গঙ্গাদি অমুকসু মাগী পাল্লাদা তাদুনা অমুক অনীরক চিংলকখি।

গঙ্গা নোইবগী, মহু কুপ্না শোয়বগী সরঞ্জামশিংদু পুথোক পুথোক্লা মাগী নুপীনা মুরুম-মুরুম মপুরোইবগী মরমদা পেন্দবা ফোঙদোক্লকই, 'মাগী গঙ্গা থকপসিতা তোকখিবা হে ঈশ্বর!'

শিবালোক্লা গঙ্গা থকপা তোকপা ঙমগনি থাজদে। মানা হায়খি, 'ঐ মা'গীদমক্তা (মা'দু মাগা থুংনহৌদবা মা'নি) গঙ্গা থকপা তোক্লুরবনি। মাদু মাংখ্রে, ঐগ-মাগা মিলন ওইখিদ্রে, ঐনা নুংশিজবা হায়বদু গঙ্গাসিতা মঙাইরে!'

গঙ্গা থকপগী মতাংদা মাগী পুন্সিদা থোকখিবা খুদোং থিবা থৌদোক অমগী ৱারী ঐ ঙসিসু কাওদ্রি।

ইষ্ট পাকিস্তান ওইরিঙৈ মতমদা চে-চাং য়াওদনা সিলেটতগী তুমিন্না ইন্ডিয়াগী শিলং তম্না চৎপদা দাউকী বোর্ডর (মেঘালয়গী কোনুং) দা ফাবীদুনা মশা চেক তৌবদগী গঙ্গাগী পোৎয়োম মচা অমসু য়াওনা মাবু ফাখি।

শিবালোক্লা ফনা হায়জৈ চে চাং য়াওদবগী মরাল মাগীনি। গঙ্গাগী বেপারীদি মা নত্তে। গঙ্গাগী পোৎয়োম অসি মাগী নোংমগী রেশন্নি।

কস্টমস-ইমিগ্রেশনগী মীনা মাবু থাজবীখিদে। শিবালোক্লা হায়জৈ, থাজবীদ্রবদি থাজনবা মফম অসিদা গঙ্গা মযোমসি লোয়শিঞ্জরবদি ঐবু থাদোকপীগদ্রা?

কস্টমসগী মীশিংদুনা মাগী লীলাদু য়েংনিংদুনা হোয় হায়বদগী শিবালোক্লা, কস্টমস ওফিসকি ফুল্লবা কা মচাদুদা গঙ্গা নোইবদুনা চিংবা হৌই।

তৌগে হায়না তৌদুনা মানা কামথোক্লককপা মৈখুনা কা মচাদু পৃম্মমম মল্লম্মী। খোর হোনবদা মৈখু চিংশিনবদগী মখোযসু নিশাগী মনম্না ঙাওখি। হায়নৈ গঙ্গাগী নিশানা পাল্লবা মীদুগী থম্মোয় বেলুনগুম পোংথোরকই, হরাও মথোয় কাবসু এভারেস্টমুক ৱাংই। কস্টমসগী মীশিংদুসু অদুমক্লরা শিবালোকপু চৎলো চৎলো হায়বতা নত্তনা বোর্ডর য়ৌনা থিনদোকপীরকই।

অয়াম্বা নেপালীশিং ইন্ডিযাগী কাচিন অমদা লৈরিবা মণিপুরগী মমীং তারমলে। ঐ মণিপুরীনি হায়বদুদা কাঠমন্ডু তম্পাক্কী অৱিবা কোনুং পাটান চৎপদা তোংবা টেক্সি

ড্রাইভর অদুনা মৈতৈলোন-হিন্দি য়ান্নরগা ৱারী শাবা হৌরকখি। মণিপুরদা চহি মঙারোম লৈরম্মী হায়। মণিপুরবু য়াম্না নুংশিনা শোল্লি। মথং চহিদা মহাক অমুক মণিপুর চৎকনি, মণিপুরদা ঐগী শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং কনা-কনা লৈব্রা হংলম্মী।

বাজেটতা চৎপা টুরিস্টনা ৱাই চাইবা মফমনি কাঠমন্ডুগী 'থামেল' এরিয়া। থামেল ফাওদুনা চৎলিবা লম্বীসিগী নাক-য়েৎতা হোটেল, রেস্তোরাঁ, স্যুভেনির, চীং-কাবগী পোৎ চৈ য়োনবগী দুকান শৌ-শানা লৈখ্রে। কেবিন হায়রগা খংনবা মওং অমগী য়ু য়োনফম খরসু লৈ। 'শাকি ঔর পেয়ালা' (য়ু লানথোকপী-নুপী অমসুং য়ুগীপাত্র) গী সেবা ফংফম ইন্দ্রপুরী অমরাবতিনি মফমদু। কাঠমন্ডুগী অতৈ কবম্বা মফমদা অসিগুম্বা কেবিন কয়া লৈবা মদু থিরুদ্রে। মণিপুরগী নহারোল অমদি মৈরা পায়বীশিংনা থিংখিবা মণিপুরগী কেবিনশিংদুনা করম্বা জাৎকি কেবিন ওইরমগদদৌবা মদুদি হায়বা ঙমদ্রে।

ঐনা নেপালদা লাকপদু নেপালদা দশাইনগী (দূর্গাপুজা) কন্না লাংবা মতাংনি। দশাইন নেপালগী খ্বাইদগী অচৌবা ফেস্টিভেলনি।

মতমসিদা কাঠমন্ডুগী কেবিন অমত্তা খালি লৈতে। কেবিনদা য়ু থকপগী মনুংঙাই অমসু লৈ। লৌনিংবা মওংগী সেবা লৌবা য়াই শেল পুথোক্লবদি। দোলারগী হিসাবতদি য়াম্না হোংই। অদুগা থানা পুলিশ, মৈরা পায়বী অমদি নহারোলগী অথিংবা হায়বদুগুম্বা অমত্তা লৈতবদুদা খোইহি চুপ্পা মীওইশিংগী নুংঙাইবা ময়াই কায়।

হরাও-নুংঙাইবগী কুম্মৈ অসিগী খরচা তানবা ওইনা অরাপ-অরাপ্পা খুঙ্গং অমদি চীং-মানদগী শেল তানবা কাঠমন্ডুদা লাকই। খরনা ময়ুমগী মপোৎ-মচৈ হায়বদি শা-যণ পুবক্লগা য়োল্লি। অতৈ-অতৈনা অফং-অফংবা মজদুবী তৌই। মখোয়শিংদুগী মবক্তা মৌ নহা লৈশাবীশিংসু যাওই।

থবক হায়বদো লাইরবা লৈবাক্তা পাক হেক ফংবা পোৎ নওবনিনা নুপী অযাম্বদি কেবিনগী মুশি-মুশি ঙানবা কাদা নুপানহাবু য়ুগী পাত্রনা থৌগল তৌরগা শেল তাল্লি।

কয়া'মনা 'কুমারী পুন্সি' পূজাগী শাগুম বলিদান তৌরম্মী।

দশাইন হৌবগী নোং-নিনি মমাংদা মখোয় অমুক শ্বাই মাংখি ইকা-ঙাগুম।

দশাইনদা ইরোই-শা, য়েন-ঙানু-হামেং দেবীগী কৃপা ফংনবা বলি তৌই। অহনবা ফিরোল শেৎলগা শাগৈ-নাতৈ, মরূপ-মপাংগী ময়ুমদা চৎলি। বাংলাদেশতা কুববানীগী ঈদ নুমিৎতা মুসলিমশিংসু অদুম হায়না তৌই।

থামেল এবিযাদা লৈবা 'মর্ভেল ট্রেভেল এজেন্সি'দগী ঐগী চংগদৌবা বুকিং পুন্নমক তৌহল্লি। রান-বে টিকেট কল্লকপনি ঢাকাদগী, কলিকাতাদা অমুক হনবগী টিকেট, পোখাবা, নগবকোট, ভক্তপুব, পাটান (ললিতপুব) চৎপগী টিকেট, হোটেল বুকিং, জোমসোমগী জঙ্গলদা ট্রেকিং চৎপা অমদি গাইড থিবিবা অসি পুন্নমক মর্ভেলগী সেলস্ মেনেজব কৃষ্ণ দুরাদিনা শোযদনবা শিনবীখি।

কাঠমন্ডু থুংলবগী মথং নুমিৎকী অযুক্তা ইথন্তা ওইবসু যেংবা যাবা মফম থিবগে খন্দুনা হোটেলদগী থামেলগী লম্বী পাংনা থোববই। খবা চৎলগা লম্বী মনাক্তা চা যোনবী মৌ নহা অমা লৈবম্মী।

লম্বী মযাদা ট্রিপাল কৃপ্পা খাংপোকশ ৬ অমদা যম্বা চাগী হোটেলদু মণিপুবগী ইমা ইবেন্না ফম্বা চা বোবাগী হোটেলমক্লি। চা থবনিংদ্রবসু মনাক্তা ফমদুনা ঙাইহাক দিল লেপ্পা ওইনা চা লৈদুনা থকখি। ঙাইহাকসু মাগা নোক্রেম হাইক্রেম ফাগী জুগাই তৌখি।

চা যোম্বী নুপী অদু চীংমীগুম চম্মী। মাযথোংদুসু মী খোনবা মাযথোংনি। চমজবা মওং মতৌনবা খংদে হাওবা হাওতবা মাগী চাদ্দা যাম্না শীৎলি। মাগী কস্টমব লোকেল মাসু ফোবেনবসু শুবে।

ঐনা সুম বাবী শাননিংদুনা চা যোল্লিবী মৌ নহাদুদা হংলুবদা মাগী চা-গী হোটেলদুগী ভাডা থাদা নেপালী রুপী লীশী' অমগা চাত্রেংনি হায। অহানবদা চাত্রেৎতমক লৌবম্মী পোৎশিং ফবা উবদুদা যুম্বদুনা ভাডা হেঙ্গৎখিবনি হাযবগা মচিল শুগৎলি। স্কুল তম্বা মচানুপা অমসু লৈ। মপুবোইবদি মিদল ইস্টতা থবক তৌদুনা লৈ হাযনা তম্মী। মখোয বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা ওকচ নেপালীনি। চা থবপা লোইবগা টুবিস্ট খবনা চৎপা মাযকে ওয়া ঐসু চৎলি। অদুগা ভুমিন ভুমিন মখোযগী তু ইল্লি। ঐ খংই মখোয শোযদনমক্তা কাঠমন্ডুগী অযাওবা মসার্শি যাংবা চৎলবনি

ইংল্যান্ডদগী লাকপা পাখ মদা অনীগী তুং ইল্লবদগী বাবী শান্নবে। অমনা বোব কৌই অমগীদি কাওবে।

'হনুমান দোখা' (দববাব। শ্যাবাব) দা লিন জগোয শাবা অমনা বীন খোংদুনা লৈবম্মী। মদু উবদা মখোয অনীমব যাদুনা শুক্কৎলবা মীগুম খেযাল অমদা মনাক চংশিনখি। ফিল্মদা রাবীদা তাখিবা উখিবা নওনা মখোযগী বিযেল লাইফতা কৈদৌনুংদসু উবমগনি খাজদে।

পুন্সিগী ওইনা মেম্মার অমা থম্নবা লিন জগোয শাবা নুপাদুদা নেপালী রুপী চামা বকশিস পীবগা জগোয শাহল্লি। ফোটো নম্মী পপ্পাবাজ্জিগী মতৌওম কোইতান তান্নদুনা এঙ্গল খুদিংমক্তুগ

হিন্দি নাগিন ফিল্মগী ম্যাজিক খোংলগা লিন জগোই শাহন্নবা হোৎনৈ। লিনগীদি মনাকোং পান্দে। বীননা হাই হুম্বদুদা মকোক হাইবনি। বীনগী মখোলদা হাইবা নত্তে, অসিনি লিন জগোয। লিন জগোয শাবা নুপাদুনা বোবকি মণ্ডকশমদা, মখুৎতা লিন যেৎশিনবীবগা ফোটো নমহল্লি। লিন উবদা ঐদি অমুক্তোইবা শ্বাই শ্বাই লাউরুবে।

লিন ঐগী এলার্জিনি, অঙাং ওইবিভেদা লিলবোপ্পসু ঐবু চীকপীখ্রবনি। ফমুং মখাদা ফৈজা কোন্দুনা লৈবম্বা খাবৌ খংদদুনা পাইগদৌবগী তৌরুবদা খুৎতা চীকপদগী শিবে হাযনা লৈরুববনি। লাইবক ফবদগী খাবৌদু লিন জগোয শাবা অমগী মযা শতোকপীববা লিন ওইবমদুনা শিহৌদবনি।

ঐখোযনা অঙাং ওইবিভেদা লিন জগোয শাবী নুপী (বেদেনি) যাম্না থেংনখি। লিনগী জগোয উৎপগা লোযননা লিন্না চিকপগী হিদাক, মন্ত্র শোনবা তাবিজ (যন্ত্র), মহৌষধ (শিদ হিদাক) মহামন্ত্রগুম যোল্লি। লিনবু জগোয শাহনবা মতমদা মখোযনা তোইনা তোইনা হাযবা বাহে অমা হৌজিকসু না'দা যৈবি। 'ভখিল্লাবে খা', অবিকপা মীবু চিকলুচো। ভখিল হাযবা বাহৈসি কবম্বা লোলদগী লাকপনো ঐ হাযবা ঙমদে। ঐখোযসু অবিকপা মীবু অসি হাযবগা লক্কবম্মী, কিতল্লম্মী।

বোবখোয থামেলগী লম্বীদা থেংনবা সন্যাসি অমগসু ফোটো নম্মীনৈ, সন্যাসিদুনা দক্ষিনা লৌখি। ফোটো নল্লগা দক্ষিনা লৌগদৌগী সন্যাসি খবসু তুং ইল্লকখি। সন্যাসিনা পোজ তৌবগা ফোটো নমহন্দুনা শেল তানবগী প্রোফেসন অসি চৎনবী ওইবমালে।

কাঠমন্ডুগী মফম অতৈদা বিক্রো উবক্তে, থামেলগী লম্বী মতেক খবদু নত্তনা। বিক্রোশি দু ট্রাবিস্টশিংগীদমক থম্বা মাল্লি। কাঠমন্ডুগী ৱাংখৎ ঙমথা তৌবা লম্বীদা বিক্রো থোৎগী শক্তি লৈতে। বিক্রোশিংদু ইম্ফালদা উবকপা বিক্রো কযাদা মাল্লে মথক্কী হুদ অদু বিক্রোগী হেন্ডলযৌবদু ফাওবা নোংজু নুংশা ঙাকথোক্লবা পোলিথিন্না তপথোকই।

কাঠমন্ডুগী দববাব স্কোযব অসি কাঠমন্ডুগী 'থম্মোয' নি হায। মল্লযুগতগী হৌবদুনা চহি চা কযা মমাংদগী লৈবক্লবা মন্দিব কযা মনুমেন্ট কযানা লৈতেং ওইবিবা অবিবা কোনুংনি দববাব স্কোযাব।

হৌজিক্তি কাঠমন্ডুগী থম্মোয অসিগী অকোযবদা দুকান্না ক্রিক ক্রিক ইন্নদুনা শ্বোব ফুক্লে। মযায ফাওদুনা হবাগাডী চেল্লে, এঙ্গাং নাপীসু যোনশিল্লে।

মেপ যেংদুনা মফম খবা চৎলগা মখোয অনীনা হায, 'শেযাবদা টেক্সি অমা বাযবগা পশুপতিনাথ যেংলুসিবো?

কাঠমন্ডুদা লাক্লগা পশুপতিনাথ যেংদনা হনবা যাত্রা? ঐনা খুম্মী।

বাগমতি তুরেলগী তোর্বান থক্তা লৈবা শিবগী মন্দির পশুপতিনাথ (জীবশিংগী মপু) নি। শিবনিংবা হিন্দুশিংগী শেংলবা তীর্থনি হায়নৈ। যেংবদা পেগোদাগী মওং মতৌ মান্দ্রবসু তুরেল রাংমদা বৌদ্ধ স্তুপা মযাম লৈবদুনা ধর্ম্ম অনীমক্কী মন্দির ওইববোইতা খল্লি। বাগমতি তুরেলগী শিঁডিদা মী মযাম লৈখিদ্রবা মপা মপুশিংগী আত্মা শান্তিগীদমক তর্পন তৌবম্মী। তর্পনগী হৈ লৈশিং দোনাদা হাপ্লগা বাগমতি তুরেলদা থাদৈ। দোনাশিংদুনা তাওদুনা চৎপদু যেংলগা মৃত্যুগী (শিবগী) রাতা নিংশিংহল্লি।

তোর্বানদুদা পোৎলোইফম লৈ। মফমসিদা পোৎলোইবগা পুণ্য ফংই হায়দুনা কাঠমন্ডুগী মী অযাম্বনা মফম অসিদা পোৎলোইনৈ।

মৈখুনা মল্লবা চিতাদা মী পোৎলোইবদু উবদা বৃটিশ মচা অনীদুদি অসিতমক শোল্লি, 'ভেরী মোঁশিঙ, ভেরী পরাবফুল।' চহি কুনমঙা/কুনথ্রাবোম শুববী নুপী অমনা মৈ থাবিবা অশিবা অমগী (মচা/মরা?) মনাক্তা থেম্ব-লাকপা যাদনা কপ লাওদুনা চোংশিনগদৌগী তৌবিবদু উবদা ঐসু মখোয় অনীগী মতৌওম হাইনিংবা পোকখি, 'শাঁথনা পরাবফুল দৃশ্যনি'।

ঐখোয় বাগমতি তুরেলগী নোংপোক তোর্বান্দা লৈবিবা স্তুপা মচা মচাশিংদুগী মমাংদা থাবিবা শিঁডি অমদা ফম্লগা পুন্সিগী শেৎনা খাইনবগী মল্লবা দৃশ্য অসি তুমিন্না যেংলম্মনি। পশুপতিনাথতগী থোককপা মতমদা নুপীদু অমুক উই। হনুবী অমগী মতমবাক্ত মকোক থম্লগা হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী। মাগী চোকথববা মশাদু হনুবীদুনা কোশিনবিবগা নানবিবম্মী।

পশুপতিনাথ মন্দিরদা যোং যাম্না লে। মখোয়দি জীবন-মৃত্যুগী থৌদোক অসি উমল্লদুনা তৌবিব্রা কবিমত্তা থওই বাওইবিদনা অচা অথক লাক্কদৌবগিতা হোৎনৈ। যণ লাবা অমসু লৈবম্মী। বোবনা ঐবু ফোটো নমগে তৌবদুদা মাসু যাওগদৌগী ঐবু কোইন ইন্নে, মশাগেগী মী মাল্লুবব্রা খংদে।

পশুপতিনাথকি হেক মাযোক্লবদা স্তুপা মযাম লৈবদু চীং অমগী মখোঙদনি। চীং অদু উমংনা ইশ্শক-শুকই। উমং অদু 'মৃগস্থালি' কৌই। উমংসিদা মহাদেবনা শক্তি ওল্লদুনা কোয়চেন চেনদুনা শান্নবম্মা হাসবগী বাবী পুবানদা লৈ হায়। পাখং লৈশাবী খবদি উগী মকম মকমদা যাম্না চাকথনা যাম্না নকশিন্না লৈবম্মী। বৃটিশ মচা অনীদুনা নোক্লমগনি বেস্টকি প্রেমলীলাগী মীতৌ তম্মসি উবদা।

পশুপতিনাথ মন্দিরগী তুং লোমদা অৱাংবা চীং অমা উই। নেপালদা অৱাংবা চীং হেক উবগা ঐনা হেক্তা খল্লি, মসিশু পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী অৱাংবা চীংদোল নিপাল খক নেপালদা লৈ হাযবদুগী অমা ওইবমগদ্রা। খংনিংদুনা নেপালী অমদা হংলুবদা মহাক্না 'নাগার্জুন' কৌবা চীং মচা অমনি হায। চীং নিপালদু অমত্তা ওইবমদ্রে।

পশুপতিনাথ মন্দির অসি মৈতৈগী চৈথাবোল কুম্বাবগুম্বা নেপালগী খ্বাইদগী লিববা কুম্বাবা 'গোপালরাজ বংশাবলি' দা ইবদি লিচ্ছবী শাগৈগী (চাওবাকপা এডি ৪০০-৯০০ ফাওবা পাল্লম্মী) নিংথৌ 'সুপুস পাদেভা' (Supus Padeva) না শাবম্বনি।

ঐখোয পশুপতিনাথ মন্দির মনুংদি চংলুদ্রে। হিন্দু নত্তবা মী চংবা যাদে হাযবগুম্বা'মা কন্নানো অমনা হাযবকই। ঐদি তীর্থ কোযবা লাকপা নত্তে অদুগা ইথন্তা চংবসু বৃটিশ মচা অনীদুনা কবি খনখিগদগে হাযদুনা তোক্লে।

মন্দির মনুংদা ফুট অহুম বাংবা মুশুক মুবা মাযকৈ মরিদা শিবগী মূর্তি হকপা শিবলিঙ্গদুদি যেংনিংলম্বনি।

পশুপতিনাথতগী বোরখোযগা কাযনবে। তিবেতকি ভিসা লৌবগী ফোর্মেলিটি লোইশিনবা চৎখি।

বাগমতুদা বৌদ্ধনাথ কৌবা বুদ্ধিস্টশিংগী ফাওববা স্তূপা অমা লৈ। ইন্ডিযাগী মধ্য প্রদেশকী সাচীদা লৈবা (বি সি ১০০ নৎত্রগা ২০০ দা শাবম্বা) স্তূপাদুগী মওং মতৌনি। পশুপতিনাথ মন্দিরদগী বৌদ্ধনাথ খোঙনা চৎলি, যৌবদা পূংখায অমা ফাখিদে। স্তূপাদুগী মথক্তা শুনু তৈবা ডোম (চোঙাবোন) অদু যেকুম মওংনি অদুগী অকোযবদা থোংনাও বোযনা ফাৎলি। ডোমদুগী লবায লেম্ফু মক্তদা চিংথেক নাইনা খবা বাংখৎপা অমা লৈবদুগী মাযকৈ মরিমত্ত। মমীৎ অনা (বুদ্ধগী মীৎস্না থম্বাল) যেকই। মমীৎ অনাদুগী হেক মথক্তা ফি অঙাংবা অশংবা শুপ্লগা অকোযবদা কারোন হাপ্পী। মদুগী মথক লোমদা শিংড থাক থাক্কী মওংদা লোইবোই লোইবোই মতোন লোমদা পীকশিনখি। পীকশিনখ্রবা অদুগী মথক্তা সনা মচুগী পে অমনা কুপথৈ। মদুদগী থৌবী তিংলগা মাযকৈ পুন্নমত্ত। শন্দোকখি। থৌবী শিংদুদা যাম্ববিবা ফিবালশিংদু মচু মখল মখলগীনি।

বৌদ্ধনাথ, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা বৌদ্ধ স্তূপানি। তিবতীশিংগী ওইনদি বৌধনাথ স্তূপা অসি সোযা কাশিওম্বনি। বুদ্ধধর্ম্মগী 'বজ্রযানা' পথাপ ঙাক্না চৎপা তিবৰ্তীর বুদ্ধিস্ট বিফ্যিজিশিংগী শেংলবা তীর্থ ওইবতা নত্তনা গৌতম বুদ্ধগী শিষ্য কাশ্যপ মুনীনা শিজিন্নবম্বা পোৎ চৈ লৈ হাযদুনা অমুক হেন্না মগুন হেনগৎহল্লি।

তিবতীশিংনদি মখোযগী মবোলদা বৌদ্ধনাথ স্তূপা অসিবু 'জাকং কাশোব' কৌই। লিচছবী শাগৈনা পানবা হৌবকপা মতম এ ডি ৫ শুবা অদুৱাইদগী চৎনবক্লবা ফুঙ্গা বাবীদগী লৌবা ৱাহৈনি। লাইবখ্রবা নুপী অমনা নিংথৌদা ইবোই মউনমুক্তা পাকপা লম অমঙ পীবিনবা নিজকবদা নিংথৌনা অসিবু কবি লৈবনো, খুদক্তা লৌজবো হাযদুনা যাথং পীখি। লৌশিং লৈবী লাইববীদুনা ইবোইগী শউননা থৌবী তাবগা মদু তিংদুনা লমগী লমখৈ ওনবা ডবদা নিংথৌনা পেন্দবা উৎলগা হাযখিবা ৱাহৈনি 'জাকং কাশোব' (পীথোকখ্রবা যাথং হঞ্জিনহৈদে।)।

নেপালীশিংনদি বৌদ্ধনাথ স্তূপাবু খশতি' কৌই। স্তূপাসিগী মনাক্তা বুদ্ধিষ্ট মোনাস্ট্রিদা পুন্সি লেল্লিবা লামাশিংদুগী মবমদা খল্লি, 'ষডবিপু' (মখল ৬ কী পুক্নিংগী ইথিল) না মখোযবু শোকপা ওর্মাদ্রিবসি কবম্ননো' বৌদ্ধনাথতা মরু কোকপা গেরুবা শেৎপা তিবতী লামা মযাম যাংখৈ-হুমফু মুক ওই যেংতা পবেং শানা ফম্লগা মশা হাই হাইদুনা অবিবা পালি লোলদা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক ৬, ওংদুনা পাবম্মী। খুৎঙং অমগী মওংদা ঙংবগী মখোলদু অওকপা শক্তি চেল্লি। ঐবুসু শুম্লবোই খনখি, মবক মবক্তা শেমবুংগী মখোলসু যাওই।

মখোলদুনা বৌদ্ধনাথ স্তূপাদা বুদ্ধগী চাওৱবা মূর্তিদুগী ভিডিও নমগে অমদি মোইথাপ লাইবগী তবেংওম উরু উরু লেবা স্পীনিং হুইল অদু পাযগে খল্লম্বদো কাওথোক্লুনা তোকখি।

শযম্ভুনাথ' কৌবা বুদ্ধনাথবা নেপালগী নেওবাব খুন্নাইগী যাম্না মরু ওইবা স্তূপা অমসু কাঠমণ্ডুদা লৈ। চাংদোল অমগী মথক্তা শাবা স্তূপানি। গৌতম বুদ্ধনা চীংদোলসিদা মতম খবা ধ্যান তৌদুনা লেবম্মা হাযনৈ। স্তূপা অসি শাখিবগী অকরুবা মতম খডদে। কনা কনাওম্বনা চহি লীশীং অনী, অনী মখায় লীশীং অম-মখাইসু হায।

শযম্ভুনাথ' যেংনবগীদমব থামেলদগী অযুক অওনবদা থোবকই। লম্বী চৎপা নেপালী কযাদা হং হংদুনা লম্বী মচা কযা ফাওদুনা বিষ্ণুমতি ভুবেল লাল্লগা শযম্ভুনাথ ওম্না লাকই। শযম্ভুনাথ যৌফাবিঙৈদা বাংতব তৌবা লৈপুঙ অমগী মথক্তা লৈবা বিজেশ্বরী কৌবা মন্দিব অমদা চংলুই। মরু ওইনদি কবম্বা লাইগী নামাদা শাখিবা মন্দিবনো খংনিংবগী কিউবিওসিটি অমনা মফমসিদা ঐবু পুশিল্লকপনি। লাইদু দেবী দুর্গাগীনি।

হিন্দু বৌদ্ধ ধর্ম্ম অনীমক্তা ওক্তশিং লাইফম অসিদা মানা মানা থাজজবা মতুং ইন্না পূজা তৌনবম্মী।

লাইশং অমত্তদা ধর্ম্ম অনীগী মীশিংনা লাই নিংনবসি ঐঙোন্দা যাম্না ঙক্না থোকখি। নেপালী টিভি চ্যোনেল অমগী জর্নলিষ্ট নুপীমচা অমা লৈবম্মী, কেমেবামেন অমসু যাওই ঐনা অনীদুদা মন্দিবসিবু হিন্দুগীবা বুদ্ধিস্টশিংগীবা হংলুবদা মখোযনা পীবকপা পাওখুমদু অসিমক্নি, "ইন নেপাল দেযাব ইজ নো বিলিজিযাস দিস্ক্রিমিনেশন বট নেপাল ইজ অ হিন্দু স্টেট।"

'বিষ্ণুমতি' তুবেল অমোৎ অকায লংশেকফমগী ডস্টবীননি, যাম্না মোৎলি। শযম্ভুনাথ, বৌদ্ধনাথ মন্দিব অনি অসিগী খেন্নবদি, বৌদ্ধনাথকী ডোমনা শুনু তৈবা যেকম মানবা ডোমনি। 'শযম্ভুনাথ' কী ডোমদি যেকম মানবা ডোম ওইববসু স্ক্রুগী মবৈগুম্না লৈনা লৈনা কাখি। মচুসু সনা মচুনি। তৌবতবু স্তূপা খুদিংমক্কী মওং ইমানতা মান্নবগুম তৌই, যেকম মওং ঙাক্কনি। ডোমগী মশাদা মমীৎ যেকপদুসু মান্নে। অসিদসু খেন্নবা অমা হাযববু মনাতোন অদু বাহং খুদম মাল্লি। বাহং খুদম মানবা মনাতোনদু নেপালী মযেক্নি। বিশ্বব্রাহ্মান্ড অসি অমত্তানি হাযবগী খুদমনি।

শযম্ভুনাথ স্তূপা, বৌদ্ধনাথকি ইচম চম্বা অর্কিটেকচবগী মওং অদুদগী খবদি আর্টিস্টিক ওইবা হেল্লি।

স্তূপাদুগী অকোযবদা লৈতান মচু মানবা নূঙদা হকপা বুদ্ধনা মওং মওংগী মুদ্রাদা ধ্যান তাঁদুনা লৈবগী মুর্তিশিংগা লোযননা মন্দিবগী মশাগী লৈতেংদুগী ফজবদুনি অর্টিস্টিক ওইবিবদি। স্তূপা অসিগী মশাদা খুদোপ মানবা অকোনবা থাক তবাহুমদোই লৈবদু বুদ্ধনা নির্বানগী লম্বী তাকপা জ্ঞান তবাহুমদোই হাযবদুগী খুদম তাকপনি হায। মতোন্দা পে মানবা অমা লৈবিবদুনা নির্বানগী খুদমনি।

শযম্ভুনাথ স্তূপাদু যৌবদা অঙম্বা শিডি থাক ৩৬৫ মুক কায। শিডি অমনা নুমিৎ শাবগা চহি অমা চংই হাযবগী অর্থবা থংদ্রে। অদু কাবদা শদৌ থোংই। শিডি থাক ২৫ বোম কাবগা খুবাক মযী যেংবা মশা মউ ফবা মী অমা মশানা মখোঙ মখুৎ মালিশ তৌদুনা লৈবম্মী। পোথাবসু পোথাবা মাবু উবদা মজা অমা ফাওদুনা খুবাক মযী যেংহল্লি। নেপালী হিন্দি মিক্স তৌবা লোলনা ঐগী পুন্সিগী অফবা দুতমক হাযবকখি। নেপালী কপী যাঙখৈ পীবম্মী অফবদুতা হাযবকপগী।

শযম্ভুনাথ স্তূপাদা তিবতকী লামা অমত্তা থেংনবক্তে। নেপালগী হিন্দু, নেওবাব বুদ্ধিস্ট মখোয নত্তনা। লৈবাক্কী কম্বিদা ধুপ থাবম্বা অমদি ঘীগী থাউমৈদগী থোবকপা মনম অদু পশুপতিনাথকি পোৎলোইফমদা ফংখিবা হৈনদবী মনমদুমক্নি। অদুবু খ্বাইদগী ফজবা অমসুং ঐগী পুক্নিং হুখিবা মতাংদি হিন্দু বৌদ্ধ অনীমক্না লাইশং অমত্তদা মাগী মাগী ঈশ্বরদা ভক্তি উৎচবদুনি।

শযম্ভুনাথ স্তুপাগী অকোযবদু উমংনি। উমংদু যোংগী মকোল হাযবমক যাই। অকি-অখং লৈতনা মীবক্তসু তাই্লে। ইম্ফালগী 'মহাবলি'দা লৈবা যোং মযামদুনা নোক্রেম হাগ্রেম, থওই উশিংতবা, লক্লবা তৌবদুমক নিংশিংহল্লি। কাঠমন্ডুগী মন্দিব অমদি স্তুপা খুদিংমক্তা যোং লৈবমদবা লৈতে।

নেপালগী সহব অহুম (কাঠমাণ্ডু, ভক্তিপুব, পাটান) লৈবিবদুগী মনুংদা খ্বাইদগী অবিবা সহবদি 'পাটান'নি ললিতপুবসু কৌই। পাক চাওবদসু কাঠমন্ডুগী ঙমথংনি। নেপালগী শিল্প সংস্কৃতিগী পোক্লফম অমসু' নেপালগী সিটি অব ফাইন আর্টস হাযবগাসু খংনবা সহবনি পাটান। হৌজিব হৌজিক পাল্লিবা শাহা নিংথৌ শাগৈ অসিনা নেপাল লৌশিন্দ্রিঙৈদা নিংতম্বা নেওবাব নিংথৌশিংগী কোনুং ওইবম্মী। লিচছবী শাগৈগী নিংথৌ বীবাদেবানা শাবম্বা কোনুংনি, ২৯৯ এ ডি দা।

অদুবু কীবাট ইতিহাসকী পণ্ডিত প্রেম বাহাদুব শক্যাগী মোৎ মতুং ইন্নদি, লিচছবী শাগৈনা পানদ্রিঙৈ আ মমাংদগী কীবাটশিংগী কোনুং পাটাননা ওইবম্মী। কীবাট নিংথৌ যালাম্বব না মহাক্কী কোনুং 'থানকোট'তগী পাটানদা পুবকখি। নেওবাবশিংনা তোযনা (তোযনা শীজিন্নবা পাটানগী মাংগীদি হালা নি।

পাটান সহব চংফমগী মাযকৈ মনিগী। মক ওইবা মফমদা স্তুপা মবি লৈ। স্তুপা মবিদু সম্রাট অশোকনা নেপালদা তীর্থ বোযবা লাকপদা শাহলম্বনি (২২৫০ বি সি) হাযবগী থাজ বাবী লৈ।

মীনাপান্ডেনা ঐগী গাইড ওইদুনা পাটান সহব যেংবা চৎলি। মভেল ট্রেভেলগী মেনেজব কৃষ্ণ দুব্বাদিনা শিনবীবব পা গাইডনি। তনাপ তনাপ্লদুনা মশক মতৌ ফজৈ, হিন্দি হৈ, ইংলিশ লাংগা হৈত্রবসু মানা হাযবদু লৌশিনবা বাদে। ফোরেনবশিংগা লোযননকপা মী মাল্লি। যাম্না হৈ শিংই।

কাঠমন্ডু দববাব স্কোযাব পাটান দববাব স্কোযাব অনীগী মবক্তা লাপ্নবসি শুপ্নতগী মাইল অনী মথাযর্তানি। ঐদি পোওনো ১৫৫০ লক্ষ্মী অদুবু মীনাপান্ডেনা টেক্সি কৌবনা হান্নখিবদুদা উপায় লৈহদে। পাটানগী দববাব স্কোযাব, কাঠমন্ডু অমসুং ভক্তিপুবদা লৈবা দববাব স্কোযাবদগী চাওবদসু ওইবদসু আর্টিস্টিক ওইবদসু, অবিবগী থাক্তা পুখৎলবসু মানা যাম্না হৌল্লি। দববাব স্কোযাবদুগী মযাহমক্তদা নুঙনা শাবা কৃষ্ণমন্দিবদুসু দববাব স্কোযাবগী মণ্ডল হাপ্লতা নকনা শিখাবা সটাইল'গী শাংলবা নমুনাসু নমুনানি। ১৭ শুবা শতাব্দীদা নিংথৌ 'সিদ্দি নবসিংহ মল্ল' না মঙ লাক তম্নদগী শাবম্বনি। মন্দিবগী মচীনভুম্বা সনা মচুগী মতোন অদু মতোন -১ লাই।

মফমসিদগী পংলাপ লাপতনা শিব মন্দিব 'কুম্ভেশ্বব' লৈবে। 'কুম্ভেশ্বব' খুকুম্বা লাকপসে নুপী অঙাংনা হোল্লি। মীনাপান্ডেসু কুম্ভেশ্বব খুকুম্বা চংখি। মন্দিবদগী খুদোম্বীনা কোৎলগা পুবকপা সিন্দুব ঐগী লাইবক্তা নম্বী। অদুগা মপান্দা ষজ্ঞ তৌবম্বদগী উৎ লৌবগা তৈবীগে তৌবদুদি যাবে-যাবে হাযদুনা মাবু ঐনা খাম্মী।

শিব মন্দিবগা থংনবদনা বগলমুখী মন্দিব। নেপালীশিংগী খোঙ্গোকতা বাংলামুখী ওইনা তাকুবে। ঐদি ইঙক ঙক্কুবে, মসিবু কবম্বা বাঙ্গালীনা কৎলম্বা মন্দিবনো। কোলেবা (পুকচৎ) লাইবেম্বীগী মন্দিবনি, মীনাপান্ডেনা হায। লাপতক্তা লৈবগা কিথি কিকুম মখুৎ অনী লোন্নবগা খুকুম্মী। মাগী মতৌদু উবদা বগলমুখীদা লৈবিবা নাইসি পুকচৎ লাযনামক্কী লাইবেম্বীতা লাইবেম্বী ওইববোই খল্লুই।

পাটান ম্যুজিযাম চংফমদা ফুট তবেৎ নিপালমুক বাংবা পীথ্রাইগী নিংথিববা দেবী মুর্তি অমা থেঙ্গুগী মথক্তা সেপ্তুনা লৈহৌবদুদি নিংথিজে।

পাটান কোযবা লোইবগা মীনাপান্ডেদা ঐনা বেস্তৌবা অমদা নুমিদাং চাক চামি ন্নসি হাবৰবু হবাও হবাওনা যাববাখ। নেপালী অর্টিস্টশিংনা আধুনিক অমদি নেপালী যোক শংশ তাহন্দুনা এন্টবটেইন তৌবা 'ফুলবাডি ফাস্ট ফুড এ্যান্ড দোহোবী শাঙ্গা' কৌবা বেস্তৌবা অমদা মীনাপান্ডেনা ঐবু পুবগা চৎলি। কাঠমন্ডুগী সান্তা কোমপ্লেক্স বাগবাজাবদনি মফমদু।

ঐগা, মাগা বোমাঙ্গকী বা লৈতে, সঙ্গী অমা ওইনা লোইনবতনি। শক্লিবা নেপালী চংশেগী সুব (হিন্দি ফিল্মগী) দা যু থকপা নহা অহল মযাম অমা পংচোং গোংদুনা জগোয শাবম্মী। মীযাই চল্লবা অমনা মীনাবু চাংদুনা পুবগা জগোই শাবা হৌখি। পুক্তা মহা খবা তাখিবদুনবা মা কবিমও আপত্তি তৌদে।

জগোয শাকুবগা ঐবুসু মানা জগোয শাকসি হেঁই। পুক্সিদা জগোয শাবক্তবা এনা জগোয শাকুবগা জোকব ংবা তাবে থন্দুনা লৈংথোক্লুনা লৈখি।

মীনাপান্ডেনা মাগী পুক্সি বাবী শল্লপ্পা তাহল্লি। গুইহ্নি থক্রুমদ্রদি তাহল্লমগনি থাজংদে। নুংশিনদুনা লৌনবা মবা মপুবোইবদুনা মচা অমা মমলল্লগা অতোপ্পা নুপী অমা চৎখ্রে। মচাদু চহি অনী ফাবে। মাগী মনাওনুপীদা মচাদু শিং বম্লগা ঐগা লাকপনি। মাগী মমা মপা লৈখিদবা কুইবে যাম্ন বানা হৌবা পুক্সিনি। অদুনা লাইবিক খবা তল্লগা ওডংগ্রাব বযা তৌকুবগা গাইড ওইবগী হবকসি যংবনি। শেল যাম্নবুদি ফংদে। অদুবু চ বার্মা ও হেন্দে তম্মী। অদুদগী যাম্না হবাওনা যেন থোংবা হামেং থাংবা চান চানা হায, মাদি ডাল ভাত হৈনদে।

নেপালগী ঐতিহাসকী যুম্ফমদি কাঠমন্ডু তম্পাক্নি। তম্পাক অসি শিল্পকলাদা অচৌবা খৌদাং লৌখিবা চাউখৎলবা নেওৱাব খুন্নাইনা তাবা মফমনি।

হৌজিক হৌজিক লৈরিবা মন্দির, স্তূপা, পেগোদা অমদি মনুমেন্ট পুন্নমক নেওবাবগী খুদোল ঙাক্তনি হায়বদা অকায়বা লৈবোই। মৈতৈগুম নেওৱাবসু তিবেটো-বর্মন লোলগোশিংগী মনুং চনবা খুন্নাইনি। নেপালগী চীং মানদা তাবা খুন্নাইশিং, তামাং, গুরুঙ, মগর, লীম্বু, রাই, ভুটিয়া, মনাঙ্গী অমদি শেরপাশিংদগী মখোয়না চাওখৎপা হেল্লি। নেপালগী অগনেবা মতমগী চশেংনা থাজবা যাবা ইতিহাস লৈতে। বৌদ্ধ অমসুং হিন্দুগী পৌরানিক ওইবা বার্তানা যুম্ফম ওইবগা শাগৎপা ঐতিহাসপুদি লৈ।

লিচছবী শাগৈ (এ ডি ৩০০-৮০০) গী নিংথৌশিংনা পাল্লকপা মতমদগীদি ঐতিহাসকী মচাক খবদি লেরে। অদুসু মমি শামি লৌখৎপদা বাবা শেংদবা ইতিহাসনি। ১৩ শুবা শতাব্দীদা শিল্পকলাদা চাওখৎলবা মল্ল নিংথৌ শাগৈনা পাল্লবা মতুংদগী চপচাবী ইতিহাস লৈবা হৌরে। গুর্খা নিংথৌ পৃথ্বি নবাযন শাহনা কাঠমন্ডু তম্পাক অসি ইং শোক ১৭৬৯ দা লৌখিবগী মমাং ফাওবা মল্লনা চহী চানিপাল লোম পাল্লম্মী।

মল্লগী মতমদা পাটান, ভক্তপুব, কাঠমান্ডু মফম অহুম অসি নিংতম্বা মল্ল শাগৈগী নিংথৌবোল অহুমগী কোনুং ওইবম্মী। অপুনবা নেপালগী কোনুং কাঠমন্ডুনা ওইখিবসি পৃথ্বি নবাযনগী মতমদনি। নেপালনা মোডন ৱার্ল্ডদা খোঙদাবকপসু মতম অদুদগীনি।

কাঠমন্ডুদা যেংবা যাবা খনা যেংলগা ঐ 'পোখাবা চৎলি।

হিমালয় চীংশা পাবংগী মনুং চনবা 'পোখাবা' (পৃথ্বি) তম্পাক অসি হিমালযগী নিংথিববা শক্তম যেংনমতা ননবা প্রকৃতিগী লীলা শান্নফমনি হাযবদো মীৎকুপ খুদিংগী অনুভব তৌখি।

পোখাবা চৎপগী বস স্টেন্ড অদু কাঠমন্ডুগী কান্তিপথ কৌবা মফমদদা লৈ। বৃটিশ কাউন্সল বিল্ডিংগী হেব মায়োক্লবদনি। থামেলদগী খোঙনা মিনিট কুন লোমতা চংই। নম্বো থাবো যাওদে। হোটেলগী লোবলদা থনম্মী। জরুবী ওইবদুতা পুবগা হকচাং যাংনা পোখাবা চৎলি। ঙন্তানা থু লুবনা ড্রাইভবগী হেক ওই থংবগী অহাংবা সিট অদু ঐনা কল্লি। সিট অদুবু ফংলমদ্রবদি ফোটো ভিডিও নম্বা ঙম্বগী বা লৈতে।

হান্নদগী নেপালী নুপী অমদি নম্বো থাবো যাওনা ঐনা কনবা সিট অদুগী ওই থংবা সিটতা ফমদুনা লৈবল্লে।

ঐসে নেপালী মাল্লি হাযনা অহানবা উন্নবগী মতাংদা এনকাউন্টব হোটেলগী ম্যোনেজব প্রমোদ গাজুবালনা হাযখি। গাজুবালনা হাযবদো চুমদৌবা মাল্লি মবমদি থংনবা সিটকী নুপীদুনা নেপালী লোলনা কবিনো অমা হাযবকই। কবি হাযবা মদু খংদদুনা ঐ মঙোন্দা যেংই। হিন্দিদা ঐনা ব্যবহাবগা লোযননা হায, 'ঐ মণিপুবীনি, নেপালী খংজদে। নেপাল কোযবা লাকচবনি।'

মহাক্কী চিংনবদু কোকখি।

'ঐদি নহাকসে ফোবেনদগী হল্লকপা গুকুণ্ড মচানি খল্লুবে। নেপালী-হিন্দি যান্নবগা হাযবকই। অদুগা ইশি শিনা নোক্রকই।

মমীং সীতাগুকুণ্ড কৌই, বুদ্ধিস্টনি।

পোখাবা অসি গুকুণ্ডশিংনা নম্না তাবা তম্পাক্নি। বাহ্মন (বামোন), ছেত্রী, থাকালী, নেওবাব অমদি ঈশৈ শক্তুনা মপুকচাক তানবা ফুকপ 'গ্যেইন' (মিন্সট্রেল) শিংগী লৈফমসুনি।

কাঠমন্ডু পোখাবা হাইবে অসি ত্রিশুলি, শ্বেতি, গন্ডকি তুবেলশিংসিগী মপান শোক্ল শাক্লগা চৎখিবা লম্বীনি। 'মাদি' তুবেলদুদি মযায থৎলগা চেল্লি।

ফজ ফজববা চীং নাপোম থৈবগা থেক্লা খোযনা চৎলিবা চীং লম্বীদুগী অবস্থাদি ইম্ফাল ডিমাপুব লম্বীদগী যাম্না হেন্না যৈ। অদুগা তম্পাক্না চীংগা তাযনবা লমশিং অমদি ত্রিশুলি তুবেলনা থেক-খোযনা নুঙলক্তা চেল্লিবদু উবগা মণিপুবগী সেকমাই যৌবাবাই খল্লি।

কাঠমান্ডুদগী খবা চৎলগা পুলিস মিলিটাবি অনী চংনা চেক পোস্ট অমদা নেপালী লোইনমকপু কুমথহল্লগা চেক তৌই। ইন্টোবোগেটসু তৌই।

টুবিস্টশি বুদি হন্নসু যেংদে, হ সু হংদে। পোখাবা যৌবা ফাওবগী মনুংদা চেক তবকলক তৌখি। মাওইস্ট গেবিলানি চিংনবাশিংদু ফানবা চেক তৌবনি সীতাগুকুণ্ডনা হায। গেবিলা গ্রুপ অসি নেপালগী হৌজিক তৌজিক পাল্লিবা সবকাবগী মাযোক্তা খুৎলাই পাযবা কাওবুনি। মাওইস্টশিংগী প্রোব্লেমদগী টুবিস্ট লাকপসু হন্থবে।

ত্রিশুলি তুবেল মাংখু কৌবা টাউন মচা অমা শন্নগা চেল্লি। মালেখুদনি ঐখোযনা লঞ্চ চাবদু। সীতাগুকুণ্ডগা লঞ্চ চাবিদৌদা যোন্ট্রিযালদগী লাকপা এনজি ও অমদা থবক তৌবা চাইনীজ কেনেডিযান নুপী মচা অমগা থেংনৈ। টেবিল অমত্তদা কোযনা ফম্মীন্নবদুদা বাবী শানবদগী খংবনি।

মাগী ভিজিটিং কার্ডতা মমীং ইয়ানশেং ঝাঙ্ হাযনা ই। মোন্ট্রিয়ালগী ভিযু মেট্রোগী মনাক্তা মাগী মযুম মযুমনি হায। ঐসু ভিযু মেট্রোগা হেক শম্নবা লম্বী পীযেব দ্যু কুইবেবটিনদা চহি অহুমলোম লৈবম্মী। মোর্ডন ওলেমপিক্স হৌদোক্লম্বা পীযেব দুৎ কুইবেবটিনগী মীংদা থোনবা লম্বীনি, মদুগা যান্না নরুম্না লৈরে ইং ১৯৭৬ তা পাংথোকখিবা মোন্ট্রিয়াল ওলিমপিক্স ষ্টেডিযম।

ইযানশেং ঝাঙসু অতোপ্পা টুরিষ্ট বস অমদা পোখাবা চৎলিবোই খল্লম্মী, নৎলমদ্রে।

কেবল বেদা ত্রিশুলি তুবেল লাল্লগা অদুদগী চীং কাদুনা হিন্দু তীর্থযাত্রীশিংগা লোযননা কুবিক্তবদা 'মন কামনা' পুক্নিংনা নিংজবা কৌবা কালিমন্দিব যেংলুবদগী হল্লকপনি মহাক। ধর্ম্ম তিন্নদবা মী অমনা কবি রিশ (অনিংবা) লৈদুনা কালি খুকুম্বা চৎলুবনো মদু ঐ হংলুদ্রে।

নোংমা ঐনা বোমগী ট্রেভী কৌবা ফাউন্টেনদা (ঈফুৎ) ভুং হন্না যেংলুদনা পৈশা লংশিল্লগা আনিংবদু নিজববদি নিংবা থুংই হাযনবগী থাজবা লৈনবদুদা লাই থাজদবা ঐসু ইশাগী শোল্লবা তাম্বক অমদা লম কোযবা ফংজনবা পৈশা লংশিনখি, নিজখি ট্রেভীগী দেবতাদা, ' ঐবু হন্না হন্না মালেমগী মফম পুন্নমক্তা পুবীযু কো হে অঙম্বা।"

ইযানশেং ঝাঙগীসু অদুমক ওইবমগদ্রা 'মন কামনা' দর্শন তৌবা চৎলুবদো।

'মন কামনা' যেংবা লোইবগা ত্রিশুলিগী নুঙলক্তা থেক্লা খোযনা চেনবা কোঙ্গোলগী ঈচেলদা বেফতিং (উঙাম তোংবী শান্নবা) কেনো তোংলুবগী চাওথোব চনীংঙাই ওইবা এক্সপেরিযেন্স অদু ঐ চান্দা যান্না হবাওনা তল্লম্মী।

মোন্ট্রিযালদা কৈদৌঙৈ অমুক হনগনি হংলুবদা ইযানশেং ঝাঙনা খুম্লকখি মহাক নেপালদগী কম্বোডিযা চৎকনি। পৃথিবীনা মতম কুইনা কাওথোকপীক্ববা কম্বোডিযাগী আংকোর বাট মন্দির যেংবা চৎপগী মঙ মঙবা কুইববনি হায।

হন্দক্কী ঐগী খোঙচৎ অসিদা ঐঙোন্দা কম্বোডিযা কোযবগী ৱা পল্লকপসি মাগা থানা মীওই অনী শুবে। বোব অমসুং ইযানশেং ঝাঙ্। মখোয ঐবু কম্বোডিযা চৎনবগী নিশা কানবা ইনোৎ হাপচিনবা বিধাতনা থাবকপা দূতলা থংদ্রে।

মালেখ্রদা ইযানশেং ঝাঙ লৈহৈাবে।

মী অম অমগা ঙাইহাক্কী ওইবসু খংনা চান্নববা তুংদা ৱাবী শাননীংবগী যোৎচাবীনা চাবসি হৌনশানি। ৱাবী শুম শান শাননা চৎপদগী সীতাগুকঙনা লুনা তিন্নবা মব্দপ

অমদা তম্বগুম তন্নকই, আর্মীগী থবক থাদোক্কুনা জর্মনিদা লাইবক চাং য়েংবা চৎখিবা মপুরোইবা অর্জুনগুরুঙগী ৱারী।

চহি মঙা শুরে জর্মনিদা লৈখিবা। হন্নক্রো হায়বা শুকয়া য়াদে। ফোরেনদা লৈনিংবগী ভুত অমা মকোক্তা তোংখ্রে। শেলদি থারকই মদু তুংশিনদুনা বোটিক্কী দুকান অমা হাংলে। দুকানদুগীদমক কাঠমন্ডুদা পোৎচৈ খরা তীকপা চৎলুবনি, অদুদগী ময়ুম হন্নকপনি হায়।

মহাক্কী মপুরোইবগী মনাও অমা কেনাডাদা লৈ। মাসু ফোরেনদা লৈনীংবগী ভুতনা তোংখিবদগী য়াম্না ৱানা হিংলি। চহি তরেৎ শুরে ইমিগ্রেসন ফংদনা লৈবকপা। কেনাডাদা মচাসু অর্না পোকএ। অসোমদা চহি মরিতা মঙাইহিরিবা মচানুপা অমা নেপালদা লৈহৌবদু মী অমগা লোয়ননা ফেক চে চাং পুথোক্লগা পুরকহনবদু জর্মনিদা ফাদুনা লৈবা চহি মঙা শুরে। ফোরেনদা নুংঙাইবা থিবগী কালচক্রদা সুক ট্রেজিক ওইবা পুন্সি খুৎহিংসিবু পুন্সিরো অমুক্তং খন্নগা য়েংবীয়ু!

কাঠমন্ডুদগী কিঃ মিঃ ২০০ লাপ্পা পুং তরেৎ রোমগী জর্মনিদ মাগা ৱারী শান-শানা চৎপদা হৈনিংদব-অতনবা পোকখিদে।

ত্রিশুলি লান্নগা শ্বেতি তুরেল উবদা সীতা গুরুঙনা হায়রকই, ত্রিশুলি, শ্বেতি, মাদি, কালিগন্ডকি, বুডি গন্ডকি, মোরশেংদি অমসুং দবাউদি তুরেল তরেৎসি "সপ্ত গন্ডকি" তুরেল কৌই। তুবেলশিং অসি গঙ্গাদা তিনখি। তুবেল অমদি চীংশিংগী মীং অসিনা ঐবু বাখলগী তান্নবা পুবানগী জগৎ অমদা পুখি।

তুরেল অতৈগীসু মমীং হায়রকই। লোয়নমক নিংশিংদ্রে। 'লিখু কর্শি' (লুপা মচুগী তুরেল) অদুমদি কাওদে। পোখাবা য়ৌরমদাইদা শ্বেতি তুরেল অমুক ওইরোমদগী ওপোজিট দিরেক্সনদা চেনখিবগুম উই। ঐনা উখিবদু হেল্যুসিনেশন ওইরম্বসু য়াই।

তুবেলগী মীংনা ঐবু হেক্তা ওবসেস ওইহল্লে। অঙাং ওইবিঙৈদা বরাক-সুরমাগী মীং পনবতদা বজবাগী (হি অচৌবা) মাঝি (হিহোনবা) ওইদুনা বাংলাদেশকী হিথাংফম অমদগী হিথাংফম অমদা চৎখি ঐগী পুক্কিং।

খবা চাওরবা তুংদা সেইন-টেমস ভোলগা নাইল ফুবাৎ তুরেলনা মখোইবু য়েংবা লাক্রো হায়দুনা খুৎলাম তোইনা কৌরকখি। ত্রিবেনি গঙ্গা ঝিলাম-শতদ্রু-মন্দাকিনিনা কবিতা ইবগী ৱাখল পোকহনখি।

নম্বুলনা নুংশিবগী।

পোখাবাদা ঐ সীতাগুকুণ্ডগী বোটিক্কী দুকান্দা অনীবক চৎলুই। হৈ মহি পীথলকই। লং জমগী পুমনাৎ-পাযজামা, স্যাভেনীর মচামগু খবা, ষ্টাম্প খবা লৈবকই, ইকাইখংদগী নত্তে।

ওক্টোবর নভেম্বর থা অসি পোখারা কোযবগীদমক যাম্না নুংঙাইবা মতমনি হেদর ফৈ। ঐনা পোখাবা য়ৌবকপসু ওক্তোবর চংলগনি। ওক্তোবরদা হেদর ফনি হাযজববসু পোখাবা থুংবগী মথং নুমিৎকি নুংদাংগী চবা চাবা লাকপদনি নোং হৈথবকপদু নোং হৈখবকপগী মতৌদু উবদা হযেং অসুম্না নোং চুববদি সবংবোটকি চীংদোলথক্তগী হিমালযগী চিংশাং পরে যেংবা নবম্না চংকনি খল্লুবদা হীং কাখি। সবংকোট চৎপগীদমক গৈক্সসু বিডভ তৌখ্রবান। হীং বাদুনা চিন্তাদা উংলিঙে মতমদুদা তিবেতন লোন্দা 'তাশি দলেক' (যাইফবা, মায পাকপা খৎন-চৈনদবা অদুগুম্বা অর্থ চেনবা বাহৈ) হাযবগা বেটব অমা চংলবই অদুগা হংই, 'তিবেতনশিংনা শুংবা বিযাব 'টুম্বা' তৌবীগদ্রা নত্রগা রাইন, ওইন্দ্রি ? টুম্বাদু কবি বস্তুনো যেংনিংদুনা টুম্বাদু ওইনা তৌসি, ঐনা হায।

কোনীগী পাত্রদা হাপ্না ঈশিং অশাবদা শাহনবা তুম্বাদু লোইশিনবা ঙমদনা অদুম লেহৌবে। মণিপুবগী অতিংবগুম্বনি। শাহনবদুনবা ওনিং ওনিং তৌখি। মখোযগী অযাম্বা চীঞ্জাবসু ঐভোন্দা থোইনা পামজবা হাযবদু থোকখিদে। অবেম্বদা পৈশা মাংলে খনখি। মনা মশীং হাপ্লগা থোবা কোথে মোমোদুতা খল্লগা চাবকই। শা চাবক্তে, ইবোই শা ওইবদুদা। পৈশা মাংলবসু থংনবা টেবলদা তিবেতন নুপী অমগা মাগী টিনেজ মচা নুপা অমসু মচানুপীগা হংনখিবদুনা পেশা মাংবদু হঞ্জিনখি। লেক সাইডকি ঐনা লৈবিবা মযাম অমবচৌক্কী মনা গ্রা মশাগী দুকান লৈ। তিবেত অমসুং নেপালদা শাবা কার্পেট চুবোলবী, স্যুভেনির, বেনব পেপসি চোকোলেট, বিস্কুট, স্টেশনবী অমদি ফোবেন নিযাবনচিংবা ফংই। ফোবেনবশিংগী হোংনা নিযাব চিংকম মফমসুনি।

মহাক্কী মিং কবম (থাবানিচাক) লাহমো (হেলোয)। যুমদা কৌনবা মমীংনা 'দ্রদোন' নিংহায। কবমা লাহমো তিবেতকী চেল্লকপা বিফ্যুজিনি। চাইনানা তিবেত লৌশিনবা ইং (১৯৫০) গী মতুংগী তিবেতন বিফ্যুজি নেপালদা চংলকপা হৌবে। মযাম হৌদুনা খোরম্বংখিবদি দালাই লামানা তিবেতগী চেল্লকপা ইং ১৯৫৯ গী মতমদগীনি কবমা লাহমোনা হায।

মচা অনীদু স্কুল ভেকেসং ওইবদুদা মমাগী দুকান ফম্বদা মতেং পাংই। মখোয অনীনা ঐসে লম কোযবা মীনি হাযবদুদা ওইনা ঐগী বাবী নাগদৌবগী মমান্নবশিংনা কৌবা ফাওবদা থৌশাদনা ইনাওং ফম্দুনা কেনাডাগী মবমদা যাম্না খংনিংনা হংই।

নিংথম থাদা উন তায ওলাং থাদা হুমাং তায ঐনা হাযবদুদা মখোয যাম্না ঙকখি।

অদুদগী হংই, তিবেত চৎলুব্রা?

"লম ফন্না যাম্নদি কোযবে অদুবু নখোযগী তিবেত যৌকদ্রি। নেপালদগী তিবেত চৎপা যাম্না লায। অদু ওইববসু হন্দক্তি ঙম্নবোই। মথংদা যেংবা হাযবদুনি।"

"তিবেত ঐখোযগীদি মঙ-লমদম ওইখ্রে। পুন্সিদা ইমা লৈবাক তিবেততা অমুক হনগনি হাযবগী আশা শু মঙ ওইখ্রে।" মচানুপা ট্র্যাবিং নাম্‌গেলনা শোষ্টাংন্নবা হাযবকই।

নেপালদা তিবেততগী চেল্লকপা বিফ্যুজিশিং পোখাবাগী 'হেংজা' কৌবা মফমদা চাওববা বিফ্যুজি কেম্প অদুদা লৈ। ঐনা কবমাগীদা বিযাব থক্লিঙৈদা হেংজাদগী বিফ্যুজি সন্যাসি অমা কবমা লাহ্‌মোগীদা লাকই।

কবমানা শক্তাক্লহল্লি, লামা সুর্যদাস কৌবা সন্যাসিদুগা।

তিবেতকি মবমদা খংনিংদুনা লামা সুর্যদাসদা ঐনা বা খবা হংলুবদা মহাক্না খুম্নকই,

"বাজনীতিগী বাদি হংবীনু।"

"বাজনীতিগী নত্তবা তিবেতকি মবমদা এনিথিং অদোম্না হাযবদু তাজনিংই।"

তিবেতকি মবমদা খংনিংবগী ঐগী খৌবাংবদু উবদা মহাক হবাওই। অদুগা হায, "তিবেতানশিংনা তিবেতপু 'পোওন' কৌই, হৌজিক্না 'পোও'। পোওন অসমক হাযবগা খংনবা বুদ্ধ ধম্ম চৎত্রিঙৈদগী লৈবম্নবা ধর্ম্ম অম শু লৈবম্মী ধর্ম্মদুগী অর্থদি পুন্সি থৌদাং হাযবনি। চৎনবম্না ধর্ম্মদুগী অযাম্বা লাইবিকশিং মৈ থাখিব্রা নত্রগা কবি মবমদগীনো খংদে মাংখ্রে, খনা লৈহৌবা লাইবিকশিংদুসু শেমদোক শেমজিন তৌবদুনা বুদ্ধিজমগী মনু চনখ্রে। পোওন ধম্মনা তাব পদি তিবেতান খুন্নাইগী চৎনালোন, নাৎ, হৌন শাজৎ অমসুং বিশ্ব তাইবংপালগা মনৗ লৈনবা মালেম লেশেম্বগী বা ডাক্তনি। অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয লোযনমক পোওনগী বাখলোন অদু থবগা মীওইবা পুম্নমক 'বুদ্ধ' ডাক্তনি হাযবগী থাজবা থম্লে।"

লামা সুর্যদাসনা হায়খিবা পুন্নমক নী লৌশিনবা ঙমখিদে অদুবু মৈতৈ ঐখোযগী পুযা মৈ থাখিবা অমদি বৈষ্ণব ধম্ম চৎনবসু ইশাগী নাৎ কলচব যোক্তুনা থম্বা ঙম্না হাযবগী মান্নববা বাফম অসি তাবদা ঐ ঙক্কুবে।

অতোপ্পা ধর্ম্মগী মখা পোল্লবসু মশাগী নাৎ কলচব মাংহন্দনা মশাগী অশংবা মশক চপ চানা তাকপা ঙম্লি তাবদা ঐসু চাওখোকচৈ। মবমদি মৈতৈ ঐখোযসু হিন্দুধর্ম্ম চৎপা ফৃকপ ওইজববসু ইশাগী কলচব মাঙহনজদ্রি।

"ধর্মাদি থাজবা অমগী ধর্মশালানি। নাৎ, কলচবদি ইশা ইশাগী আইডেনটিটি তাকপগী হোংবা যাদ্রবা দলিললনি।" ঐবু পোকপা অহলনা তাকপীবম্মী।

ঙবাং নুংদাং কন্না নোং চুবদুদা সবংকোট চৎলগা অযুক অঙনবদা উন্না কূপশিল্লবা হিমালয চীংশাং পবেংগী ফজবদু যেংবা চৎপগী আশা মাংলুববনি।

সবংকোট চৎপগী মতাংদা নোং চুববদি লাক্কনু হাযনখিবা টেক্সি ড্রাইভব অদুনা ঙস্তনা থোঙ থিল্লে। ৱেদব ফবদুনা লাকপা ওইবমগনি, খল্লুবদা তূমনিংবগী নিশা কোকখি। তহা তহা হোটেলদগী তেক থোবকপগা ঐনা মথক্তা কোযেং যেংই।

টেক্সি ড্রাইভবদুনা হায, "ঙসিগী নুমিৎ অসুন্না সুক ক্লিযাব ওইবা নুমিৎ পংনা থেংনদে।"

সবংকোট হিমালয চীংশাং পবেং যেংবগী যান্না খুদোংচাবা চৈবাও চীংগুম্বা চীং মচা অমনি, তৌবংবু সবংকোট মি ১৫৯০ বোম বাংই। চীংখোংদুদগী খবা মথক ফাওবা টেক্সিনা থৌগৎলি। মতোন যৌনা কাবদুদি খোঙনা কায।

নুমিৎ থোবকপা ঙাইবদু ওনথোক্লা খীবাংনা ঙাইখি। অঙাং ওইবিঙৈদা ঙাইঙমদনা ঙাইখিবা যাউশংদুমক্কি থর্নাখি।

অযুক্কী অমম অঙাল শিন্নবা তাঞ্জাদুদা নোংপোক মাযকৈদগী খোঙদোই হুক্লকপা কোবৌহনবগী ড্রাংলৈনবা মঙাল যাওবক্লে। অনিংবা অমদা লূপখ্রবা মুণি ঋষিগুম লৈবিবা উনগী সর্নজিং ধবলগীবি (৮১৭২ মি), মৎস্যপূচছ (৬৯৯৩ মি) অন্নপূর্না ১, অন্নপূর্না ২ অন্নপূনা ৩ অন্নপূনা ৪ শিংগী মশাদা মঙালদুনা হেক শোকপদা পৃন্নমব সনামচু ওনখ্রে। ৎপ্পা ৎপ্পা হিমালয চীংশাং পবেং অদু সনাগী মচুনা কূপশিনবা হৌখ্রে।

প্রকৃতিগী ঙকশমদা কোবৌহনবনা সনাগী মবৈপবেং হুকপীবগুম্বনি দৃশ্যদু।

পুন্সিচুপ্পা যেংদুনসু পেল্লবোইদ্রবা য়শুক নিংথিববা দৃশ্য অসিবু পুন্সি খোঙদোইবমদাইদা যেংবা লাক্রবা ঐসে কযাদা অপংবা অমনো।

তশেংনদি মহৌশা লাইযেম্বাগী মপা লৈত্রবা দৃশ্য অসি শন্দোক্লা হাযবগী বাহৈ ঐগী লৈজদে, মীৎ কুপ্তবা মথৈ ইমীৎ পেন্না যেংজবা নত্তনা।

সবংকোট চাংথক্তগী যেংথবকপদা ডৌশ্রোক ঙৌবা শ্বেতী তুরেল অদু উই। ঙৌবদুনা শ্বেতী কৌবনি। মফম অসিদগী পোখাবা তম্পাক, অমদি পোখাবাগী মমীং চৎলবা পাং 'ফেওরা তাল', অমসুং মহেন্দ্র গুহা শেংনা উই।

'ফেওরা তাল' পাৎ অদু ঐনা থুংবা হোটেল মেজেষ্টিগা মায়োক্নৈ। লেক সাইডকী 'অমরচৌক' তা করমাগী দুকান লৈবদুগী মনাকসু ওইরে।

সরংকোটতগী হোটেল তন্না হল্লকপা মতমদা ড্রাইভরদুনা 'বিন্ধেবাসিনি' মন্দির য়েংলুসি হায়দুনা ঐবু পুরকই। পোখারা সহরগী অরিবা শরুক্তা লৈবা মন্দির অসি য়াম্না মগুণ লৈবা দুর্গা দেবীগী মন্দিরনি হায়না তম্মি।

ভক্তশিং পীক থনবমখৈ লৈরমলে। ধুপ থাওমৈগী মৈনম-মৈখু মরক্তা মানা-মানা ঙমজবা কৎলম্মী। অসিদা লৈরম্বা অয়াম্বা ভক্তশিংসু নুপী-অঙাং ঙাক্তনি। নুপা ভক্ত খরদি মন্দির মমাদা হামেং-য়েন নচিংবা শা বলি তৌদুনা লাইবু পেন্নবা হোৎনরম্মী। মঙক তৎলবা মশা ফ্রং ফ্রং চোংবা শাশিংদু উবদা খল্লি, করম্বা জাৎকী লাইনো বলি তৌরগা পেল্লিবসিবু!

'ফেওরা তাল' না নেপালগী মনুংদা খ্বাইদগী নিংথিবা পাৎনি হায়নৈ।

কবিতা থোরক্লবসু কবিতা ইনিংবগী ইথিন অমা পোকহল্লি। হি মচা অমা ভাড়া লৌরগা পাৎ অদু কোয়বনি। হি মচাদুদা হিহোনবদুগা ঐগা, ঐখোয় অনীতনি ফেওরা তাল পাৎকি ইংলবা লাইজথক্তা তাওরিবসি।

সংসারগী খুরক হাংদনা চিল্লবা হাবি-জাবীদগী নানথোরক্লবা ঐগী থম্মোয়সু শেংলবা নুংঙাইবা রাখল অমদা তাওখি।

ইতোমতা অসিগুম্বা অকেলা লৈবা মতাংদা পুক্নিং নুংশিবকই। অকোয়বদা লৈবিবা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবসি উরগা ঐগী পুক্নিংগী অমকপা মোংলবা বাখল পুম্নমক হৌ হৌ হৌদুনা চেনখি।

"মহৌশা লাইরেম্বীগী নীংথিবা রূপ অসিতনি ঐনা লাৎচবা ঐগী ঈশ্বর।"

তুমিন্না রা ঙাংদনা লৈখিবদু উবদা হি হোনবদুনা করি খল্লুরবনো, হায়বকই, "হুজুর, গার্লফ্রেন্ডগী রাখললা খনবীরিবদো?"

হি হোনবদুগী রাখলগা ঐগী রাখলগা খেন্নবদু উবদা ঐ নোকশিরা শাউশিবা হায়ফম খঙখিদে।

"হুজুর ঐ টুরিষ্ট য়াম্না থেংনজরে হুজুরগী কৃপাদগী। অদুবু মখস্তা লম কোয়বা লাকপা মী অমত্তা মতু-মচাগী রা খনবা হুজুর নত্তনা অতৈ থেংনজদ্রি। হুজুরনা পাম্বা

গার্লফ্রেন্ড থিববু কযা ৱাবা থবকনো? নুপী থিগে হাযববসু ঐ লৈবি। নির্মলা কৌবী অমা লৈ মশক যাম্না ফজৈ। হুজ্বনা হেক উবদা ঙাওগনি।"

কদাযগী নির্মলা কৌবী অমগী বা মতাংসিদা পুশিল্লক্লিবনো ঐ খল্লুবদা মমখি।

"বল্নানো নির্মলা?"

"ঐগী ইচলশিং থোকই। মা নেপালদা লৈজনীংদে মপাল লমগী যাহা অমা ওইববসু মদুগা লুহোংজনিংই হাযদুনা লৈবিবনি।"

মাগী বাদু তাবদা অপাম্বা কৌবা মাযা অমনা ঐঙোন্দা মীৎ খৎচিল্লকই।

হিহোনবদুগী মমীং নব বহাদুব বাই কৌই। মাগী মশক্তুনা তাকই, বাই কৌবা খুন্নাই অসি মোঙ্গোলিযান শাগৈদগী লাকপা ফূব'প ওইবমগনি। মখোযগী তোঙানবা লোল লৈ মখোযসু গুর্খানি।

ফেওৱা তাল পাৎককি মপাল নপ্পা ঐনা মাবু হিদো হোলহল্লি। মপালগা শন্নবা শুক্লবা উমংদা হৌবা উ বাগী হাইথবকপা মশা মবেংদা কোক থেংদনবা লুকথা-লুকথবগা চৎলি। মনাশিং অদু ঐনা নু শিনা হাইদোকপী অঙাওবা মচাগী চোইজাইনা তাবকপা মশম মমানা হাইদোকপীবগুম।

নব বহাদুবনা হায, "পাৎ অসি চৌৱাকনা ফুট ৬৫ বোম লুই, কি মি মঙাবোম শাংই, ঙাসু যাম্না লৈ। খোই চোপনিংলবদি চোপ্পা যাগনি। ঐ শিনজগে।" পাৎ অসিদা কবি কবি ঙা ফংই হ'বদা মানা ঙাশিংগী মীং নেপালীদা হাযবকপদু ঐখোযনা চানবিবা ঙাবুদি ওইবমগনি হাযবু মা দাদু ৱাবদা খোই চোপনিংবা অমদি ঙা চানিংবগী বাখল অদু মাংখে।

পাৎ অসিগী মযাযদা বিন্দু গুম্বা ইথৎ অমদা মন্দিব অমা উই। নব বহাদুবনা খুদোম্বী থিল্লগা তাকই, "বোবাহী দেবীগী মন্দিবনি। দেবীদুগী লুবেন (মকোক্তি) ওক লাবগী ওইবগা বিষ্ণুগী অহুম শুবা অবদাব ববাহগী নাবী (নুপী) কপনি।"

হিথাংযমদা অমুক হন্নক্লগা নব বহাদুবনা মাগী ময়ুমদা মখোযনা চাক্লা শুংবা 'ছাং' যু (বিযাব) পীথক্কে, গার্লফ্রেন্ড থিবাগে অদুগা নিমলাগসু উন্নহনগে হাযদুনা যাম্না তক্লম্মী।

মানা থিবীগে হাযবা গালফ্রেন্ড নিমলা ঐনা খৌবাং খৌবাংনা থকখিদবা 'ছাং' যু হাযবদু ওইনা তোকখি।

হিথাংফমগী মনাক্তা চা য়োনবা দুকান অমদগী চা লৈরগা ঐখোয় অনী ঙাইহাক চা থকমিন্নে। নর বহাদুরগা ৱারী শান্নবগী নুঙাইবা অমা লৈ। মাসে ফাগী পাম্বা চমজবা মীতানি।

নেপালী লৈশাবী মচাশিংনা মকোক্তা থোঙ্গৎতুনা শমদা লৈবাক অঙাংবা পুদুনা চৎপদা করিগীনো হংলুবদা মানা হায়, য়ুম তৈনবনি। কুম্মৈ ফিওংগী মতম লাক্লগা নেপালীশিং ময়ুম মকৈ রং তৌই। লৈবাক অঙাংবা মচু অসি মখোয়না পামবা মচুনি। ইম্ফালদসু নেপালীনা তাবা লমশিং কাংলাতোম্বী, সেনাপতি, মখোয়গী ময়ুমশিং চীং লৈবাক মচু শঙবদো অসি ওইরেকো খনখি। হায়বগুন্না নেপালদা উবা য়ুম অয়াম্বা অঙাংবা মচু তৈ। দলানসু মখোল মরিদগী হেন্না শাবা উদে। জিঙ্খনা কৃপ্না য়ুম থোইনা লৈতে। লৈরবসু জিঙ্খদু নুংশিংনা হুমখিদনবা চাওর-চাওরবা নৃঙদুন্না নল্লি।

ঐনা পোখারাদা থুংলবা নুমিৎ অদুমক্তদা ফেওৱা তাল লেক মপান্দা মেলা তৌরম্মী। কার, মোটোর সাইকেলদগী হৌরদুনা অচা-অথক, নেপালগী স্যুভেনিরনচিংবা পোৎচৈ ময়াম য়োল্লবসু অচৌবা মেলা হায়বদুদি নত্তে।

মেলাদগী 'য়াক্' (যণগুম্বা মতু য়াম্না চোম্বা শা) কী শরু অমসুং ইরোই মচিনা মখুম ওইরগা পিথ্রাইনা বোর্ডর চৎপা খুকরী অমা লৈরকই। বোর্ডর চৎপা পিথ্রাই অদুদা শা-উচেক্কী পিকচর অমদি লৈরোং হকপদু নেওৱার অর্টিষ্টশিংগী স্পেশিয়ালিটিনি।

খুকরী অসি নেপালগী চীংমী মগার, গুরুঙ, রাই, লীম্বু অমদি গুর্খা লান্মীনা পায়বা য়াম্না থৌবা খুৎলায়নি। অদুগা নেপালগী নেশনেল সিম্বোলসুনি।

খুকরী য়োল্লিবা মচিল লেপ্তুবা নুপাদুনা চৎলমদাইদা ফাগী তৌরগা হায়রকখি,

"খুকরী অসি গুর্খাশিংনা নুপী অঙাংদা কৈদনুংদসু শীজিন্নদনবা ৱাশক্লগা পায়। হুজুরদসু হায়জরি, মখুমদগী খুকরী লৌথোকত্রিঙৈদা গুর্খাগুম ৱাশক লৌবীয়ু!"

পোখারা থাদোক্লমদাইদা করমা লাহ্মোগা অরোয়বা উন্নরকই। মচা নুপী ট্যুরিং য়ুদোন না তিবেতন ঈশৈ অমা শক্তুনা তাহল্লকখি। ঈশৈদু ইংরাজিদা অর্থগা লোয়ননা রাইস পেপরগী চেনা মচেৎ অমদা ইরগা পীরকই।

## তাশি ঈশৈ
## (য়াইফ-নুংঙাইববু থাদুনা শকপা ঈশৈ)

"তাশি দলেক, সো (সো - লাক্লে) লা (লা = মহাক) তাশি নামকা (নামকা = অতিয়া)

লা যে দাব, নীইমা (নীইমা = কবৌহনবা) মা পা নাম
সা মা পদে সা চী মা
খা লা ফু-বাই কা শী
নূ পা কা সু থা লা।"

(মসিগী চাওবাকপা অর্থদি, লামা অমসুং সন্যাসিশিংগী মফমদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তমঙবি অতিয়াদা ঙাল্লিবা কোবৌহন্বা, থৱানমিচাক মখোয়শিংদগীসু হেন্না বাংবা চাওবা মগুন লৈবা নখোয়তনি।)

তিবেতনশিংনা ইকাইখুম্নবা অমদি নুংশিবা মীদতা পীনবা সিল্ককি ঙকফি (স্কার্ফ) অমা খুদোল্লকই। কেনেডাগী সিম্বোল 'ম্যেপল' পাম্বীগী মনা যেকপা ঐগী শো হাপ্পবা কি বিং অদু ঐসু পীবম্মী।

নেপাল চৎলুবগী পেলহৌদ্রবা অমনা ঐ 'সাগবনাথ' (এভাবেষ্ট, কবমা লাহমোনা মখোয়গী মবোলদা ছোমো লাংমা) উবা ফংলক্তে।

যাম্না আশা তৌদুনা নগবকোট চৎলি অদুবু নোংথি-নোংমঙ্গনবা অমদি লৈচিন্না কুপ্পথদুনা উবা ফংদনা হল্লকখি।

উবা ফংলগ্রে বসু খুৎ ওনী লোল্লদুনা অবাপ্পদগী 'সাগবনাথ' 'ছোমো লাংমা' তন্না তাশি, নমস্তে তৌবম্মী।



শয়ম্ভুনাথতা লৈরম্বা য়োং মমা-মচা।



পাটান দরবার স্কোয়ারগী মনাক্তা লৈবা মীয়ামগী অরিবা ইকজনফম।



বিন্ধেশ্বরী মন্দিরদা নেপালী নুপীশিংনা ধূপ থাদুনা লাইগী পূজা তৌবি।



বিন্দুবাসিনি মন্দিবদা লাই খুকপা লাক্রিবী অহল ওইরবী নুপী অমা।

# থাইলেন্ড (শ্যাম)



হন্দক্কী খোঙচৎ অসি শেংনা হাযববদা লমমাংনববা পবিব্রাজক (টুবিষ্ট) অমগী খোঙচৎ হাযবা তাবে। খুদক খুদক্তা মথি ফোংলকপা বাখলগী থোইনর্শিন্না পুখিবা মাযকৈ তম্না চৎনিং চৎনিংদবা অদুম চৎলে। শ্যাম কৌবা লমদমসিদা যৌবকপসিসু অদুমক্নি।

ইকুই কুইদ্রি শ্যাম ওনথোক্লগা থাইলেন্ড মীংথোনখিবা। ইং ১৯৩৯ গী মমাং ফাওবদি শ্যাম কৌবম্মী।

এশিযাগী খা-নোংপোক থংবদা লৈবিবা শ্যাম কৌবা দেশ অসি ভিযেতনাম, কম্বোডিযা, লাওস, মযানমাবনা কোনবা লৈমনি। লম অসিগী নোংপোক ঙমখৈ অদু 'মেকোঙ' তুবেলনা ঙাক্লি।

"চাউ ফ্রেযা" তুবেলগী পলি-লৈহাউ চেনবা লৈবাক্লা যুম্ফম ওইবগা খোং (থাই লোলদা, ক্রোঙ হায) কযানা থৈনা-যুংনা ফেল্লিবা সহব 'বেঙ্কোক' (বেং= খুঙ্গং, মকোক - জঙ্গলগী বোবোই) না কোনুংনি। সাধাবন থাই অযাম্বনদি গ্রুং তাযেপ (Krung Thep)

কৌই। গ্রং তায়েপ হায়বদি লাইগী দুতশিংগী নত্রগা লাইয়ামশিংগী সহর হায়বনি। তৌবতসু 'গ্রং তায়েপ' অসিনা দুনিয়াগী খ্বায়দগী শাংবা সহর অমগী শমলপ্না কৌনবা মীংনি। শাংলবা মীংদু হায়বা তাববদি বেঙ্কোক্কী 'দোন মুৱাং' এয়ারপোর্টতগী ইম্ফালগী তুলিহল এয়ারপোর্ট য়ৌবগী মতমদুমুক চংগনি। শমজিনখীবশিংদু 'গ্রং তায়েপ' কি থাগৎ ৱাহৈ ঙাক্তনি। খুদম ওইনা, লাইয়ামশিংগী সহর, এমারেল্ড বুদ্ধগী লৈফম, ইন্দ্রদেবগী সহর, ইন্দ্রদেবনা দান তৌবা অদুগা বিষ্ণুকরম (বিশ্বকর্মা) না শাবা সহর অসিগুম্বা ঙাক্তনা শাংদোকহনখিবনি।

বেঙ্কোকনা শ্যাম লমগী কোনুং ওইখিবসি খৃঃ ১৭৮২, জেনরেল চাউফ্রেয়া চক্রিনা 'বামা অহানবা' মীংথোল লৌরগা সিংহাসন কাবগী নুমিৎতগীনি।

লাইযামশিংগী সহরসিদা ট্রানজিট পেসেঞ্জর ওইনা লাকপদি মশীং য়াম্মে। অদুবু সহবদু যেংবা ঙমহৌদনা এয়ারপোর্টতগী মায়কৈ অমরোমদা চৎখিবা ঙাক্তা ওইনা থোকখি।

থোইনসু য়েংনিংবা পোকপা সহর হায়বদুসু থোকখিদে। ময়াম্না সেক্সকি সহরনি হায়নবা তাবদুদা বেঙ্কোক চৎনীংবগী ৱাগ অমদি লৈখি।

'দোন মুৱাং' এয়ারপোর্টতগী থোরক্লগা সিটিবস থাফমগী পোম্বাফম বেঙ্ক অমদা ঙাইহাক বেষ্ট লৌই। খল্লি, কদায়দবু চৎলগা অহোংবা হোটেল থিরুসিগে?

এয়াবপোর্ট মনুংদা লৈবা হোটেলশিংগী বুকিং ওফিসতা হংলুবদা হায়রকপা রুমগী ভাড়াদুদি আ যৌই। লমকোয়বগী এক্সপেরিয়েন্সতগী ঐনা খংজবদি য়াম্না অহোংবা হোটেলশু মফম অমদা শোয়দনা লৈরমগনি, মফমদুনি ঐনা থিগদৌরিবসি।

নগন্দগী নম্বো থাবো লৌথোক লৌথোক্লা টুরিষ্ট পাখং অমনা বেঞ্চতা ফমথদ্রিঙৈদা ঙসিতা অহানবা মফমসিদা খুংলবা ঐঙোন্দা হংই, ২০১ গী বস নম্বর অদু চৎখ্রবা?

মানা বস নম্বব হংলকপদু ঈবাক্লবিবা মীদা ঈশিংসি কযাম লুবগে হংবগুম থোক্লে। 'শোবি ঐ খংজহৌদ্রে।'

মাসু বেঞ্চতুদা বস লাক্লি ফাওবা ফমদুনা ঙাইদুনা লৈ।

ইন্সটিংক্টনা ইনশিলকপ্রা ঐসু টুরিষ্টতুনা তোংবা বসতা কাখৎলগে চপ যুংনা খনখি। মানা তোংবা বসতা কাগে খনবগী মবর্মদি মাবু হেক উবদা অহোংবা হোটেলদা লৈগদৌবা মী ওইনা উরুই।

বসতুগী অয়াম্বা পেসেঞ্জর টুরিষ্ট ঙাক্তনি। 'দোন মুৱাং' এযারপোর্টতগী মিনিট নিফুরোমগী লম্বী চৎলগা মখোয় লোযনমক মফম অদুদা কুমথৈ। মফমদু 'খওশান রোড'কৌই। ঐসু ঙসাইগী ইন্সটিংক্ট অদুনা মখোয়গা লোয়ননা কুমথরে। মীওইবগী পোকপদগী লোয়নরকপা পুক্নিংগী ঈথক (ইন্সটিংক্ট) হায়বসি চুমদে লাক্তে হায়বা য়াদবোই খনখি। য়েংউ য়েংউবা মায়কৈদা অহোংবা হোটেলগী সাইনবোর্ড ঙাক্তা থেৎলম্মী।

অমুক্তা লাক্লিবা মফম ওইরবসু লম্মুক্লগনি হায়বগী চিংনবা পোক্লে। হোটেলদা চেক-ইন তৌবগা ঐ অদুম মপান থোরক্লে, ইথন্তা পংচৎতা চৎলি, খোঙ অনীনা পুবা মায়কৈদুগী মতুং ইন্নদুনা।

চক্রিবংশি রোড অমদি ফ্রা সুমেন রোডনা কোল্লিবা 'খওশান রোড', মিটর ৫০০ মুক্তং শাংলমগনি। অদুবু পব্, মাশাজ পার্লার, সাইবর কাফে, ঠেলাগাড়িদা য়োনবা অচা-অথক, ষ্টোর, হিদাক্কি দুকান, য়ুগী দুকান, লৈরংদা শা-ঙা তাওরগা য়োনবা পোৎফম মচা মচা, ইম্ফালগী মোবে মার্কেতকুন্না ফুটপাথ মক্তদা ফম্বা খুনু মকোল মানবা দুকান্না পীক থল্লি, দুকানশিংদু অয়াম্বদি নুপীনা ফম্মী।

কলিকাতা থাদোকপসু কুইদ্রি অদুনা কলিকাতাগা বেঙ্কোক্কা অনীগী খেন্নবগী চাংদম লৌবদা থোইনা লুনা থোকখিদে। নোংচুপলোমগী সহরসু মাল্লি, লু-নাল্লবা অৱাংবা বিল্ডিংশিংদু উরগা। কলিকাতাদা অৱাংবা বিল্ডিং লৈতে, মোৎসু মোৎলি। চাক্লিবসু পীক থন্না লৈ। অদুবু শিল্প সাহিত্য-কলচবগী লমদা কলিকাতাগুম মনুং হুঞ্জিন্না লুনা লৈবা শক্তমদুদি উবা ফংদে।

বেঙ্কোক অসিসু কাঠমন্ডুগুম মন্দির-পেগোদা অমসুং নিংথৌগী কোনুং লৈবা সহরনি হায়বা যাই। মরমদি টুরিষ্ট চিংশিন্নবা মন্দির, কোনুং য়েংবগী বানা খর্বাখৎ হেন্না পল্লি। অয়ুক ঙন্তা 'গ্রাঁ পেলেস' কৌবা থাইশিংগী অবিবা কোনুং অমসুং মন্দির য়েংবা চৎলি।

খওশানদগী ডেমোক্রেসি মনুমেন্ট মনাক্তা লৈবা 'দি সিটি পিলর শ্রাইন' কৌবা মন্দিরদুগী মমাংদা লৈবা পার্ক অদু শন্নগা লাকপনি।

পার্ককি মতাই মতাইদা খুবাক মযী যেংবা মী খবসু লৈবম্মী। নেপালদা খুবাক মযি যেংহনখিবদু নিংশিংলকখি। মবক্তুদা নোং কন্নসু চুখি। শাবদুগা হাযকব্বদি নোং চুখিবদু 'করুনা ক বাদল'না চানবীদুনা খীকথবকপা নোংনি।

'গ্রাঁ পেলেস' চক্রি বাজবংশগী অহানবা নিংথৌ বামানা শাবম্বনি। মতমদুদা বেঙ্কোকপু "রতনাকোশিন" কৌবম্মী। শরুক অহুম থোক্লা খাযদোকপা কোনুং অসি যাম্না পাক চাওনা ফজৈ।

খণ্ডশানদগী মেপ যেং যেংদুনা 'গ্রাঁ পেলেস' (থাই লোন্দা 'ফ্রা বোবোম মহা বচ্চ বাং') তম্না খোঙনা লাকপনি। মাইল অমামুক পাক চাওবা 'গ্রাঁ পেলেস' তা লৈবিবা অইং অশে শঙ্গাই ম্যাশিংগী মনুংদা ঐঙোন্দা যাম্না ইন্টবেষ্টিং ওইনা থোকখিবদু 'চক্রি পেলেস নি। থাই নি থৌ চুলালোংগী (মবিগুবা বামা, ১৮৫৩ ১৯১০) মতমদা ইংলিশ অর্কিটেক্ট অমনা শাবা শঙ্গাইনি। যুমশাদু ইটালিযান বেঁনেশা অমসুং থাই ষ্টাইল অনী যানশিন্নৈ।

'চক্রি পেলেস' কী নোংচুপ থংবদনা 'দুশিৎ মহাপ্রাসাদ হোল', নিংথৌ 'বামকাম হোযেং' (১২৯২) না ফমদুনা লৈবা নুঙদা হকপা মূর্তিগী তাংলবা বেলইক (Relic) অদু প্রসাদ অসিদা থম্মী।

শঙ্গাই অমগী কা মচা অমদা কা পানা চাবদা চংবা শেঙ্গাচিংবা পোৎ চৈ থম্মী। কা অদুগী মমীং "পান প্রা খান মাক" হায। ঙক্লবে থাই নিংথৌশিংসু কা-পানা চাবম্মী খল্লুবদা।

## ৰাট ফ্রা কৈয়ো

'গ্রাঁ পেলেস' কি মনুং চম্লে, থাইলেন্ডদা খ্বাইদগী শেংলে হাযনা লৌনবা 'ৰাট ফ্রা কৈযো' মন্দিব। 'ৰাট ফ্রা সি বত্না শশধবম' (এমাবেল্ড বুদ্ধগী লৈফম) হাযবগসু খংনৈ।

মন্দিব অসিদা অশংবা জেড নুঙগী সে মি ৭৫ ৱাংবা ওনথোক্লা নিংথিখ্রবা 'এমাবেল্ড বুদ্ধ' হাযবগা খংনবা বুদ্ধমূর্তি অমা লাংথল। নিংথৌ বামা অহানবনা লাওসকি ভিয়েনটিযান সহবদা লান্দাবা চৎলুবদগী (১৫৭৮/৭৯) মুল্লকপনি।

'ৰাট ফ্র কৈযো' গী চং ফমদা মি ৬ বোম ৱাংবা 'যক্ষ' গী মূর্তি অমা লৈ। লাই তীন ফওবনা এমাবেল্ড বুদ্ধ' গী অমাং অতা থোকহন্দনবা ঙাক শেন্নবা থম্বনি। মন্দিব অসিগী মনাক্তা খ্বাইদগী চাওবা শঙ্গাই অমা লৈবদুগী ফক্লাংদু সনা ফুদোক্লগা পা-না নপ্পী, মচু শংবা মিংশেল হাপ্পী। লিন পাইদুনা লেবা গডুব উচেক ১১২ না ৱালদু ঙাকই। বৌদ্ধ হিন্দু অমত্তা ওইখ্রবোইবে ঐনা থাল্লি। মখুৎ অনী মতমবাক্তা লোন্নবগা লৈবা 'এমাবেল্ড

'গ্রা পেলেস' নেশনেল হেরিটেজ ওইখ্রে। হৌজিক্কী নিংথৌদি অতোপ্পা অনৌবা কোনুংদা হোংজিনখ্রে।

বেংকোক্কী রেস্তোঁরাদা অমুক অনীবক্তগী হেন্না চাবক্তে। খওশানদা লৈবম্বা ট্যুরিষ্টশিংগী মতৌ তমদুনা ঠেলাগাড়িদা যোনবা ফ্রাইদ রাইস (খাও পট), যেকুম + ন্যুডল (বা-মীই), ওকশা যেনথৈ উচেক অতা ওবনচীংবা চাই। মনা মশীং, তিলহৌ, মোবোক অতেকপা, মোরেক মক অকংবা, সোম-সোস ভিনেগরকা হাপ্লগা যোৎকি খাঙদগী ফোং ফোং শানা পুথোরকপদু চাক লাম্বা মতমদদি তিল চোই। শাথীনসু হোংই। লম্বীদগী লৈবগা চাববসু নাগনি হায়বগী অকিবা লৈতেবনসু মযাম্না চানবনি। হয়িং পাইবসু উদে অমোৎ অকাবসু লৈতে। খওশানদা তুকতুক (ওটোরিক্সো) কি ড্রাইভর অমনা লিওব (মোইথেম) তৌদুনা নাইট ক্লবকি কৈথেল 'পেট পোং বোড' তা চৎলুবদু শাউনিংবা পোকপা এক্সপেরিয়েন্স অমনি।

তুক তুক তোংদ্রিংইদা মমল তিক্লহৌদবদগী ড্রাইভরদুনা মমীং মনা শংদোক্লুনা ঐংঙান্দগী পৈশা ডলরদগী হেন্না লৌখি। অদুদগী ঐ তুকতুক অমুক হন্না তোংলুদ্রে। পোত্থা পোত্থাদুনা খোঙনতা চৎলি চৎনিং চৎনিংবা মফমদা।

বেংকোকতা বুদ্ধ মন্দির চঙমগী মথক্তা লৈ। মদু লোযনমক যেংলুবা ঐগী ওইনদি ওইথোক্ত্রবনি। ঐনা যেংদৌরিসে মমীং লৈবা খবা মখৈতনি। অদুগা চুম্না লম্বী চৎপদা থংহৌদনা থেংনকবগা এহ নবরে অসি মঙাই। মতৌ অসুম্না চৎলিঙৈদা বুদ্ধ মন্দির অমা থেংনখি। 'বাট সুথাত থেপবারাবাম বাৎচাও বাম হাউইহার্ন' কৌই। মন্দির অসি লংথৌ রমা অহানবগী মতমদা 'রতনাকোসিন' কৌরম্বা হৌজিক্কা বেংকোক হায়বা সহরগী মথানদনি। মন্দির অসি ইচিক চাকই। মকোক মক শিং নাম্না কোকপা হনুবী খবা অচাকপা স্তুপ মচে থুবাক অনীনা চপ্লগা বুদ্ধগী মূর্তি মমাংদা খুন্দ খুদক কুন্দুনা পুক্লিং চনা লাই নিংদুনা লৈবম্বা। মদু উবদা অচৌকপদতা ফাওবকপা বাথলশিংদু বাংলেন ড্রাইহার অদুদা থ নঙ মাংখি। মন্দিরসিংদগী ইবাপ লাপ্তুনা হিন্দু মন্দির অমদা যেজোম শৎপা ইন্ডিয়ান অমনা বম্মা আরতি তৌরম্মা। লাৎলিবা লাইদু হিন্দুগী কবম্বা লাই ওইরিবা মদু হায়বা ডমদ্রে গণেই মাইথোং মানবা হিন্দু লাইনি। লম লমদা লাইগী মায়থোংসু লম লমদুগী শক্তম লৌই। মন্দির মনাক্কী বুদ্ধমূর্তিদা যোনবা দুকান অমদগী বুদ্ধমূর্তি মচা অমা ঐনা কলেক্সনগী দমক লৈ হীঞ্চমুক বা বা মূর্তি মচাদু নুংশিখ্রে। পোৎ মচা মশু উবগা নু শিনা পোকপা মাওইবগী। হৌনশানি অদুবু মচা ওইববসু ঐঙোন্দা নুংশিবা পোক্তবা মচাদি কাক মচানি।

'ৱাট সুথাত থেপবাবারাম বাৎচাও রাম হাউইহার্ন' যেংলুবদগী হল্লকপদা খওশানগী ফুটপাথ মথক্তা লাইরিক য়োনবা দুকান অমদা থাইলেন্ডগী মবমদা ইবা লাইরিক থিবিঙৈদা 'থাই রামায়না' কৌবা ইংলিশতা ইবা লাইবিক অমা থেংনৈ। লাইবিক অসি থাই লোন্দা নিংথৌ বামা অহানবনা ইরম্বা 'রামাকিযন' (১৮৭০) কৌবা লাইবিক অদুগী ইংলিশ ভার্সননি। থাই সাহিত্যগী লমদা মাষ্টরপিস অমনি হাযনা লৌনৈ। বাল্মীকিগী বামায়ননা যুম্ফম ওইরবসু বামা অহানবগী বামাযনদি ভারততগী হৌবকপনি হায়বদু খাইশিংনা থাজদে। থাই খুন্নাইগী নাৎ, ৱাখল্লোন, চৎনবী অমদি ফিজেৎ, চাকচা-যুথক, মীংগী উচ্চাবণ ফাওবা থাই ওলহনখ্রে। থাইলেন্ডগী মমাংঙৈদা অযোধ্যা কৌবা কোনুং অদুনা রামাযন অসিগী হৌবকফমনি খল্লি থাইশিংনা।

## ৱাট ফো

খওশানদগী খোঙশাল্লকপদুনা মিনিট যাংখৈ বোম চংখি 'সনাম চাই বোড' তা লেবা 'বাট কোট' বৌদ্ধবিহাবদু যৌবদা। 'থানোন মহাবাত ষ্ট্রিট' ফাওবগা লাকপনি। ষ্ট্রিট অসিগী মনাক্তা বেঙ্গোক্কী 'শিল্পকল্বন য়ুনি ভার্সিটি' লৈবে। (শিল্পকবন য়ুনিভর্সিটিগী থোঙ্গাল মপাদা লেপ্লুনা লৈবম্বী ছাত্রি অমদা বাট ফোগী দিবেক্সন হংলুবদা খুল্লমবগী মঙ্গৎতা হৌদুনা চেনখি। কাযনথংদা জ্ঞান তাববই জপানিজ টুবিষ্টশিংনা মখোযবু নংতবা থবক্কীদমক হৌমনবদগী চেন্দুনা থাংবা ওইবম্লে।

বুদ্ধগী স্মৃতিগা মরী লৈন্নবা পোৎ চৈনা মওন হাপ্লিবা মন্দিব অসি 'ৱাট ত্রা চেতুফোন' হাযবগাসু খংনৈ। সনানা যোমবা চেপ্পা হিপ্পা মিটব ৪৬ শাংবা অদুগা মকোক্লা লৈমাযদগী মিটব ১৫ ৱাংবা মূর্তিদু অসিদা লৈ। মূর্তিশিগী খোঙযা থম্বালদু মুক্তা ১০৮ থিল্লি। থিল্লিন মুক্তা ১০৮ দু বুদ্ধগী মাইক খুদম ১০৮ নি হাদ। গার্ইপ্লিবা মূর্তিদু ঐগী খোঙকাপ্পা ওনবদা কোঙকাপ ৭২ বোম শাংই। থাইলেন্ডদা খ্বাইদগী চাওবা বুদ্ধ মূর্তিনি

যাম্না শেল চংনা শাখিবা 'বাট ফো' বৌদ্ধবিহাব অসি অচৌবা কম্পাউন্ড অমগী মনুংদনি। মদুদা থাই নিংথৌবোল মবিশুবনা মশা মশাগী মীংদা শাবম্বা নির্মিখিবা অচৌবা ফুবা মবি অদু মচু শংবা মিংশেল মচেংতনা লোতংবা ফুবানি। অদু ওল্লবা ফুবাশিংসি ইউবোপিযান টুবিষ্টশিংগী গাইড অমনা তাকই, 'অশিবা ফুম্ফমনি।'

ঐনা খনখি, বামা মবিশুবগী ফুবা অদুসু মোংফম ওইবমগনি শোযদনা।

'বাট ফো'দা চৎলুবা নুমিৎতু মিষ্টিবি খবনা নুঙথংনা মিংশেল থুগাইবম্মী। মন্দিবগী মশাদগী মিংশেল কের্নাখবা মফমশিংদুদা অনৌবা মিংশেল মচেংশিংদু হাপলম্মী।

'ৱাট ফো' বৌদ্ধবিহাবদুগী মনাক্তা ঙাবী কৈথেল লৈবম্মী। নাতোন মেন্দুনা খাংবা জাৎকি ঙাবীগী অযাকপা মনমদুমক ফাওবক্রসু ঙাবী মনর্মদি অদুম নাতোন্দা পাল্লি। খাজিং ঙাবী উবদা চানিংবা পোকখি। ঐদি মহৌশাদগী ঙাবী যাম্না পাম্বা মীনি। ঙাবী চাবগীদমক লম্ভনদা দোষাসু নংলুবে। অদুনা ঐনা পামজবা কবি কবি ঙাবী ফংবা অদু থিবা কৈথেলদু থুংনবা কোযকই। খজিং ঙাবী নত্তনা ঐনা মশক খংবা ঙা অমত্তগী ঙাবী উবক্তে। শাক, ওক্তোপসগুম্বগী ঙাবী মাল্লি, অতৈদু। ঙাবী যোনবা দুকান অমগী মপু অমদি ঐগা ফনা কুইনা ৱাবী শানখি। মাগা ফোটো নমীন্নখি। ফোটোদু থাবীবক্নবা মানা এনভেলপ অমদা এড্রেস ইবগা পীববই। ফোটোদু ফনা কুইনবা তু"দা থাবীখি। ঙাবী কৈথেলদগী থোবকপা মতমদা কোকিলগী মখোল তাখি। বস কষ যাওদ্রবা ইলেক্ট্রোনিক য়ুগসিদা কোকিলনা খোংলকপদু ঐবু লক্নবিমাল্লে খনখি।

## বাট অরুন

'বাট অরুন হিন্দুগী লাই 'অরুন' গী মীং লৌবগা থোনবা মীংনি। 'টেম্পল অব ডান' সু হায। 'চাও ফ্রাযা' তুবেলগী ৱাংমদা লেবা থোননুডি কৌবা মফমদনি মন্দিব [illegible]সি। তোববানগা তাইনবে। ৱাট ফো মন্দিবদগী যাম্না লাপ্তে। খোঙনা চৎপনা অমুব হংনা খুদোংচায। 'থা গীযেন' হিথাংফমদগী ফেবীদা লাল্লগা লৈলে। মিনিট খনতগী [illegible]ম্বীনি। উইন্ডো শোপীং তৌনা তৌনা চংলি। লম্বীদা মৈতৈ মানবা মানবী মাযথোংশংদু [illegible]গা ইম্ফালগী লম্বীদা চংলিবগুম খনবা মতাং সু যাওই।

মথোল মবি শাবা মন্দিব মণ্ডা লৈ মহং মহং। 'বাট অরুন' কৌবা মন্দিবগী অকোয়[illegible]দা [illegible]বিবা মন্দিব মণ্ডাগী মনুংদা খাইদগী বাংবা মন্দিব ফ্রা বুদ্ধ প্রা[illegible] [illegible] ৮[illegible] মুব [illegible]ই। মতোনদুদি তেনজৈ মওংনি মন্দিব মণ্ডামব লেংবদা চপ মান্নবা উই। মন্দিবশিং [illegible]সি খেমাব অমসুং থাইগী স্টাইলদা শাবশিং ঙাক্তনি [illegible]বা বদুতনি খেন্নবা। মন্দিব ম[illegible] মশাপুম্নদু চাইনাদগী পুবকপা মচু শংবা সিবামিক অমদি পোর্সেলিনগী কপ প্লেট অকায় অতোয মচেৎ কযা কযা নপশিন থেৎচিন্দুনা অবাক্পদগী যেংবদা অঙক পা ফংলা য জা[illegible] মন্দিব হাযবদু ওইহ্রে, অদুদা লৌকোনসু থেৎলি।

মনাক নকশিল্লগবুদি ফজবদু খর্বদি মযেং [illegible]খ [illegible]চম চম্না উখি। অদুবু থাগাং তর্বদি ঙ[illegible] দে। অসুক্কী মতৌব চেকশিন্না মন্দিব পুম্নমক্কী মশাদা ডেকোবেট তৌবসিবু কনানা থাগংলোইদবগে

চাইনাদগী লাকপা হিশিংদা বোবাদা হাপলকপা কপ-প্লেট অকাযবা মচেৎশিং অদু হিগী এংকোব ওইনা শীজিন্নে। হিশিংনা লাকপা খুদিংগী পুবকপা বোবাশিংনা হিথাংফমদু থনগৎলকপনা মবম ওইদুনা হুন্দোকফমগী সমস্যা অমা লাকপদগী মফমদুদগী লৌখৎলগা মন্দিবদা নপশিনখিবনি হায।

ব্রাট অকনগী খ্বাইদগী বাংবা 'ফ্রা বুদ্ধ প্রাং' মন্দিব অদুগী মতোন যৌবমদাইগী মথোল অদুদা শগোল মথক্তা হিন্দুগী লাই বকনগী মূর্তি অমদি মন্দিবগী টব্রাবদা মকোক অহুম পানবা 'ইববান' (ইবাবত) কৌবা শামু তোংদুনা হিন্দুগী লাই ইন্দ্র লৈ, গডুডগী মথক্তা বিষ্ণুসু।

গৌতম বুদ্ধগী পুসিগী মরু ওইবা তাঙ্কক মবি হাযবদি মহাক্লা পোকপা, মহাজ্ঞান ফংবা, অচাম্বা শিষ্য মডাদা অহানবা ধৰ্ম্মগী পা ওতাক পীবা, নির্বান ফংবা অদুগুম্বা ভাব উৎপা মর্তিশিংসু। লে বুদ্ধ পোকপগী মতাংদা বুদ্ধগী মমা মহামাযানা শাল পাম্বীগী মশা পাযদুনা লৈবৰ্ণী মূর্তদু অডাং উন্নবগী অবা-নুংঙাইবগী মওং মতৌ ওইবমগদ্রা খল্লি।

'ফ্রা বুদ্ধ প্রাং' গী মথোল অমা ফাওবা কাকুই। যাম্না ঙম্বদুদা মথোল অতে কাকদ্রে অঙম্বা কাবা কিবসি অঙাং ওইবিঙৈদগী অদুম লৈবক্লবনি। খুরু খুদক কুল্লগা চৈবাউ চীংগী অঙম্বা মতোলদু যৌনা কাগে তৌবদা ঙমদদুনা তোকখিবা ঐনি। কাওদ্রি অঙ' ওইবিঙৈ ইমান্নবশিংনা ঐব্র থীবোং পান্দবনি হাযনা লক্লখিবদো।

জপানীজ অহল খর্বদি ইবায লাযনা কাখি। চেপথবগা ফোটোশু নম্মী। ইচং থৌবা অর্মদি থৌনা লৈবা অহলশিংনি।

মী অমসুং শাগী শক্তমদা নূঙগা মূর্তি খবসু মন্দিবশিংসিগী অকোযবদা লৈ। মদু মন্দিববু ঙাব-শেনবা লাইশিংনি। তিংচাবা অমদি যোংগী মূর্তিশিংনসু গ্রীক অর্কিটেকচবগী কোবিযাটিদোগী মওংদা মন্দিব ঙাকল্লি।

বৌদ্ধ হিন্দু ধৰ্ম্ম অনীমক্কী লাহ লাৎনবসি নেপালদা ওইবমদ্রে সিদসু অমুক থেংনবে। জাৎ অমদি ধৰ্ম্ম তিন্নদবা মশেল নুংশিননা লাই খুকমিন্নবা উবদা নেপালদা ঐনা ঙকখিবদু কোকখ্রে।

মন্দিবসিদা লোংখৎখ্রিবা মথোলশিং বামা অনীশুবগী মতমদগী শাবা হৌবগা বামা মবি শুবগী মতমদা লোইশিনখি।

'ৱাট অরুন' মন্দির, থাইলেন্ডগী অযোধ্যা যুগকি মতমদগী লৈরক্লবা মন্দির অমগী মথক্তা শাগৎখিবনি। মন্দির অসি রামা অহানবনা ফম্বাল তোংবগী হেক মমাংদা 'তকশিন' কৌবা নিংথৌ অমগী (১৭৩৪-১৭৮২) কোনুং ওইরম্মী। মহাকসু রামা অহানবগুম্না জেনরেলদগী নিংথৌ খুবম কাখিবনি।

'তকশিন' নিংথৌনা মশাবু বুদ্ধধর্ম্মগী মরমদা য়াম্না খুমাং চংশিল্লবা জ্ঞানী মহাপুরুষ অমনি খঞ্জদুনা মশানা পুথোকচবা মোৎ মতমদুগী বৌদ্ধসন্যাসিশিংদা নম্ফুদা চৎহন্নবা হোৎনরম্মী। মোৎ অদুবু য়ানিংদবা সন্যাসিশিংনা তুমিন্না আর্মিগী মীওই খরগা তানরগা কু তৌরগা মহাকপু হাৎখি নৎত্রগা লোই থাখি হায়।

'ৱাট অরুন' মন্দিরদগী থোরকপা মতমদা ঙসাইগী ইরাই লাইনা অঙম্বা শিড়ি কাখিবা জপানীজ অহলশিংদুগা মন্দিরগী মনিং থংবদা লৈবা লৈ শাৎপা লৈকোলগী মনাক ফাওবগা থোরকমীন্নরকই ফেবী হি থাফমদু তন্না। তীর্থ কোয়বগী শেংলবা ভাব অমা মখোয়গী মায়থোংদা উই। নোক্রদুনা ঐঙোন্দসু য়েংলকই, ৱারী শান্নবা হৌরকই। ইন্ডিয়াগী কলচব, সংস্কৃতকি ৱাহৈ কয়া কয়া অমদি হিন্দুগী লাইশিং থাইশিংনা করম হাইনা পুজা তৌবা হৌরকখিবনো মদুগী মরমদা, ঐ সুম তাশিল্লি।

লৈকোলদুদগী খরা চৎলগা উই, অহল ওইরবা বৌদ্ধ সন্যাসি অমনা লম্বীদা তারম্বা লৈগী লৈনাশিংদু অমমম খুল্লগা ফিগাও শারগা হাপচির্নখিবদু। মানা তৌরিবদু উবদা ঐনা খল্লি, মাগুম্না নিংথিবা থম্মোয় চেনবা মীগী মশীং ৱাৎপনা পৃথিবীনা সুক বারিবনি।

## ৱাট ট্রাইমীট

'ৱাট' হাইবা ৱাহৈসি মন্দির খুদিংগী মীংগী মমাংদা পল্লমদবা লৈতে। মসিগী অর্থ করি ওইরমদৌবা খঙনিংদুনা লৈরক্রর্বনি। খর্নদি খল্লি মন্দির, পেগোডা, মোনাষ্ট্রি অমা নত্রগা অমদি শোয়দনা ওইরমগনি। 'ৱাট ট্রাইমীট' মন্দিরদা লৈরিবা সনাগী বুদ্ধমূর্তিদুগী হেক থংনবদা স্যুভেনির দুকান অমদগী ব্রোশুর অমা লৈরগা পারুবদা ৱাট হায়বসি মোনাষ্ট্রি নত্রগা মন্দিরনি হায়না অর্থ হন্দোক্লম্মী। 'মোন-খেমার' ফুরুপ্না ঙাংনবা লোলদসু 'ৱাট' হায়রগা মন্দিরবু খংনৈ হায়নসু ইরম্মী।

'ৱাট' থাই খুন্নাইগী শিল্প-সংস্কৃতিদতা নত্তে মখোয়গী পুন্সিগী থৌরম থৌদোক খুদিংমক্তা অঙকপা ফংনা প্রভাব লৈখ্রবা ৱাহৈনি।

বেঙ্কোক সহবগী চাইনা টাউনগী লম্বীগী চিদাইদনি 'ৱাট ট্রাইমীট' মন্দিব। বুদ্ধনা 'মাব' (যৈখাই-থিঙ্গাইবা) বু ঙাকথোকপগী মওং ভঙ্গীদা ফমদুনা লৈবা সনাগী টোন মঙা মখায লূম্বা ফুট ১৫ ৱাংবা বুদ্ধগী মূর্তি অদু মন্দিবসিদা লাৎলি। টোন মঙা মখায লূম্মী হাযবিবসে অশেংবা সনাগী অব্দম্বদুনি।

১৩ শুবা শদাব্দীদা 'সুখোথাই' হাযবগা খংনবা আর্ট মখল অমগী ষ্টাইলগী মূর্তিনি। 'সুখোথাই' আর্ট ষ্টাইল অসিনা উৎপদি বুদ্ধগী শরু শযাং উহন্দবা মশা, নাতোন্না তেনৱাগী মচীনগী মওং লৌবা, লেংজুম অদুনা শামুগী নাতোনগুম্না তাবকপা, থবাক্লা নোংশাগী, যেংবদা থেক কোল্লবা উতোংগুম উবা, অদুগা লুতোনদুনা পোমথোকপা লুবেন ওইনা উবা অদুগুম্বা মূর্তিনি। 'সুখোথাই' আর্ট ষ্টাইল মখল অনী থোকই। অমনা পদ্মাসনদা ফন্নগা যেৎকী খুৎনা লৈবাক শোকপা অমনা মখুৎ থবাক্তা থন্নগা মখোঙ নামা থাংগৎলগা চৎপগী মুদ্রা।

'বাট ট্রাইমীট' মন্দিবদা লৈবিৱা সনাগী-বুদ্ধগী মূর্তি অসিনা পদ্মাসনদা ফন্নগা যেৎকি খুৎনা লৈবাক শোকপগী মুদ্রানি।

বুদ্ধগী সনাগী মূর্তি অসি যেংবা মী যাম্না লাকই। নোংচুপকি টুবিষ্টতি থোইনা উদে। জপান ইন্ডিযাবোমদগী লাকপনা হেল্লি। টোন মঙা মখায লূম্বা সনাগী মূর্তি ওইবজবসু ঐঙোন্দা থোইদোক হেন্দোক্লা অঙকপা পোৎশক অমনি হাযবগী ৱাখল ফাওবর্কখিদে। হেন্নদুম ইন্টবেষ্টিং ওইনা থোকখিবদি মূর্তি অসি ফংলকপগী ৱাবীদুনি।

১৮ শুবা শতাব্দী অদুৱাইদা বর্মিজশিংনা থাইলেন্ডগী অযোধ্যা সহবদা লান্দাবকপদা হৌজিক্কী সনাগী মূর্তি অসিবু লূট তৌখিদনবা প্লষ্টাবনা যোল্লগা 'ছোটি নবম' কৌবা মন্দিবদা থমখি।

প্লষ্টাবনা যোমবদগী বুদ্ধমূর্তি অসি সনানা শাবা মূর্তিনি হায়বদু তপ্না তপ্না কাওথোক্লবকখিবা মতাং লাকখি। কাওথোক্লখিবা অমদি থৌশানবক্তবদগী ইং ১৯৩১ ফাওবদদি ছোটি নবম' মন্দিবদা অতৈ অতৈ নূঙগী মূর্তিগুম তাদুনা লৈবম্মী। বামা অষ্টম শুবগী মতমদা ছোটি নবম মন্দিবদগী চুম্নতা সুম লাৎনবগীদমক 'ৱাট ট্রাইমীট' মন্দিবসিদা পুবকখিবনি। পুবকপা মতমদা ক্রেন' দগী তাবক্তুনা প্লষ্টাব কেনখিবদগী অশেংবা সনাগী বুদ্ধমূর্তিনি হাযবদু ইং ১৯৫৫ খংখি। ওইবম্বসু যাই মহাক্কী মতিক-মগুন কনানসু খংবীদনা লৈবদু খংহল্লগে মতাগুম ক্রেন্নদগী তাবকখিবা।

'ৱাট ট্রাইমীট' খ্বাইদগী অপীকপা মন্দিরনি। টোন মঙা মখায়গী চাওরবা বুদ্ধগী মূর্তিদু চনবোই চনদবোই য়াম্না ৱাই চিন্না লৈহৌই।

'ৱাট ট্রাইমীট' তগী থোরক্লগা চাইনা টাউন চংলুই। বেঙ্কোক্কী চাইনা টাউন অদু 'সামপেঙ' সু কৌই। ম রু ওইবা শোপিং সেন্টরনি। ফংদবা পোৎ লৈতে।

'লেনটর্ন লেন' হায়রগা খংনবা খুরবা লম্বী মচা অমদা লেনটর্ন থাউমৈ য়োনবগী দুকানদুদা য়োল্লিবা মখল মথেলগী লেনটর্নদু মেরাগী থাউমৈ মক মানবসু য়াওই। মফম অসিদা মতম অমদা অশংবা মচুগী লেনটর্ন থানবা য়ুম অদো ওক্তবীশিংগী লৈফম তাকপনি হায়না করম্বা লাইরিক অমদনো থেংনখি।

সনাগী দুকানশিংসু পরেং শানা লৈ। দুকানশিংদু চং চংদুনা সনানা শাবা পোৎচৈশিংদু য়েংই। সনা লুপা পামজবা নুপী নহাদি ঙাওদুনা চৎকনি অদুদা য়োল্লিবা পোৎশিংদু উরগা। ঐ ফাওবা সনাগী পোৎ মচা অমত্তা ওইরসু লৈরসিরা খল্লুরবনি। পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওরবা টোন মঙা মখায় লূম্বা অশেংবা সনাগী মূর্তিদু য়েংলুরগা পোলোইদা সনাগী পোৎ মচা অমদা মীতারুবা হৌনদে খনদুনা তোকখি।

## ব্রীজ ওন দ রীভর ক্বোয়ই

ইং ১৯৬০ অদুৱাইদা 'ব্রীজ ওন দ রীভর ক্বোয়ই' মীংথোনবা ৱার ফিল্ম অমা সিলেট সহরগী হোল অমদা য়েংখি। ফিল্মদু অসুক্কী মতিক নুংঙাইখি হায়বদা হৌজিকসু ফিল্মদুগী সিন খরা থম্মোয়দা মপোপ কায়দনা লৈরি।

ইম্ফালগী ডি এম কোলেজদা তম্লিঙৈ (১৯৬২) ফিল্ম অদু অমুক হন্না য়েংখি। মতমদুদদি অনীশুবা লাঞ্জাওদা জপানীজশিংনা সাউথ-ইষ্ট-এশিয়াগী মফমশিংদা লানফা (পী, ও ডব্লিউ)' শিংবু ওৎ-নৈবগী তমথিরবা থৌদোকশিংগী ইতিহাস খরমখৈদি খংলে। অদুনা নুংঙাইবগী ঙমথেং (ঙমখৈ) লৈখিদে।

পীয়ের ব্যুলগী বেষ্ট সেলর লাইরিক্তা "Le Pont de la Riviere Kwai" না য়ুম্ফম ওইরগা পুথোকপা, অলেক গীনিজ, উইলিয়ম হোলডেন অমসুং সেশু হয়াকৱা মখোয়গী অভিনয়না ক্লাশিক ওলহনখ্রবা ডেভিদ লীনগী ফিল্ম অসি ঐগী পুক্সিদা কাওঙমদ্রবা ফিল্ম খরগী মনুংদা অমনি।

ফিল্মদু য়েংবা মতমদা ক্বোয়ই তুরেলগী মথক্তা শাবা থোং অদু ইশামক চৎতুনা য়েংবগী অকনবা অনিংবা অমা লৈখি।

ঙসিদি ঐনা নিংজখিবদু থাইলেন্ডগী 'কাঞ্চনাবুড়ি' সহবদা যৌরকপদগী থুংলে। নিংবা থুংবা হাযবসে ওনথোক্লা নুংঙাইখ্রবা রাখল অমনি। রাখলদুতা হন্না হন্না মাবগা শান্ননিংবা পোকহনবা শক্তি অমসু যাওবি।

বেঙ্কোকতগী কাঞ্চনাবুড়ি, বসতা পূং অনীবোমতা চংই। "ব্রীজ ওন দ বীভব ক্বোয়ই" যেংবা লোইবগা অদুম বেঙ্কোকতা হনবা যাবনি। অদুবু নুংথিলগী মতমদা বেঙ্কোক চংপগী বস সার্ভিস লৈতবনা কাঞ্চনাবুড়িদা লেকপা তাখি।

বস সার্ভিস থমদবগী রাফম অসি ঐনা খল্লি, টুবিষ্টশিংবু মফমসিদা লৈহন্নবা হোটেলবালাশিং অমদি থাইলেন্ডগী টুবিজমনা শিনবা মখোযগী ইকোনোমী চাওখৎনবা হোৎনবগী চালাকিনি।

ক্বোযই তুবেলগীসু মনাক ওইবা 'থমাখম এ মূরাং' বোডকী 'শামস্ গেষ্ট হাউস' তা থুংই। 'থমাখম এ মূরাং' বোড অসি পূং কূনমবি হাংবা বেষ্টুবেন্ট অমসুং 'পব্' কী বজাবনি।

'ব্রীজ ওন দ বীভব কোয়ই' ফিল্মদুতা উৎপা সিনেমা হোল অমসু লৈ। 'শামস্ গেষ্ট হাউস' তগী 'ব্রীজ ওন দ বীভব ক্বোযই' পংলাপ লাপ্তে। মতম মাংহননিংদ্রদুনা সাইকেলদা ইঞ্জিন পাম্লগা থৌবা ওটো অমদা চৎলি। ড্রাইভবদুনা ওটো থৌনা-থৌনা ঙাইহাকসু ঐগী গাইড শায়। মহাক্লা সজেষ্ট তৌই, ক্বোযই তুবেলদা মোটোব বোট সার্ভিস লৈ, রাব সিমেট্রি যেংবগীদি মদুনা যাম্না খুদোং চাগনি।

ঐ মোটোব বোট তোংলক্তে, রাব সিমেট্রিসু যেংলক্তে।

মযানমাব (বর্মা) অমসুং থাইলেন্ডগী মনুংদা কি মি ৪১৫ শাংবা থাইলেন্ডগী শংখলাবুড়ি জিলাগী "থ্রী পেগোদা পাস" ফাওবগা সপ্লাই লাইন অমা শেম্নবা চহি মবি মঙা চংগদৌবা বেল লাইন অদুবু হাথু হাথু থা তবা তকক্কি মনুংদা লোইশিন্নবগীদমক জপানীজশিংনা ইংল্যান্ড, ফ্রান্স, ওষ্ট্রেলিযা, হোল্যেন্ড, আমেবিকাগী বন্দী লান্মীশিং অমদি ইন্ডিযা, মযানমাব, চীন, ইন্দোনেশিযা, সিঙ্গাপুব, মালযেশিযা, থাইলেন্ডগী হাজিবা শুবশিংবু তমথীববা মওংদা ওৎ নৈবগী থম্মোয থোকপা রাবীনি 'ব্রীজ ওন দ বীভব ক্বোযই'।

বেল লাইন অসি শাবা মতমদা নাবক যেক্লকপা, চাব থকপা ফংদবা অসিনা মবম ওইদুনা হাজিবাশুবা লাখ অমরোম অদুগা লানগী লানফা লান্মী লীশীং তবা তকক শিখিবগী রাফম থেংনৈ।

চাওবদা অহুমশুবা থাইল্যেন্ডগী প্রোভিন্স কাঞ্চনাবুড়িগী অৱাংদা কাঞ্চনাবুড়ি সহরগী মনাক্তা চেল্লিবা 'কোয়ই' তুরেলগী মথক্তা শাখিবা থোংসি বেঙ্কোকতগী কি: মি: ১২৭ মুক লাপ্পি। তানাৱারী রেঞ্জনা বোর্ডার ওইরগা অদুগী নোংচুপ লোমদা ময়ানমারগসু শম্লরে।

'ব্রীজ ওন দ রীভর কোয়ই' কৌবা ফিল্ম অদুনা কাঞ্চনাবুড়ি হায়বা মী-লাইনা তাখিদ্রবা মফম অসি হৌজিক্তি পৃথিবী শীন থুংনা খংনরে। থোং অসিবু 'ব্রীজ ওন দ রীভর কোয়ই' হায়রগা খংদবা মীসু লৈত্রে। অনীশুবা লাঞ্জাওদা 'পী, ও, ডব্লিউ' অমদি হাজিরা শুবশিংনা শারম্বা থোং অদুদি ইং ১৯৪৪ দা বৃটিশকী 'লংকাশয়ার বোম্বর' প্লেনদগী থাদরকপা বোমনা থুগাইখি। হৌজিক্কীসিনা ওরিজিনেল থোংদুগী নমুনাদুনি। ফিল্মদদি কমান্ডোশিংনা থুগাইবনি উৎলি। মতম অমদা ফিল্মগী ৱারীদুনা অচুম্বনি ঐসু খল্লম্মী! তৌববুদি থোং অসিগী নাকল নাকলদা খারিবা জপানীজশিংনা জাভাদগী পুরকপা য়োর্থকি অমুবা ফ্রেম অসিদি হান্নগী ওরিজিনেলদুনি। থোং লানবা মতমদা ফ্রেম অদো ঙাইহাক নানদুনা য়েংই। ঙাইহাকসু য়েংখিবা ফিল্ম মীৎ উইশিল্লগা কল্পনাদা কোইথি থিদুনা চাংদম্নবা হোৎনৈ। 'ব্রীজ ওন দ রীভর কোয়ই' গী মথক্তা হঙ্গৎ-হন্দা কয়ারক চৎখিবা ঐ হায়বা ঙমদে। অহল ওইরবা ইউরোপীয়ান টুরিষ্ট খরসু হঙ্গৎ হন্দা ৱাখল অমদা থোং অদু লানথোক-লানশিন তৌদুনা চৎলম্মী। মখোয় অদো ওইরম্বসু য়ায় সেন্টিমেন্টল ইন্টরেষ্ট অমদা লানথোক-লানশিন তৌরম্বা, অমদি থোং অসি শাবদা য়াওরম্বা শিহৌদবা।

কোয়ই তুরেলগী চেল্লিবা ঈশিংদু শোকনিংদুনা থোং মখাদা কুমথরুই। ঙা ময়াম চারম্বদু য়েংবদা কয়া নুংঙাইখ্রে। অঙাং খরনা মচীঞ্জাক লংশিনবদা ঙাশিংদুনা চোংখৎ চোংখৎতুনা লাকপদু কুম্মৈগী মশক্লি।

থোংগী মখাদা স্যুভেনির দুকান কয়াদা শামু ময়া, এমারেল্ড, জেড নুঙগী লৈতেংশিং, সনালিকোন, লমদুগী খুৎশা-লোনশাগী পোৎ চৈ থেনদুনা লৈরম্মী। তাংবদুদা ঐ কৰিগুম্বা অমত্তা লৈরক্তে।

হুইসেল খোংলদুনা ট্রেন অমা লাকপগী মখোল তাবদা ঐ থোং মখাদগী তফিং তফিং চেনখৎলকই। মহেন্দ্রক্ষণ অসি পুন্সিদা অমুক হন্না লাক্লরোই হায়বগুম্বা ৱাখল অমনসু ঐবু নমহৎখিবা মতাংনি। হুইসেল মখোলদু ফিল্মদা তাখিবদুগা চপ মান্নে। ট্রেনদুনা 'ব্রীজ ওন দ রীভর কোয়ই' থোংগী মথক যৌবকপদা ফিল্মদা উখিবা সিন অমা নিংশিংলকই, মদু অলেক গীনিজনা নোংমৈ মক পাল্লবা তুংদা ডাইনমাইট ডিটোনেট তৌনবা যন্ত্রদুগী মথক্তা হায়থখিবা মতমদা অবোইবা মীৎয়েংনা মথক মখা লৈব লৈরদুনা য়েংলম্বদুনি।

থোং হেক লানবগা ট্রেনদু লেপখি। কাঞ্চনাবুড়িনা অরোয়বা ষ্টেশননি। ট্রেন অসি 'নাম তোক' কৌবা টাউন মচা অমদগী লাকপনি, হংলুদা থাই মচা অমনা খুল্লকই।

হল্লকপদা 'ব্রীজ ওন দ রীভর কোয়ই' গা থংনেনা লৈবা 'জীয়থ বার মিউজিয়াম' (W W 11& Jeath War Musium) দা চংলুই। চংফমমক্তদা বন্দিশিংবু হোনবা ট্রেনগী ইঞ্জিন বোগী অদু লৈরম্মী। থোংনাও মচা মচা খরদা ফাৎপা বোগীদু উবদা বন্দিশিংদুনা শ্বোর ফুনদুনা বারমগদৌবদু খল্লুরগা ঐসু শ্বোর ফুনগে তৌরকই।

মিউজিয়ামসিদা জপানীজ লান্মীনা শিজিন্নরম্বা মোটোর সাইকল, হেলমেট, জীপ (অদুগুম্বা জীপ গাডী মণিপুরদা হৌজিকসু চেল্লি!) গাড়ীনচিংবা পোৎশিং ফজনা থম্লম্মী। থংনবা কা অমদনা কাঞ্চনাবুড়িদা এস্কাভেসন তৌরগা ফংখিবা অরিবা মতমগী য়োৎকি খুৎশু খুৎলাই, ব্রোঞ্জ অমদি কুরু নূঙগী মূর্তিশিং থম্মী। মূর্তিশিংদুগী মনুংদা তান্ত্রিক অরাধনাগী লাইরেম্বী কালিগী মূর্তি অনীখক উবদা মফমসিদা কন্নানা কালি লাৎলম্বা মদু ভাবনা লামবা ঙমখিদে।

নেপালগী বুদ্ধিষ্টগুম বুদ্ধধর্ম্মগী থেরাভেদা (হীনয়ানা) লাইনীং চৎপা পুকচেল চাওবা থাই জাতিনি। অতোপ্পা লমদমগী লাকপা মীবু নুংশিনা থম্মোয় শেংনা তরাম তরাম ওকপসি মখোয়গী নেচরনি। ঙসি ফাওবদা মীখা পোনদ্রিবা থাই জাতিনি। ওইরম্বা য়ায় থাইশিংগী শেংলবা পুকচেল উবদা ফ্রেঞ্চ-ইংলিশশিংগী থম্মোয়দা নুংশিবা পোক্তুনা খুদুম চনবিখিদবা!!

নুংশিজৈ ঐসু শ্যাম লমদম নংবু ঐনা নংবু নুংশি 'শন্দ্রা খূউন'।



জীযথ বার মিউজিয়ামদা লৈবা জপানীজশিংনা ব্রীজ ওন দ রীভর কোয়ইদা
বন্দি পূবদা শিজিন্নরম্বা ট্রেনগী ইঞ্জিন।



থাইলেন্ডগী হকচাং নোইদুনা শেন তানলিবী ওই কৌবী 'বায়ো' চীংমী নিংঙোল অমা।



জীযথ বাব মিউজিযামদা লৈহৌবা অরিবা মতমগী লৈপাক তৌখাইবদা ফংলকপা পোৎলমশিং।



কাঞ্চানাবুড়িদগী ক্বোয়ই তুরেল তম্না চৎপগী লম্বীদা অইবনা তোংলকপা সাইদকাব যাওবা মোটো।

# কম্বোডিয়া

## সীয়াম রীপ



"Go to Angkor, my friend, to its ruins to it's dreams"

P Jeanerat de Beerski Angkor Ruins in Cambodia

'আংকোব বাট' ঐতিহাসকি নীংথিববা ফুবা অমনি। ষ্টোনহেঞ্জনা ইতিহাসকি ৰাংমদা লৈখ্রবা ইতিহাস অমগী ফুবানি।

ষ্টোনহেঞ্জদা থেংনখিবা বোব।

"পৃথিবীনা মতম কুইনা কাওথোকপীকববা কম্বোডিয়াগী আংকোব থোমগী মন্দিবশিং যেংবা চৎপগী মঙ মঙবা কুইববনি।"

ইয়ানশেং ঝাঙ্। (চাইনিজ কেনেডিয়ান নুপীমচা অমা)

'আংকোব' গী শুরুবা উমংগী মনুংদা যুগ কযাদগী পৃথিবীগী মীৎয়েংদগী থুপতুনা লৈবক্লবা চাংদনিংঙাই লৈত্রবা মঙ ওইনা খল্লুববা মন্দিবশিংগী থোংজিন ফাওবা যৌবকপা ঙমবগী মঙ ফাওহনখিবা ৱাহৈশিং অসিগীদমক মথক্তা পঞ্জবিবা মীওইশিংদা থম্মোয শেংনা 'ওঅ কুন' তৌজবি (থাগৎচবি, খেমাব লোন্দা)।

মমাংঙৈ মতমগী আংকোব হৌজিক্লা 'সীযাম বীপ' (Siem Reap) সহব অসি তম্না চৎকদৌবিবা বস অদু বেঙ্কোক্তগী অযুক অঙনবদা থাবকই। টুবিষ্টশিংগীদমক ট্রেভেল এজেন্সিনা এবেঞ্জ তৌবা বসনি অদুনা নুংঙাইনা লাকখি।

ইউবোপ, আমেবিকা, অষ্ট্রেলিযা, ইস্রাইলগী নহা টুবিষ্টশিংনি। ঐতনি মখোযদগী চহি শরুক অনী অহমলোম হনবা টুবিষ্ট।

নহা টুবিষ্টশিংদু আংকোবগী তেক্লবা কীহ্ববা মন্দিবশিংদু যেংবা চৎলি হাযবগী থ্রীল অমদা তাওবা মাল্লি। আংকোবগী মবমদতা ৱাবী শান্নে। পাখং মচা অমদি ঐবু খেমাব অহল অমা ওইনা খল্লুবনবা খংদে 'আংকোব' গী অর্থ হংলকই।

ঐগী ইশকসি সাউথ-ইষ্ট এশিযাগী চৎখি চৎখিবা মফমগী মীগা চুশিন্নক্ত্রা খংদ্রে ইউবোপিয়ান, আফ্রিকানশিংনা ঐবু লমদুগী মীওই ওইনা হেক্তা লৌখি। লমদুগী মীওইশিংনসু মখোযগী মী অমগুম খন্দুনা মখোযগী লোলদা ৱাবী শান্নবা হৌই।

নোকপা নত্তনা উপায লৈখিদে। নোক্লা নোক্লা খুম্মী, 'তশেংনমক্কি ঐ খঙজদে' মফম অমগী মীং ওইবমগদ্রা।'

তশেংনা হাযববদা ঐ কম্বোডিযাগী ইতিহাসকী খোঙ্গুল লীবা লাকপা নত্তে। কম্বোডিযা কোযবা লাকপসু নত্তে। "আংকোব" গী মন্দিবশিং অমুক্তং যেংলগা ঐগী অবোইবা খোঙচৎ ওইজবগে অসিতনি খঞ্জবা। অদুবু ইতিহাসকী মমল নাইদ্রবা খুদমশিং উবগা মখোযগী ৱাবী ৱাখোং খংনিংবগী কল্লবা ইথিল অমদি ফাওবক্তবা নত্তে।

খংনবা সিটতা লাইবিক পাদুনা লৈবম্বা মঙ্গোলিযান শকওং শবান তাবী নুপীমচা অদুনা অপঙবা ঐখোয অনীগী দাযলোগতু তাখি অদুদগী লাইবিকী মখুম খুমজিন খুমজিন্না হাযবকই, 'মাইন্ড তৌবীদ্রবদি ঐ হাযজগে?' গাডীগী মখোলগী লাংলবা মবক্তুদা মহাক্লা কবি হাযবা মদু মুন্না তানবা ইবানিমক মঙোনলোমদা মায ওনশিল্লি। নুপীমচাদুনা অসুন্না হৌই, "মতম অমগী কম্বোডিযাগী কেপিটল সিটিবু 'আংকোব' হাযবগা খঙনবম্মী। সংস্কৃতকি 'নগবা' (সহব) দগী লাকপা ৱাহৈনি। খেমাব নিংথৌ যশোভর্মন অহুমশুবনা

পাল্লিঙৈ (শতাব্দী ৯) মতমদা আংকোরগী কোনুংগী মমীং 'আংকোর থোম' থোল্লম্মী। ১৫ শুবা শতাব্দী ফাওবতনি কোনুং ওইরম্বা। 'থোম' গী অর্থ অফাওবা-অচৌবা মতিক মগুন হায়বনি। 'আংকোর থোম' অসি 'যশোধাপুরা' সু কৌরম্মী।"

অসি হায়রগা ঐখোয়শে মানা হায়রিবশি তানিংলিব্রা হায়বদু খংনবা য়েংলকই। মহাক্না অমুক মখা তারদুনা হায় "খা-নোংপোক এশিয়াগী সভ্যতাদা খ্বাইদগী খুমাং চাওশিনবা নিংথৌপানবা লৈবাক কম্বোডিয়ানি। রামায়ন-মহাভারতকী 'দেবরাজ' (লাইনিংথৌ) নিংথৌসু লাইগী শায়োননি হায়বগী ৱাখল্লোন (কনসেপ্ট) পুরুকপসু খা-নোংপোক এশিয়াদা কম্বোডিয়াগী নিংথৌশিংনা হাল্লি।

ৱাখল্লোন অসিমক মণিপুরদা যীশু পোকপগী চহী ৩৩ মতুং মৈদিংঙু পাখংবগী মতমদসু লৈরমব্রা হায়না,মানা ৱারী লিরিঙৈদা ঐগী ৱাখলদা ফাওরকখি।

নুপীদুনা অমুক মখা তারদুনা হায়রকই, 'আংকোর যুগ কী মমাংদা, এ ডি ১০০ দগী ৬০০ ফাওবদু 'ফুনান যুগ' হায়রে। ইন্ডিয়াগী হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাব চংলকপসু 'ফুনান যুগ' তগী হৌরে। 'ফুনান যুগ' কী অরোয়বা নিংথৌ রুদ্রভর্মননা (এ ডি ৫১৪-৫৩৯) পানবা মতম হিন্দুগী লাই বিষ্ণু পুজা তৌরম্বদুনা প্রমাননি। মথংদা ভবভর্মনগী (এ ডি ৬০০-৬১১) মতমদা 'ছেনলা যুগ' লাক্লে। 'আংকোর যুগ' হৌখিবসি 'ছেনলা' যুগগী মতুংদনি। কম্বোডিয়াগী ইতিহাসতা ইন্ডিয়াগী প্রভাব য়াম্না লৈখ্রে। 'কম্বোডিয়া' হায়বা ৱাহৈ অসিমকসু 'কম্বুজ' দগী লাকপা মীংনি। কম্বু কৌবা ইন্ডিয়াগী ব্রাহ্মন শাগৈগী নিংথৌ মচা অমনা খেমাব নিংথৌ অমগী সোমা কৌবী মজা ইবেম্মা অমবু লুহোংলবা মতুংদা তপ্পা-তপ্পা দেশ অসি মহাক্না খুদুম চনশিল্লগা মহাক্কী মীংদা কম্বুজদেশ থোনখিবনি। তৌববুদি মসি পৌরানিক ৱারীনি। পৌরানিক ৱারী ওইজরবসু মতম অমদা ইন্ডিয়ানশিংগী লোইলম নত্রবসু লৈঙাক মখাদা লৈরম্মী হায়বসিদি মখোয়না শন্দোকলম্বা হিন্দু-বৌদ্ধ ধর্ম্মদুনা তাক্লি। খেমারশিংনা শীজিন্নরিবা ময়েক অদু ফাওবা ইন্ডিয়াগী ব্রহ্মি ময়েক্লি। ১৫ শুবা শতাব্দীগী ময়াই চনলকপদা থাইশিংনা আংকোব সহর ধ্বংস তৌখিবদগী মীওইবা সমাজদগী লোৎতুনা লৈরুরবা মন্দিরশিংনি। শুক কুইবসি শুক্রুবা উমংনা খুমদুনা লৈখ্রে হায়বসে মী খরতনা খংলম্মী। খেমারশিং ফাওবা মন্দির লৈ হায়বা খংনরবসু উমংদা চংবা কিবদুনরা নত্রগা থৌশাদবনরা নহাল মখৈ থাপতোক্লা লৈবম্মী। চহি ৪০০ লোমগী মতুংদা ফ্রেঞ্চ নেচরেলিষ্ট আঁরী ম্যুও না (Henri Mouhot, 1860) মীওইশিংদগী থুপতুনা লৈরুরবা মন্দিরশিং অসিবু অমুক হন্না থিবগা পুথোরকপদগী হৌজিক্তনি ঐখোয়না খংবা ঙম্লিবসি। মহাক্কী মমাংদা চাইনা, জপান, স্পেইন, পর্টুগালগী মীওই কয়া লাক্রম্বগী

ইতিহাস লৈবৰসু আংকোবগী মবমদা পৃথিবীদা অনৌবা ইন্টবেষ্ট অমা পোকহনখিবদি মহাক্কুনি। 'আংকোব' খেমাব সভ্যতাগী যুম্ফমনি। সীযাম বীপ প্রোভিন্সকি মনুংদা লৈবা নোর্থ ইষ্ট এশিযাদা খ্বাইদগী পাক চাওবা পাং 'টোনলে সেপ' কী অৱাংদনি। তৌবতবু কম্বুগী মমাংদা কম্বোডিযাগী কবি মমীং থোল্লম্বা মদুদি কনানসু হাযবা ঙমদে। অনীশুবা শতাব্দীদা ইনখ্বা চাইনীজ ক্রোনিকলদা 'ফুনান' কৌবম্মী হাযনা থেংনৈ। ফুনান চাইনীজ ৱাহৈ নত্তে। অবিবা খেমাব লোনগৈ 'বনাম' (চীং) দগী লাকপা চাইনীজ উচ্চাবনি হায অখাং অহেশি না। কম্বোডিযাদা ভিযেৎনামগুম্না চাইনাগী ইনফ্লুযেন্স লৈতে। অমবোমদা ইন্ডিযাগী কলচর, ধর্ম্ম, রাজনীতিগী ইনফ্লুযেন্স মখোযগী পুন্সিগী হীবম খুদিংমক্তা তোৎননিঙাই হাযবমক যায। অদু ওইবৰসু খেমাব আইডেনটিটি অদুদি হিন্দু ধর্ম্মগী সমদ্রুদা হবারখিদে। তোপ তোপ্পা অদুম লৈজে"। অসি হাযবগা মঙ্গোলিযান মাযথোংতাবী নুপামচাদুনা অমুক হাযবকই, "ঐনা পাব্বিবা লাইবিক অসিদা যাওবদুতনি ঐনা হাযজবিবসি"

মাপা পাবম্বা লাইবিক্কুদগী হাযবকপা খব ঐনা কান্নবকপসু যায হাযবগী ৱাখলদা এনা ঙম্বা মখে নোট তৌশিল্লি। ঐঙোন্দা আংকোবগী অর্থ হংলকপা নুপামচাদুনা অমুব মঙোন্দা হংই, মহাক কবম্বা লমদগী লাকপনো?

নুপীমচাদুনা খুম্মী ইস্রাইলদগীনি। জুইশ ওইজবৰসু ওবথোডোক্স জুইশতি নত্তে মশানা হাযজে। মোঙ্গোলিযান মাযথোংতাবী নুপী মচাদু ইস্রাইলদগীনি থাজবা শুকপোক পোকখিন্দ।

ইস্রাইলদবু জপানীজ জুইস লৈব্রা? মহাক ভাব তাই ঐনা হংলিবা বাহংদু। খুম্মী লোং হংলন ইন্ডিযাগী 'শীনলাং' (পলনা ডাকপা 'তম্পাক, কুকীচীন লোলদনা গুহা) কৌবা চাইনা তমপা মহাক পোকই। খৃং ১৯৯৩ অদুৱাইদা ইন্ডিযাদগী মমা মপাগা লোযননা ইস্রাইলদা ইমিগ্রেন্ট ওইদুনা লাকপনি। মহাক্কা হায, ইন্ডিযাগী মীজোশিংগা মখোযগা মবী লোনসু যায। জুইশ ওইখিবগী থাজবা নাদি মখোয অসে মাংখ্রবা জুইশ ট্রাইব 'মনাশি নথগা মনমাশিগী' চাবোন শুবোন্নি। ইং ১৯৬৭ কী আবব ইস্রাইলগী লান্দা ইস্রাইলনা অমুক লৌশিনখিবা পেলেস্টাইনগী লম, গাজা স্ট্রিপকি সহর গাজাদা মযুমনি।"

ইউনিভর্সিটি লোইশিনবতা ঙাইবিবা চহি মতাং মাল্লি নুপীমচাদু। অথাবা আনোক অমা উপ্পা। আনোক্কী মরুমদা লংত্রিক লংবা মমীৎ মচাদুনা মবক মবক্তা হুৎনা যেংল্লকপদো উই। মমীৎতু উবদা মহাক্কা মথৌ লৈতনা ঐখোযদা ওঝা শাজিল্লকপনি হাযবগী শাওনিংবা পোকহনখিদে। অমবোমদা মঙোন্দা থোংক য্যাতা হাযবগা লোইশিনন্নীংদবা বেসপেক্ট অমা পোকহনখি।

পূং মবিবোম মতুংদা থাইলেন্ডগী 'অবণ্য প্রথেৎ' কৌবা টাউনদু যৌবা ফাওবা মহাক্কা ৱাবী শান্নবগা লাকই। কম্বোডিয়াগা শন্নবা বোর্ডব পোইপেট (poi pet) যৌবকখিবদু ফাওবা ৱাবী লীবগী পালি ঐগী তাখি।

ঐগী ৱাবী হাযববু বাংলাদেস, ইন্ডিয়া, মণিপুব অমসুং কেনাডাগী চৌহদ্দি (কোযশিনবা লম) গী মনুংদু ফাওবতনি। ঐ মৈতৈনি হাযবদা চিংনরবসু টেলিপেথিক মবী অমদি লৈখি। ঐহাক মহাক্কী মপা মপুনা পোকপা লমদমদগীনি হায়বদুদা হবাওই।

পোইপেট যৌবগা বস শিল্লি। বস অসিনা থাইলেন্ডগী বোর্ডবদগী নো মেন্স লেন্ড লাম্লোকপীবগা কম্বোডিয়াগী বোর্ডব যৌবা ফাওবা পৃবিবকপদনি। বস অদু মনবদা লাম্বা লৈত্রবা কম্বোডিয়াগী বসনি। যোৎকি সিটশিংদুসু নিংগা যুগ কযা সুম সুম তরুবদগী ঋবপকুম মখুল মচা-মচা হোবে। অহোবদুদগী মখা বোমদা যেংথবদা সোবোক্কী মথক্তা নূঙ মচা মচা তাবদুসু উই। মদুনশু নুংশিৎ-নুংশা চঙলকনবা অমশু ওইবম্মী।

কেনাডা-আমেবিকা ফ্রাঙ্গবি নিযমদা থৌনবা ওইদা ষ্টিযাবীং পানবা মল্লবা বস অদুনা নাহে নাহেনা চৎপদুদা পোইপেট বোর্ডব লাম্লোকপা ঙমগনি থাজকদে। থাইলেন্ডদা চেনবা গাডিশিংদি ইন্ডিয়া বাংলাদেসকুম্না যেৎলোমদা ষ্টিযাবীং পাল্লি।

ইমিগ্রেশন অমসুং কষ্টমসকি ফোর্মালিটি লোইবগা হেক থোবকপদা খেমাব পাখং মচা অমনা ইংলিশ লোন্দা কোইলাও লাওবম্মী বেঙ্কোকতগী লাকপা অশংবা মচুগী বস টিকেট পাযবা পেসেঞ্জবশিং মাগী তুং ইল্লরুবা। ঐখোযনা তোংলকপা বসতুগী টিকেটশিংদু অশংবা মচু ওইবদুদা ঐখোযসু মাগী তুং ইল্লি। খেমাব পাখং মচাদুগী মীং চীযা কৌই। সাযাম বীপ যৌনা ঐখোযবু গাইড তৌবগা মানা পুবকই। "খেমাব লোন্দা 'চীযা' হাযবাদ মশা মউ ফবা মী হাযবনি" নোক্লা নোক্লা হায। তৌববুদি মাদি মাল ন্যাট্রিশন্না ওইবমগদ্রা খোঙ্গলাই চুবা মী মাল্লি। মাগী অশেংবা মমীংনা খুচান চীযা।

ইমিগ্রেসন অমসুং কষ্টমস ওফিসতগী খবা চৎলগা থোং মচা অমা লাল্লি। থোংদগী মথক্তা মখোঙ নামা মখুৎ নামা যাওদবা ভিখাবী খবা লৈবম্মী। মদু উবদা চীযানা হকাইবপ হাযবকই, "মখোযশিংসে মমা পুক্লুংদগী মখোঙ মখুৎ শোইনাইদুনা পোকপা ভিখাবী অমগা নত্তে। খেমাব কজ না ক্লাশ এনিমি লোইশিন্নবা মখোযগী খুৎলাই (ল্যান্ডমাইন) অদুনা লেনবদা শিহৌদবা মীশিংনি।"

আর্টিষ্ট, সাহিত্যিক, লাইবিক হৈবা মীদগী হৌবদুনা টেলেন্ট লৈবা খেমাব খুন্নাইগী মনিমুক্তাশিংবু তুম্নবা হাৎলগা অনৌবা অশেংবা কম্বোডিয়া অমা শেম্বগী অবানবা

আইডিয়োলোজিদা কোমিট তৌবা পোলপোটনা লুচিংবা পার্টিনি 'খেমাব কজ'। খেমাবশিংগী মবাইবক থিবদি পোলপোটকী শাথিববা পার্টি শেমদ্রিবৈঁদগী হৌনা চহি কুম্থা বোম চংথবকখিবা সিভিল ৱাবগী অৱা অনং থেংনববা খেমাব খুন্নাইনি।

"অনানবা আইডিয়োলোজিনা লমজিংবা বিভোলুশনদি সভ্যতাগী মীংচং থিহনবা অনানবা খোঙথাং অমা শোযদনা ওইবা তায।" সিলেটতা মতম খবা লৈবম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী শিংথানিংঙাই ওইববা লৈখিদ্রবা সাহিত্যিক অবাম্বম সমবেন্দ্রনা হাযবম্মী। ইং শোক ১৯৬৭ অদুৱাইনি। এ মতমদুদা বাংলা চয়োলগী চে 'যুগভেবী' দা থবক তৌবি। খেমাব কজকী আইডিয়োলোজি অদুমক্তি হাযনা ঐসু খল্লি।

সিভিল ৱাবগী ফোলদগী কম্বোডিয়া পৎ তৎনা লাইববা লমদম হাযবদু ওল্লে। ভিখাবী, 'বাঙ' (লেংজুমদা পুবা অকুম্বা/ভাড) পুবা অমদি হুমাংনা পুমচোৎ চোৎপা বিপ্লোচিংবা মী, অমোৎপা মফী মবোল শেৎপা অহল-অঙাংশিং, কোইলাস পক্রবা উফুল খোবপা লম্বী, বিপেযাব তৌবীদ্রবা তেকথবক্কদৌবগুম মানবা থোংশিংনা অদুম শেংনা তাক্লে লাইববা লমদমনি হাযবদু। হেক উবদা থম্মোয শোকপা শোকিং ওইবা শক্তমনি। থম্মোযদা নুংঙাইতবা ফাওই। অদুবু শোকিং ওইববসু বীট কাদবা ডিপ্রেস্ড ওইবা মাথল অদুদি ঐঙোন্দা ফাওদে। মবমদি সিভিল ৱাবগী অৱাবদু কোকখিদুনা তং তানা খুন্দা লৈতাদুনা হিংবগী আশাগী মঙাল অমা খেমাবশিংগী মাযথোংদা উবা ফংলে। লাইবজববসু মাযথোং মবা লামনা নোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈবে হাযবদুসু মখোযগী ভাব ভঙ্গীনা তাবই। টুরিষ্টশিংদা অঙাং শঙ্গুনা ঈশিংগী বোটল অমদি চুইংগম যোনগদৌবগী তৌবদু লৈবিদ্রবসু নুংঙাইতবা, শাওনিংবা উৎতে। চাক্লিবশিংদুসু তুমিন তুমিন মখুৎতমক তিংথোকলগা লেপ্তুনা লৈ দিস ইজ নোট দ এন্ড ওব দ ৱার্ল্ড" হাযবগী মতাদা। চীযানা পাই ৬ তৌবগা খোঙনা মতেক খবা ঐখোযনা লাকপা লম্বীদু অযুক্তা নোং খবা চুখিবদুনা লৈখোম লৈনাং থোকই। খোং উপতা লৈখোম পক্তনবা কাল্ল-কাল্লদুনা লাকপদু পুল্সিগী অযাম্বা মতমদা, অঙাং ওইবিঙেদগী হৌনা অসিদগীশু হেন্না ফৎতবা খুউ যৌনা পুথবা লম্বীদতা চৎলকপদুনবা মা অতৈগী ৱাদি খংদে ফনবু নুংঙাইখি।

সিলেট টাউনগী কুৱাবপাব কৌবা লৈকাযদগী ঐখোযগী লৈকায লালাবদিঘীবপাব চংলকপগী কি মি সিকি মুক শাংবা লম্বীদু নোবোক্কী লম্বীনি। লম্বীদু ভূত থোকই, ঙম্মে হাযদুনা ঐখোয শাথিবা ফংনা কিবম্মী। অথেংবা অহিংদা কনামত্তনা মথন্তা চৎপা ঙম্বগী শক্তি ফুদোকপা ঙম্লমদে। ' কোবোং লাওবী" কৌবা লম্বীগী নাকল অনীদা লৈবা লৌবুক শম্নহনবগী থোং অদুনি তম্নলাইগী লৈফম। মফমসিদনি ইবেংবম খুবা

বোবোবনা কৃষ্ণদর্শন ফংখিবা। ইবৈকাইগী লাইশ্রম অহল মামা ফাল্গুনি, খুডা বীবো, কাকা বীবেন্নবুদি রাবীসে লীবা মতমদা পুক্নি পাইদুনা নোকই। মখোযনা বাস শান্নবগীদমক মাছিনমপুবগী বিষ্ণুপুবিযা খুঙ্গংদগী বাইবকপা কৃষ্ণশাবগী ফিজোল শেৎচিল্লগা সন্ধ্যাগী অম্মম্বদা মমাংদা লেপ্লদুনা কৃষ্ণদর্শন ফংহনখিবনি। অহলদু কৃষ্ণদর্শন ফংলে খন্ন-খন্না নোঙ্গাখি।

লম্বীদু কাংগী মতমদা মীৎ-মায পাংবা ঙমদবমখৈ চুবা নোংদু ওইববদি খুউ য়ৌনা লৈখোম থোক্লুনা খোঙউপ খুৎনা পাইবগা লম্বী মতেক অদু লাল্লি। যুমদগী থোবকপা মতমদা খুদৈ অমসু যাওই, কুন্নাবপাবগী পাকা চনবা অচৌবা পুখ্রিদুদা খোঙ-খুৎ হাল্লগা তৈথোক্লবা। খুদৈদু চানমামুগী দুকানগী শাইজিন্দা তাশিল্লগা থম্মী হনখিবদা পুখিনবা।

নুমিৎ খুদিংগী স্কুল কাবা, অতৈ আই-জাই বজাব চৎপা, কাতু-কাবন, ইধব-উধব লৈখোম-লৈনাং মবক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপদা খোংবীগী খুজিন্দা ইনফেক্সনদগী খুজিন লাইপুমনা রাহনখিবদু কাওবা ঙমদে। লালাবদিঘীবপাব চংবগী লৈবক মচিন্দা হরাই চেংবাই যোনবা দুকান অমখক্তং লৈবদুগী মপুনি চানমিযা। মযাম্না নুংশিদুনা মাবু চানমামু কৌই। যাম্না সিধা আদমীনি, পুকচেলসু চাওই। তশেংনমক্কী সত্যযুগতা পোক্কদৌবা মীশক্নি। দুকানগী যোন্নবা থল্লিবা চিনি চফুদগী খজুবচিনি (খজুব পাম্বীদগী লৌবা চিনি) মানা উদ্রিবঙৈ তাঞ্জা যেংদুনা কোৎতুনা চাবা, শাইজিন্দা যাল্লিবা লফোয লফাংদগী লফোয হুবান্দুনা চাথোকপীবা অসি ঐখোযগী হৈনবী ওইবম্মী। উখিবা মতাংদা চৈবকই। মনাক্তা থমবা হুই হৌদোং তান্নবা শাংলবা খোইজেঙুম্বা বাশাংদুনা কন্নদৌগী তৌই, কর্নদি কন্নদে, এক্তিংতনি। মহাক্না শাওবসু ঙাইহাক্তনি। চানীংমন্দুনা চাকবে শাওগনু চানমামু হাযবগা মাগী শাওবদু অদুম হম্বুখি।

চীযাগী মতুং ইল্লগা লাকপদু হোটেল অমগী লোনী ফাওবতনি। "মযাম লপ্ক লৌবীবম্মু, সৌযাম বীপ চৎপগী বস পুং অমগী মনুংদা মফর্মসিদগী থাগনি" হাযবল্লগা মা বেপ্ক অমদা মখোঙ মখুৎ শাংনা তিংথোক্লুনা হীপথখি।

চীযা কৌবা খেমাব পাখং মচা অদুগী মশক অদু ইম্ফাল টৌকিজ সিনেমা হোলদা টিকেট ব্রেক শাম্নবা গুনেনগী (অশেংবা মীং লোৎচবে) মশক অদু কযা মাল্লে। গুনেনসু ঐনা কাওদবগী মবমদি নোংমা লোংগেষ্ট ডে কৌবা ইংলিশ ফিল্ম অমা ইমাম্নবা খনগা লোযননা যেংবা লাকপদা টিকেট ফংদদুনা মাংঙান্দগী ব্রেকতা টিকেট লৈবা তাখি। টিকেটকি মমল তাথোক তাশিনগী তরুবীংঙৈ মতমদা মানা হাযখি "তামোখোনগা থাজবীযু

ঐসু ছাত্র অমনি। উপাই লৈতদুনা কব্বাবসে তৌজবনি।" ঐখোয়সু ফিল্ম অসি য়েংনীংবনা মানা হায়বদু অদুম পীখি। অদুবু ইথা-থাজদনা গুনেননা, তামোখোযনা চুরূপ থক্লবা হায়দুনা শেল খবা হন্দোরকখি। মাগী মতৌদু উবদা ঐখোয় মাবু নুংশিদবা ঙমখিদে। মথংদা মাবু লৈবব্দি ঐখোয বুকিং ওফিসতগী টিকেট লৈদ্রে। ইং ১৯৬৩ দগী ১৯৬৬ ফাওবগী বানি। ইং ১৯৭৬ তা ঐনা ইম্ফালদা অমুক থোবকপা মতমদা গুনেননা উবিপোক্কী লম্বীদা স্কুটর থৌবগা চংখিবা থেংনখি। উকিলগী কীজেৎ শেৎলি।

ঐখোযনা বস ঙাইবা ওইনা পোথাবিবা হোটেল অসি য়াম্না লিববা তাংলবা মহু কুপ্পা অতাংবা উনা মনুংথৈ চনবা হোটেলনি। উগী ফর্নিচরশিংদুনা অমুক হেল্লি নানবা অমসু ফজবা। টেবলশিংগী মথক্তা হাপ্পা অমুবা মযী চংপা উপাক অদু উজাও অমত্তদগী মচেং মচেং পক্লগা লৌথোকপা উপাক্নি। কম্লবা চেযাবশিংদসু এবষ্ট্রেক্ত শেইপকি উ মপুমদগী পাঁস পাঁস কবপনি। অতাংবা অমদি ফজবা উগী পোৎ চৈ অসিগুম্বা ইচম চম্বা হোটেলদা ইনায লাযনা শাঁজন্নবা উবদা উ হোংবা লমনি হাযবদু অদুম খংবা ঙমলে। উ অদো চহী লাশীং লাশীং কযা পুন্সিববা উনি। উ পাম্বা অমা মপূং ফানা হৌবদা যীশু, বুদ্ধ অর্নাগী অবতারগী মতম লৌখ্রবনি। ঐনা খল্লি, মফমসি ফাওবদা অতাংবা উগী হবিলুট শাম্নবিরসিনদি সেনচুরিসিগী মনুংদা কম্বোডিযাদা অতাংবা উ তাকখিবা শোইদ্রে। উমং বামংসু মক ইকোক কোকলনি মক কোকপা সন্যাসিগুম। টুরিষ্টশিংদু মমীৎ কৃপ্তুনা চেযব টেবলদু যেংই, অদুগা নান্দুনা শান্নে।

ঐখোযনা সীযাম বীপ তম্না চৎপগী তোংবা বস অদু তপ্না তপ্না থৌববসু থোং লানবা খুদিংগী মীপাইদবা মী যাডদে। অমুক্তি শিশোফোনদগী কি মি ৫ বোম চৎলগা খোং অমা লানবা মতমদা থোংদুগী ফ্রো ফ্রো লাউববা উপাক্কী কাবক্তা চাকা পুথখিদুনা মপাম চদুনা চি খৎলগা পুখৎলবখি।

কম্বোডিযাগী পোইপেট বোডরদগা কি মি ৬ মুক লাপ্পা 'বানতে মীযানচে' প্রোভিন্সকি কান শিশোফোনদ্ যৌবা ফাওবা মসাক টেপতগী থাবকপা খেমার ঈশৈ তানা-তানা লাকখি। শক্লিবা ঈশৈদুগী শৈশক সুর অদু মৈতৈগী খুলং ঈশৈ কযা মাল্লুবে ঐদি থরায মাওনা তানবা হোনান কবিগুম্বা মেতেংলোলগী বাহৈকা যাও লাকপ্রা হাযদুনা।

শিশোফোন যৌদ্রিঙৈদা লম্বাগী নাকন্দা খম্বনা (মণিপুরী মহাকব্য "খম্বা থোইবী" গী নাযক) কাউ ফাবা অদুমক্কা মওংদা লেপ মুক বাংবা সিমেন্টনা শাবা মূর্তি অমা উবদা লমসি কম্বোডিযানি হাযবদু কাওথোক্লই। মহাকাব্য অসিগী হৌবকফম মোইবাং (মণিপুরগী মফম অমা) চৎপগী বাখলদা লৈকবে, মূর্তিদুগী মচুদি উৎ মচুনি।

শিশোফোনগী বসষ্টেন্ডদা বাজার মচা অমা লৈবম্মী। মদুসু অরাপ্পদা লৈবা মণিপুরগী খুঙ্গংগী বজার মাল্লি। নুপীশিংনা লূকমাই থারগা এঞ্ছাং-নাপী, নোংমগী চঙগদৌবা পোৎ মচা-মশু যোল্লি। ব্রাচেৎনা ফক্লাং খাবা অহোংবা পোৎতমক য়োনবা দুকান খবদা প্লাষ্টিক্কী বোটলশিং ফজনা হজাইদুনা (থেনদুনা) থমবা উই। অহানবদা খল্লম্মী ঈশিংগী বোটলনি, ঈশিং নৎলমদ্রে পেট্রোল ওইবমলে। মোপেট লুনাগুম্বা মোটোর সাইকল থৌবশিংনা লৈব-লৈবগা হাপ্পী। পেট্রোলগী সোর্টেজ লৈবদুনা ব্রেক শান্নবা ওইবমগনি খল্লি। মওং অসুম্নমক ফজনা হজাইদুনা থমদ্রবসু মণিপুরগী মফম কযাদা লম্বীগী মতাইদা পেট্রোল যোন্বদুমক্কি। মণিপুরদা ইল্লিগেল ওইবা পেট্রোল থম্বদগী মৈ হৌবক্কুনা খুদোং থিবা কয়া থোকপদু সিদসু থোকপ্রা হাযবদুদি খঙদ্রে।

শিশোফোনদগী সীযাম বীপ চৎপগী নেশনেল হাইরে নম্বর ৬ অদুমুক ফওবা লম্বী [illegible]গী পুন্সিদা থেংনদ্রি। অকুং অতোংনা থল্লবা লম্বীনি। মদু থৈবগা চৎপগী উপাই [illegible]। নাকল অনীবোমদা পাৎপি কোমথি লৈখ্রে। বসতুনা অকুং অতোং মবক্তুদা [illegible] খং চোংখ তৌবদুনা চাননা শোব মুনগে তৌই। টুবিষ্ঠ খর্বদি লেপখত্তুনা নৎত্রগা [illegible] থাঙ্গৎতুনা লৈবসু যাওই। অবাবা অসিগী মথক্তা অবাবা অমসু তোপশিল্লি। গাডি [illegible] বগল লৌখিবা কান্দা মদুদগী হৌবকপা উফুলনা মীৎ মায পাংবা ঙমদে। খোং লাল্লিবা বস মনুংদসু উফুল পাইশিল্লক-ই। মযাম টি শার্ট লৌথোক্তুনা মায মীৎ কুপশিন্নবা হাৎনৈ। কি মি ২০ মুক লাক্লগা 'বানতে মীযান্চে' প্রোভিন্সাকি মনুংচনবা 'প্রিয়া নাথ [illegible]' টাউন অদু যৌফাৎত্রিঙৈদা কোর্কলোন কৌবা খুঙ্গং অমদা চা নুং থক্কবা বস খাম্মী। [illegible] খবা নে তাখি। সীযাম বীপ যৌনা লাকপদা কম্বোডিযাগী খুঙ্গং কযা ফাওবগা [illegible]। খুঙ্গংশিংদু নোর্থ ইষ্ট ইন্ডিযাগী খুঙ্গংশিংগা কর্বমগ্রা খেন্নদে। লৌতাং শঙ অমদি [illegible] (বা যুংলগা শাবা কাংথক হাবা বাচেৎনা খাবা যুম), শেল পাযবা ইমুংগী মযুম [illegible] অদুগা যুমশিংদুগী শুমা দা মণ হামেংগী শঙ্গোল ওক্কী মকোল, [illegible] ডানুনা কোইহৈন [illegible] শান্নবা, যুমগী মাংদা লফু পাম্বী, ক্লা-পাম্বী, সুবী পাম্বীনা। [illegible]শিননা পুষ্টি মচা [illegible] নাকল অনীবোমদা লৈবিবা ঈশিং থুম্নবা লৌবুক্তা ঈন খোল্লগা ত্রা ফাবা [illegible] [illegible] কোম্না নুপী অঙাংশিং ঈক মাইথ ভবা অসি মযামসে উবগা এসে অসাম, নাগালেণ্ড মণিপুর, বাংলাদেশতা হৌজিকসু নৈশিন্দুনা লৈবিনোইতা নিংই।

বানা ব্রানা নুমিৎ ভাবমদাইদা সীযাম বীপ সহর যৌবর্কখি। ইশাদি পোল্লে বসকা ওগাং ওদদা। চাযানা এখোযগীদমক শাল্লম্বা বাকুল গেষ্ট হাউস হোটেলদগী লেংদ্রে এখোযনা পোইপেটতগী ভোংলকপা বস অদুসু হোটেল অসিগী মপুগী বস ওইবম্বদুনা

মানা ঐখোযবু হোইদুনা মফমসিদা পুবকপনি। হোটেল অসি তাংদে। মোডর্ন হোটেল অমগী সুবিধা পুম্নমক শুনবা লৈ। খ্বাইদগী সুবিধা ওইখিবদি চীযানা ঐবু আংকোবগী মন্দিরশিং য়েংবা কোইপু পুবীনি মাসু হোটেলসিদা লৈ হাযবদুনি। সীযাম বীপতা লাকপগী মবমসু অসিখক্তনি।

নোংঙাল্লগা অযুক অঙনবদা চীযাগী স্কুটবদা আংকোবগী মন্দিবশিং যেংবা থোবকই। ঐনা মাবু স্কুটবদ্ তপ্পা থৌহল্লি। মাগী মনগন্দা কেম-কোর্ডাবদু থল্লগা পুক্সিদা মঙদা ফাওবা উখিদ্রবা লম অসিগী সিনাবী খংদে অমা খংদে মীৎনা যাহা উবদু বেকোর্ড তৌনবা লাকনৈ। খবা চৎলগা এযাবপোর্ট বোডকি ইন্টবসেক্সন অমদা ট্রাফিক পুলিশ অমনা মাং থাবিবা টেম্পো অমা খাম্বদগী চীযাগী স্কুটবসু লেপ্পী। ঙাইহাক খামলিঙৈ শবক্তুদা ইন্টবসেক্সনগী ট্রাফিক পুলিশ অদুনা ঐখোযগী মাংদা খামলম্বা চাকা অহুম পানবা টেম্পো ড্রাইভবদুদগী পৈসা লৌবগা মাগী ফ্রবিৎ থাউদা হাপচিনখি। টেম্পোদা মীশিং হেন্না পুবগী শেল চাবা ওইবমগদ্রা। একশন অদুগী দৃশ্যদু ঐনা বেকোর্ড তৌবদু পুলিশ অদুনা উববসু 'ডেম কেযব' গী মওংদা চংখি। ইন্টবসেক্সন অদুগী মপামক্তদা লৈবাক অসিগী লৈখিদ্রবা নিংথৌ নবোডোম সিংহানুক অমসুং মহাক্কী মহাবানি মখোয অনীমক্কী অয়েকপা পোট্রেইটস্ পাক চাওববা বোর্ড অমদা থেৎলম্মী। মদুগী হেক মখামক্তদনি শেঙ্গা থুমজাগী ঘটনাদু। চীংলেম্বা বাজা বাণী অনীমক্কী মমাংদা তৌবিবা থৌদোক্তু উবদা মখোয অনীমক কপনিং-কপনিং তৌবা মাল্লি। পোইপেটতগী লাকপা মতমদসু বস ড্রাইভব অদুনা মফম অনী অহুমদা পুলিশতা শেল পীজবম্মী।

চীযানা হায "অংকল, কবপসন্না কম্বোডিযাগী হার্ট মহুৎ-মহুৎ হুৎলবনি।"

ঐ হাযগে তৌবম্মী, ঐসু কবপসন্না থল্লবা দেশতা চাওবকপা মচানি। অসিগুম্বা কবপসন অসি কবিসু নওে। অদুবু মানা ঐবু কবি ওইনা লৌখিবা মদ্ থল্লুবদা হাযবা ঙমখিদে। স্কুটব থৌনা থৌনা চীযানা সজেষ্ট তৌই, "আংকোব থোমদা চৎসি অদুদগী আংকোবদা লৈবা মন্দিব পুম্নমক যেংবা লোইবগা 'আংকোব বাট' যেংবনা বেষ্ট ওইগনি অংকল।" চীযানা হাযবগী মতু ইন্না সীযাম বীপ সহবদগী কি মি ৬ মুক লাপ্পা পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওবা লাইশঙ 'আংকোব বাট' থৈবগা সীযাম বীপ তুবেলগী তোবর্বান মনাক্তা লৈবা 'আংকোব থোম' গী অতৈ অতৈ মন্দিবশিং যেংবা লাকখি। খেমাব সম্রাজ্যগী বুদ্ধিষ্ট নিংথৌ জযভর্মন তবেৎশুবা (১১৮১ ১২১৯) না শাবম্বা কোনুং 'আংকোব থোম' গী মপাদু হেক যৌবকপদা চীযানা হায, 'খেমাব সভ্যাতাগী অবোইবা কোনুংনি অংকল।'

ফিমেয়াংকাস, প্রসাত বাফোন, টেরেস ওব দ এলিফেন্টস, টেরেস ওব দ লেপর কিং। আংকোবগী পাক চাওববা সিমানা মনুংদনা প্রসাত তাসোম, প্রসাত প্রা খান, প্রসাত বাকোং, প্রসাত বনতে শ্রী, প্রসাত প্রীযা কো, প্রসাত তা প্রোহ্ম, প্রসাত তা কিও অমসুং প্রসাত মেবোং কৌবা মন্দিবশিং লৈখ্রে। প্রসাত হায়বসি সংস্কৃতকী প্রাসাদ (নিংথৌ কোন্নু°) দগী থৈথরকপা অমদি লাকপা বাহৈ মাল্লি।

মন্দিব খুদিংমক য়েংবা চৎলুই অদুবু থৱায় তানা য়েংখিবা মন্দিরদি খরতনি। মদুগী মনুংদা 'প্রসাত বেয়োন', নিংথৌ জয়ভর্মন তবেৎশুবগী (১১৮৬) মতমদা শাখিবা আংকোর সভ্যতাগী অনীশুবা অঙকপা মন্দিব অমনি। 'প্রসাত বেয়োন' দা 'অভালোকেশ্বর' (ফংঙমদনা ফংবা মোক্ষ-নির্বান অদুবু মালেমপুম্বগী জীবশিংগী মুক্তিগীদমক্তা বুদ্ধনা ত্যাগ তৌখিবা অদুগুম্বা মহান ওইববা ভাব উৎপা) গী চাওর-চাওরবা মূর্তি য়েংউ-য়েংউবা মাযকৈদা হেক্তা লৈবম্মী। ফক্লাংদা হকপা চিত্র লীশীং অমগা চাম্মা লৈ। চিত্রশিংদু ১২ শুবা চহি চাগী মতমদা খেমাবশিংগী নোংমা-নোংমগী পুন্সি-থৌবমদগী হৌরদুনা 'ছাম' মুসলিমশিংনা আংকোব লৌখিবা (১১৭৭) মতমদা লান্দা শোক্লবা খেমার নিংথৌবু শামুদা পুবগা চেনবা, ছাম মুসলিম লান্মীনা মায়থীবা ফংখিবা (১১৮১) অদুগুম্বা লানগী চিত্র ঙাক্তনি। 'প্রসাত তা প্রোহ্ম' (অহল ওইশিল্লবা 'ব্রহ্মা') অসিসু জযভর্মন তরেৎশুবনা (১১৮৬) মমাগী মীংদা কৎলম্বনি। অহানবদা 'রাজবিহার' (নিংথৌ লম্বোইবগী আশ্রম) কৌরম্মী। মন্দিব অসিদা লাৎলম্বা লাইশিংগী মনুংদা 'প্রজ্ঞা পরমিতা' (মপূং ফারবা জ্ঞান) গী মূর্তি অদুনি মমাগী মূর্তিনি খন্না মহাক্না পূজা তৌরম্বা। বট পাম্বীগী চাওর-চাওববা মবা লীশীং-লীশীংনা যেৎশিন য়োমশিনখ্রবা মন্দির অসিদা নিংথৌবেল জয়ভর্মন তবেৎশুবগী মমাগী শত্তম লৌবা মূর্তি 'প্রজ্ঞা পর্বমিতা' করম্বনো ঐ খংদনা হল্লকখি।

'প্রসাত তা প্রোহ্ম' দগী থোবকপা মতমদা ষ্টেজ শাবগা খেমাব আর্টিষ্ট খবনা যন্ত্র ঈশৈ খোংগদৌবগী থৌবাংলম্মী। নৃংশা শার্বসিদা ম্যুজিক তাবগা শাফগদ্রা খন্দুনা উরুম লাংবা মফম অমদা লেপ্তুনা ঙাইহাক পোথাখি। মখোয়না খোংলকপা যন্ত্রগী সুরদু বসতা তাবকপা খুঙ্গং ঈশৈদুমক্নি। আর্টিষ্টশিংদুগী মবক্তা মন্ডিলা য়ৈরম্বা চহি মঙা/তরুক্কী নুপী মচা অমা যাওই। যাম্না বাবগী বাখন্দা লূপ্লবা মাগী মায়থোংদু লাইববা লাইবক থীবা অঙাং পূম্নমক্কী শাযোনগুম উখি। মঙোন্দা শেল থাবা মতমদা ইহাপ হাপ্লা লূরবা মমীৎ অনীদুনা কনবীরম্মু হাযবগী মওংদা য়েংলকই।

মফম অসিদা চহি কুষ্থা মবি/মঙাবোম শুববী নুপী অমনা চকনা শাবা স্পেনিশ অমসুং মেক্সিকানশিংনা উপ্পা 'শোম্ব্রেরো' গুম্বা যাম্না চাওবা টুপী যোল্লম্মী। লবাই লেম্ফু

হুৎপা মখৈ শাবা নুংশাদা খাংবা ৱারদুনা সাইড বেগ কোকথক্তা হাপ্লগা মন্দির অমদগী মন্দির অমদা চৎলিবা ঐঙোন্দা টুপী য়োনলম্বা উবদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মমল তিরুরুদ্রে মানা দোলার অমা পীয়ু হায়বদু লেম্না ফংবগুম খনখি। দোলার অমা ফংবদা মাসু য়াম্না হরাওই।

ইচম চম্বা খেমারশিংগী পুন্সিগী মরমদা খরা খংনিংদুনা মাগা ৱারী শানৈ। নুপী অদু ইংলিশ ফ্রেঞ্চ কাবক কাবক খংই। সাইথ-ইষ্ট-এশিয়াগী ট্যুরিষ্টকা শন্নবা দেশশিংগী মী অয়াম্বা (লাইরিক হৈবা হৈতবা) ইংলিশনচীংবা পৃথিবীগী মরু ওইবা লোল ঙাংবা ঙম্মী হায়বসিদি নেপাল, থাইলেন্ড, ইন্ডিয়াদসু থেংনখ্রে। নুপী অদুগী মমীং হংলুবদা 'সো নভি' কৌই হায়। খোঙচৎ অসিদা মীগী মমীং মথা হংবসিমদি ঐঙোন্দা হৈনবী ওইখ্রে। অদুসু অদুনি মীংনা খুন্নাই অমগী হায়ফেৎ মশক তাকপা ঙম্মী, ঐ খোঙচৎ অসিদগী তমলকখি।

"টুপী য়োনবা নত্তনা হিংনবগীদমক করি তৌই?" ঐনা হংই।

"লৌ উই। টুপী শারগসু য়োল্লি"।

সো নভি লৌ উবনি হায়বদুদা ঐনা মৈতৈগী 'খুল্লং চৎপা' এক্সপ্লেইন তৌই।

হংই, নখোয়গীসু চৎনবী অসি লৈব্রা?

যাম্না থৱায় য়াওনা খুম্লকই; "লৈ, 'পোভাস' কৌই"।

ইন্ডিয়া-বাংলাদেশতা মৈতৈ লৈরিবশিং লৌপান ফৌ হুনবা অমদি লৌ খাউবা মতমদা মতেং পাংনবা মতমদা 'খুল্লং' চৎনৈ।

সিলেট ডিভিশনগী মৌলভীবজার জিলাদা ভানুগাছ কৌবা মফম অমা লৈ। বাংলাদেশতা খ্বাইদগী হেন্না মণিপুরীশিংনা খুন্দাবা মফমনি। মৈতৈ খুঙ্গং তরামরি/মঙাবোম লৈরি। হৌজিক বিষ্ণুপ্রিয়াগী খুঙ্গংনা মৈতৈদগী মশীং হেল্লি। অদুগী মথংদা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুসলিম)। অদুনা ভানুগাছ অসি সেকেণ্ড মণিপুরনি হায়নবসু য়াওই।

পাকিস্তান্না পাল্লিঙৈ মতমদা ঐ নোংমা ভানুগাছকি হামোম খুল কৌবা মৈতৈ খুঙ্গং অমদা নিউজ অমগী মরমদা থিজিন খোমজিনবা চৎলুই। ভানুগাছ অসি বংলাদেশকি মৈতৈগী পুঙ-ঈশৈ জগোযগী কলা কেন্দ্রনি হায়বসু য়ায়।

বংলাদেশকী সোনামনি মেমোরিযেল এৱার্ড ফংখিবা পুংয়ৈবা ওঝা হামোম গৌরশিং, ঈশৈগী গুরু মাইবম ললিত অনীমক্কী পোক্লফম ভানুগাছকি হামোম খুলদনি। খুঙ্গং অসিগী মযাযদা বটপাম্বী অমা লৈ অদুদগী থোইনা লাপত্রে ঐনা থুংলুবা ইম্নংদু।

য়ালনি। প্লেটফোর্ম শিংদু শুক্লবা উমংনা কূপশিনখ্রে। য়ালদুগী মশাপুম্বদা নূঙদা হকপা শাদানবা অমদি শগোল-কৈ-লিনগী চিত্র, মওং-মওংগী শামুগী প্রোফাইল মশীং থিঙমদনা লৈ। শামুগুম্না য়াং চাওবা ফিগরসু য়াওই।

আংকোর থোমদা লৈরিবা নিংথৌ কোনুং (রোয়েল পেলেস) অদুনা কোয়শিল্লিবা সীমানাদুগী মনুংদা 'প্রসাত ফিমেয়ানকাস' (স্বর্গগী সনাকোনুং) মন্দিরসু লৈ। মফম অসি মতম অমদা আংকোর সভ্যতাগী নিংথৌশিংগী কোনুং ওইরম্মী হায়রবসু চেক্লা শিড়ি চনবা পুখ্রি অনীদু নত্তনা খুদম অমত্তা লৈত্রে। মন্দির অসি নীংখায়দুনা অমুক্তোইবা লোইরে, পাকা চনবা পুখ্রি অনীদুসু লাইরেন লৈরমগদৌবা মাল্লি।

বুফোন য়েংলুবদগী থোরকপা মতমদা লাপ্তক উই খেমার নুপীমচা খরনা কোকাকোলা, পেপসি, য়ুবী মহীকা য়োনবদু। খৌরাংদুনা মহি অমা লৈগে খনদুনা লাকপদা মফমসিদা চংলকপনি। নুপীমচাশিংদা মফম অসিগী মমীং হংলুবদা চুইংগম শায়ন-শায়না নুপীমচা অমনা হায়, "ফিমেয়ানকাস মন্দিরগী মমাংনি মফমসি। আ .... দা উরিবা গেইট অসিগী মনুংদনি 'ফিমেয়ানকাস' মন্দির।"

নুপীমচাদুনা 'ফিমেয়ানকাস' কী উচ্চারণ তৌবদু পিমেনকা ওইনসু তায়, প্রীয়াংকা ওইনসু তায়। চপচাবী উচ্চারণ খংনবা ঐনা হন্না-হন্না হংবদা শাওরকই; ফিমে-য়ান-কাস্'। মখোয় হৈ মহীখক্তা য়োল্লমদে। আংকোরগী মরমদা ইবা লাইরিক খরসু য়োল্লম্মী। নুপী মচা অমনা ঐঙোন্দা লাইরিক খরা য়োনশিল্লকই।

১০ শুবা শতাব্দী লোইরমদায়দা নিংথৌরেল জয়বর্মন মঙাশুবা অমসুং উদয়াদিত্য ভর্মন অহানবগী মতমদা শাখিবা মন্দির 'ফিমেয়ানকাস' কি মরমদা য়াম্না রস লৈবা লেজেন্ড অমা লাইরিক অমদা য়াওরম্মী।

লেজেন্ডদুদা পল্লি পেলেস মমুংদা মকোক মাপল লোঙবা লিন অমগী আত্মা লৈ। লিনদুগী আত্মা অদু নুপীগী শক্তম লৌরগা নুংদাং খুদিং নিংথৌগা মতম খরা তূম্মীন্নবগা চংখি। মাগা তূম্মীন্নববা মতুংদতা নিংথৌদুনা বাণীশিং অমদি হারেমগী অতৈ নুপীশিংগা ফমদিন্নবা য়াগনি। করিগুম্বা নিয়ম অসি ভাকহৌদ্রবা নিংথৌ অদু শোয়দনা শিগনি। নিয়ম অসি ভাক্লা চৎপদুনা খেমাব নিংথৌরোলগী ধারা নালা লৈহৌবনি। লেজেন্ডদি লেজেন্ডনি। অদুবু মশিনা তাকপদি খেমার রোয়েলটিদা লোন্না নুপী ভাংনবা, নুপী লোনবা অসিগী পরম্পরা অমা লৈরম্মী।

'আংকোর থোম' গী অৱাংদা লৈবা 'প্রসাত প্রিয়া খান' (শেংলবা থাংশাং) মন্দিব অদু শুক্লবা জঙ্গল অমগী মনুংদনি। মন্দিব অসিদা জযভর্মন তবেৎশুবনা 'লোকেশ্বর' কৌবা মূর্তি অমা লাৎলম্মী। মূর্তিদু মপাবুংগী মীংদা কৎলম্বনি হায।

মন্দিব অদু নীংখাযদুনা মচোই-মচোই তাবে। অদুগা উবানা যেৎখিদুনা সুম উবদদি অচৌবা অনাকোন্ডা লিন্না জিবা অমা মখাযাৎ ফাক্তোক্লগা যোৎতুনা লৈবা মাল্লি। মন্দিব মনুংদা নুঙগী যুম্বীদা হক্লপা মূর্তি মযাম লৈবম্মী। থবো-থম্বালগী মথক্তা জগোয শাদুনা লৈবা অঙ্গবা খবগী মূর্তিশিংদুদি যাম্না নির্থিজে। অসিদসু শিবলিঙ্গ লৈবম্মী। শিবলিঙ্গদুগী মখাদা মকোক মক শিং নান্না কোকপা অহল ওইবপ তৌবী নুপী অমনা ধুপ থারদুনা বুদ্ধ পূজা তৌবম্মী। মহাক্না শেংপা ফিজেৎকী মওংদু মৈতৈ নুপীনা ফনেক শেৎপনি। ঐদি অহানবদা শিব পূজা তৌবিব্রা খল্লুবে।

'ইষ্ট মেবোন' মন্দিবদনি ঐনা মৈতৈগী পেনা মখোল তাখিবদো।

১০ শুবা শতাব্দীগী মযায চল্লকপা মতমদা হিন্দু লাইনীং চৎপা খেমাব নিংথৌ অনীশুবা বাজেন্দ্র ভর্মন্না মপা মপুগী মীংদা কৎলম্বনি। মন্দিবদু ইচীক চীকই, টুবিষ্ট অমত্তা লৈবমদে।

মতম অমদা মফম অসিদা আর্টিফিসিযেল বির্জাভব (ঈশিংগী অচৌবা টেংক) অমা লৈবম্মী হায। বির্জাভব অদুগী মযাযদা শাখিবা 'ইষ্ট মেবোন' মন্দিবনি। মমাংঙৈদা হি তোংদুনা লাই খুকম্বা চৎনবম্মী। হৌজিক্তি লৈকং পাৎ ওইবে। বির্জাভব অমা লৈবম্মী কনানসু হাযবা ঙম্লবোই। থোইদোক্না যেংনিংঙাই কবিসু লৈতে।

অদুবু কবিগুম্বা ঐনা মন্দিবসি যেংবা লাক্লমদ্রবা পুন্সিদা চাওববা অভিজ্ঞতা অমা নানথোক্লমগনি। কৈদৌনুংদসু খংবা ঙম্লমলোই কম্বোডিযাদা মৈতৈগী পেনাগুম্বা যন্ত্র লৈ, পেনা খোংলম্লিবা মীদুনা খোংলম্বা সুব শৈশকসু মৈতৈগীনি হাযবা যায।

'ইষ্ট মেবোন' মন্দিবগী শিডিদা মীযায চল্লবা মী অমনা পেনাগী মখোল থোকপা যন্ত্রদু কোন্দুনা খোংগ্রাই চল্লগা তুমিন্না ফমদুনা লৈবম্মী। আর্মীগী মল্লবা ফুবিৎ লীৎলি। ফুবিৎ অদুনা মশা যোম্লবসু শদুম যাওদ্রবা মশাদগী কাপথোবকপা শকশিংদুদি লোৎপা ঙমদে। কুচু মকশিল্লি, অৱা অনাগী মৈশানা কাহৎলবা মাযথোংনি।

মাগী মশক অদু ঐনা শ্রদ্ধা তৌজবা লৈকাযগী মবাইবক থিবা অহল অমগী মশক্না মাম্নবপ তৌবদুদা সেডনেস অমা ফীল তৌখি।

অহল অদু বৃটিশকী মতমগী মেট্রিকুলেটনি, ওইদবা রা ঙাংবা হৈজদ্রবা মযাম্না ইকাইখুম্নবা মীওই অমনি। অদুবু মহাক্না পুলিশতা চংলুবদগী মহাক্কী পুন্সিদা কাল হাযবা লাইদু চংখি।

শেলচাবা পুলিশশিংগী মবক্তা শেল চাদবা মহাক অমা যাওবদগী পুলিশশিংদুনা শাওবক্তুনা মহাকপুতা তানথোক্লবা মহাক্কী মোন মখাদা মার্কদ্ তৌবা নোট থমজিন্নবিবগা এন্টিকবক্সন্দা তাকশিন্দুনা সসপেন্ড চৎহনখি। কাযনথংদা কেস ঙমদুনা মহাকপু বি ইন্সষ্টেড তৌবীববসু পাপকি মফমদুদা অমুক হন্না চংখিদে। হাজিবা শুবগী থবক তৌদুনা মপুন্সি লেনখি।

অহল অদুগী রাখল খন্না-খন্না মাগী মনাক চংশিল্লি। মাসু তপ্ন তপ্না মমীৎ উইশিল্লগা পেনাগী ছড (শামৈ) চিংবা হৌই।

পেনা খোংবা লোইবগা ঐনা দোলাব মঙা থাবদু মহাক্না যাম্না হবাওনা লৌশিনখি। মহাক্না হবাওবদো উবদা খল্লি, শেলগীদি ওইবমগদৌবা মানদে ঐনা থরাই যাওনা মাগী পেনা খোংবা তাখিবদুনা ওইবমগনি।

পেনাগুম্বা তাবা অহুম পানবা যন্ত্রদুগী মমীং হংবদা মহাক্না হাযবকই, 'ট্রোও'।

তাল্লকতুদা কদোমদগীনো পীক্লবী নুপীমচা অমনা মাগী চহি অনী অহুম লোমতা শুবিবা মৌপ্পাগী মখুৎ শন্নদুনা ঐঙোন্দা মিঠাই নিবকই। 'গীভ মী বোঁ বোঁ'। ঐগী বেগতা চোকোলেটকি বাব খবা যাওবম্বদু তেংনা পীথোকখি। নুপীমচাদুনা ইকাই ইকাই মিঠাই নিবকপদু প্রফেসোনেল ভিখারী মান্দবদুদা খল্লি কবিগুম্বা অচাপোৎ অমা পীবমদ্রগদি শোযদনা ঐগী নিংঙমদবা পোক্লমগনি।

ইষ্ট মেবোনগী অরাংদা 'তা সোম মন্দিব লৈ। মন্দিব অসিসু নীংখাযবে। মূর্তিশিংগী তেক কাযববা মকোক খবা লৈমাযদা ভাদুনা লৈবম্মী। কোনবা থুংদ্রবা হৈবোং পাম্বীগী মবক্তা লোৎতুনা লৈবা মন্দিবনি। ঐনা চ খিবদা হেমোক্তা ইাপ্পগা পোথাবম্বা চৌকিদাবদু নত্তনা কন্নাসু লৈবমদে।

'তা সোম' দগী বি মি ১০ বোম চৎলগা লৈবে 'বন্তে শ্রেই' মন্দিব। মনাকবাইদা মন্দিব অতৈ লৈত্রে। পীংব মচুগী সেন্ডষ্টোনদা হব পা মূর্তিশিংদু আংকোব সভ্যতাগী খ্বাইদগী নিংথিবা আর্ট বার্কনি হাযনৈ। মূর্তিশিংদু অযাম্বদি বামাযনগী চবিত্রদগী লৌবা ঙাক্তনি। ১০ শুবা শতাব্দীগী মযায যুগতা কন্নাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা কৎলম্বনি।

'বনতে স্রেই' হায়বদি 'নুপীগী কিল্লা'। মীংথোল অসি মন্দিরগী শিল্পকলাগী ষ্টাইলগা মতীক চাবা মীংনি মরমদি মন্দিরগী মনুংদা লৈরিবা পীংক মচুগী সেন্ডষ্টোনদা হকপা মূর্তিশিংদু য়াম্না ডেলিকেট অমসুং ওর্নামেন্টল ওই। নুপীগী থোৎ নৌবা খুৎনা যন্ত্র তৌদুনা শারমদ্রবদি অসুক্কী মতীক নিংথিজরম্লোই!

আংকোর অমসুং আংকোর থোমদা লৈরম্বা মন্দিরশিং থুংনবা কোয়রকই। মন্দির খুদিংমক্কী মওং মতৌ ষ্ট্রকচর ঐগী পৌরবা মীৎয়েংদা মওং অমত্তা ওইনা উখি।

মন্দিরশিংসি 'বেয়োন', 'আংকোর ৱাট', 'বনতে শ্রাই' ষ্টাইলদা শাবা মন্দিরনি হায়বসু য়াওবি। ঐঙোন্দা করম্বা মন্দিবনা করম্বা ষ্টাইলদা শাবনো লীশীংলক তাক্লবসু খংবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে।

জয়ভর্মন তরেৎশুবগী (১২ শুবা শতাব্দী লোইরমদাযদা) মতমদা শাখিবা বুদ্ধিষ্টশিংগী চাওরবা মন্দির 'বন্তে কদেই' যেংলুই অদুবু ঐঙোন্দা ইমপ্রেসিভ ওইবা মন্দির হায়বদু ওইখিদে। মন্দিরসিগী এনট্রেন্স মরিমক্তা গড়ুড়না ঙাকখৎপা মায়কৈ মরিদা বুদ্ধগী মমায় মবি পানবা অভালোকিতেশ্বর মূর্তিদুতমক উবকই।

'বনতে কদেই' গী নোংপোক থংবা গেইট লোমদগী থোবকপা মতমদা চাওরবা পাৎ অমগী মপান্দা স্যুভেনিব যোনবা নুপী মচা খরগা অমুকসু থেংনরে। ঐগী দবকার ওইগদৌবা মন্দিরশিংগী ফোটো য়াওবা ভিয়ুকার্ড খরা, টি-শার্ট খরসু লৈ।

মখোয়দা ঐনা হংই পাৎ অসিগী মমীং করি কৌবগে? নুপী মচা অমনা খুম্নকই, 'স্রাস্স্রাঙ'।

আংকোর এরিয়া অসিদা টুরিষ্টশিংদা পোৎ হাদুনা যোল্লিবা অহলসু অঙাংসু আংকোরগী মরু ওইবা ইতিহাস খংই। গাইডনা লমজিংবিদবা টুরিষ্ট ঐগীদি মখোয়দগী বেসিক ইনফোরমেশন ফংবদুনা যাম্না কান্নখি। পোৎ-চৈ খরা লৈবীবদুদা হরাওদুনা ঐনা হংলিবমখৈ মখোয়না খংবদুতা খুম্নকখি।

'স্রাস্স্রাঙ' গী মবমদা নখোযনা কবি খংবা ঐঙোন্দা লীয়ু হায়বদগী অমনা খুম্নকই, 'নিংথৌশিংগী ইকুজফম পুখ্রি হায়বনি।'

অদুদগী অমনা হায়বকই, "পুখ্রি অসি মযুংনা মি ৭০০/৮০০ লোম অদুগা মফৈনা মি. ৩০০ নি। খেমার লোন্দা 'স্রাহ্' (স্রাস্) হায়বদি পুখ্রি হায়বনি পাৎ নত্তে। ময়ায়দা

উনা শাবা মন্দির অমা লৈরম্মী। মন্দিরদু সিভিল ৱারদ বোমনা থুগাইখ্রে। স্রাস্স্রাঙ" পাৎকি অৱাংদা খেমার রুজ পার্টিগী মীহাৎ-মীপুন্দা শিখিবা মী লীশিং কয়াগী মাস গ্রেইভ (মীয়ামগী মোংফম) অমগী মনুমেন্ট অমা লৈ য়েংলুরব্রা?

মাস গ্রেইভ হায়বদুদা কম্বোডিয়াগী কোনুং 'নোম পেহ্ন' দগী কি: মি: ১৫ মুক লাপ্লা 'চোইয়ুং এক' (Choeung Ek) কৌবা মফমদা ১৯৭৫ দগী ১৯৭৮ ফাওবগী মনুংদা পোলপোটকী 'খেমার রুজনা ৱেষ্টনর ৯ অমসুং নুপী-অঙাং য়াওনা মী লীশীং তরা তরেৎপু নোংমৈ মরু তীংদনবা চৈতুপ্লা থোমদুনতা হাৎখিবগী ৱা নিংশিংলকখি। মফমদু 'কিলিং ফিল্ড ওব চোইয়ুং এক' হায়রগা খংদবা মালেমদা লৈতে। শিখিবা মীয়ামদুগী মরক্তা মী ৮৯৮৫ গী লেমহৌবা শরু শয়াং অমসুং মকোক্কী শরুশিং নিংথিনা মিংশেল চন্দুনা থম্মী 'কিলিং ফিল্ড ওব চোইয়ুং এক' মিউজিয়ামদা।

'কিলিং ফিল্ড ওব চোইয়ুং এক' মিউজিয়াম য়েংবা চৎলুদ্রবসু 'স্রাস্স্রাঙ' পাৎকি (পুখ্রি) অৱাংদা লৈবা 'মাস গ্রেইভ' অদুদি য়েংবা চৎলুই। তাংলবা উনা শাবা শহিদ মিনার অমা লৈরম্মী। ঐ শহিদ মিনার অদুগী মনাক্তা ঙাইহাক তুমিন্না লেপ্তুনা লৈথি।

'স্রাস্স্রাঙ' দগী থোবক্লগা চীযানা ঐবু ঙাইরম্মু হায়বা মফম অদো থাক থাক্কী শিড়িনা মায়কৈ মৱিমক খাজিনবা, 'নীয়ক পীয়ন' কৌবা ইথৎকুম্বা কোরোক-কোয়বা পীকথ্রবা মফম অমদা শাবা মন্দিব অদুগী মপাদনি। ১২ শুবা শতাব্দী লোইরমদায়দা শাখিবা মন্দিরনি, নাগ (লিন) গী মন্দিরসু কৌই। মরৈ মরৈ য়েৎশিন্নবা নুঙনা শাবা লিন অনী মন্দিরগী মমাংদা লৈ। মন্দিরবু কোয়শিল্লিবা পুখ্রি অদু হিমালয়দা লৈবা মীথিকেল পাৎ 'অনাভাতপ্তা'গী মওং মতৌনি হায়। পুখ্রিগী ঈশিং অদু থক্লগা লায়না লাযথুংসু কোকই হায়দুনা মমাংঙৈগী খেমার নিংথৌশিংনা মন্দিব অসিবু লায়য়েংশঙ ওইনা শিজিন্নবম্মী।

ঈশিংনা কোয়শিল্লিবা মন্দিরদু চংবগী লম্বী থোং লৈতবদুদা তকশি শোন্দুনা খাংখি। ঈশিংগা শম্নবা শিডি য়ৌবা ফাওবদি কুমথকই। ইবোযদুনা অঙাং মচাদৌনা তবুং-তবুং তৌদুনা শান্ননিংঙম্মী।

যুগ কয়াগী মমাংদা হাযফেৎ অসিমক মানবা ইঙুদম ওংবী অবোক নাতেক্কী পুখ্রি মচাদুদা লৈকাযগী তাদশিং থোকপা তা নবেন্না ঐবু ইরোইবা তম্মীখি।

## আংকোর ৱাট

পৃথিবীদা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা ঙকনিংঙাই ওইরবা আংকোর ৱাট মন্দির অসি তহা-তহা য়েংলগা লোইশিনিংখিদে। পুন্সিদগী পুরা নুমিৎ নীনি কাইথোক্লগা য়েংবা লাকখি তাং ১০ ওক্তবর, ২০০৩ গী অয়ুক অঙনবদা। নুমিৎ অদু খেমার বুদ্ধিষ্টশিংগী থৌদোক মচা অমা লৈরম্মী।

চীয়ানা হায়, 'থেরাভেদা বুদ্ধিষ্ট সন্যাসীশিংদা ঐখোয়না ঙমজবা শেলথুম অমদি অচা অথক দান তৌদুনা ধর্ম্ম প্রেকটিস তৌবনি, মথংগী নুমিৎ ফাওবা মখা চৎথগনি',। সন্যাসিশিংদুনা সুর অমখক্তংদা যন্ত্র খোংলগা ঈশৈ শকপদু হরি নোংনাংনা ঙংনা খোঙবগুম মায়কৈ খুদিংদগী তাবা ফংখি। নেপালগী স্তুপা অমদা তাখিবা শব্দদুগা মান্নদে।

'শূন্যতা' (নথিংনেস = শূন্য মতা।) না থল্লবা নুংতিগী পুন্সিদা আধ্যাত্মিক ওইবা ৱাখল অমা পুরক্লগা অহাংবদু মেনবগী ঙংবা ওইরমগনি। শূন্য মতাদু কবস্বা শূন্য মতানো ঐ হায়বা ঙম্লোয়।

জপানগী জেন্ (ধ্যান) তত্বগী মহাগুরু দোগেন (১২০০-১২৫৩) না মহাক্কী শোবোগেঞ্জো লাইরিক্তা পাল্লস্বা শূন্য মতাদুসু শূন্য মতা অমনি: ঐগী ৱাখলনা লাম্বা ফংলরোইদবা মহাক্কী শূন্য মতাদু অসুম্না তৌই।

'শূন্য মতা (নথিংনেশ) হায়বসে শূন্য মতা নত্তে। শূন্য মতা হায়বদি লৈতবা, অহাংবা হায়বদু তাকপনি। তশেংনদি শূন্য মতা লৈতে হায়বা নত্তে!'

বুদ্ধিষ্টশিংনা ধর্ম্মগী লাইরিক পাবা মতমদা মখোয়না ঙংবসি তারগা ঐগী পুক্নিংদসু শূন্য মতাগী ঈথার অমনা য়ৈরে।

অরাপ্পদগী 'আংকোর ৱাট' মন্দির হেক উবদা ঐসে পোকপগী মহৈ য়াল্লবোই খনখি। ঐগী লমকোয়-পুন্সিদা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা মালেমদা তোমথিন ওইরবা অসিগুম্বা মন্দিবগী মমাংদা লেপতুনা মীৎ পেন্না য়েংজগে থল্লকপসি যুগ কযা মমাংদগীনি। ঙসিদি নিংজবদু থুংলে। পুন্সিদা অসিদগী অহেনবা ফংফম করি অমুক লৈরমগনি ঐগী!

৯ শুবা শতাব্দীদগী হৌবদুনা ১৩ শুবা ফাওবা আংকোর ইতিহাসকি সনাগী যুগনি। যুগ অসিদা পাল্লস্বা খেমার নিংথৌরেলশিংনা শাবস্বা মন্দিরশিং খেমার অর্কিটেকচরগী মাষ্টরপীস ঙাক্তনি। মসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মক ওইবদি আংকোর তম্পাক্তা

শতাব্দী ১২ শুবদা খেমার নিংথৌ সুর্যভর্মন অনীশুবনা শারম্বা হিন্দু লাই বিষ্ণুদা কৎপা মন্দির 'আংকোর ৱাট' অসিনি।

কনা কনাগুম্বনা হায়বসু য়াওই পীরামিডকি মওং মানবা, চহি কুন্থা হেন্না মতম চংনা শাখিবা মন্দির অসি পৃথিবীগী ৱান্ডর্স নিপাল শুবনি অমসুং খেমার খুন্নাইগী মমল নাইদ্রবা লনগৈনি, খেমার খুন্নাইগী নাৎকীসু থৱায়নি।

'আংকোর ৱাট' পু কোল্লিবা ফুট ৬০০ লোম পাকপা থরো-থম্বালনা থন্না শাৎপা পাৎকী মথক্তা নূঙতনা শাবা থোং অদুনা 'আংকোব ৱাট' কী চংফম লম্বী ওইরি। নূঙগী থোং অদুসু থোং শাবগী কলাবিদ্যাগী থাগৎনিংঙাই ওইবা খুদম অমনি। নূঙ মপাক মপাক থাবগা শেম্মী। নূঙপাক অমত্তসু সাইজ মান্নদে, অমগা অমগা চানহন্নবা ককথৎ ককথৎলগা থায়। সাইজ মান্নদ্রবসু শিল্পকলাগী ফজবা অমদি য়াওই। নূঙপাক খরদা মশাদা য়াউরবা মীগী মকোক মানবা চিত্র থেংনৈ। মদু ঐদি নেৎপা হঙ্গোয়দুনা কাল্লগা চৎলি।

থোং অদুগী ওই-যেৎ অনীমক্তা ভক্তশিং পোখানবা মকোক তরেৎ লোংবা পৌবানিক লিনগী মওংদা শাবা নূঙগী বেঞ্চশিং থম্মী।

মন্দিব অসি শাখিবা মতমদগী লৈরক্লবা বেঞ্চশিংনি। ঐসু বেঞ্চ অমদা ফমদুনা 'আংকোব ৱাট' মন্দিবগী মওং মতৌ অমদি অকোয়বদা লৈবিবা পেনবমিক ভিয়ু যেংন-যেংনা হৌখ্রবা মতমগী খংদ্রবা ইতিহাসকি লমায় ফাক্লবা হোৎনবম্মী।

মন্দিব অসিগী প্রপোর্শন, বেলেন্স, কম্পোজিশন, স্কল্পচরনচীংবা পুন্নমক অসুক্কী মতীক চাং মান্নে অমদি ফজে হায়বদা পৃথিবীগী মনুংদা অথোইবা মনুমেন্ট অমনি হায়বদু চুম্মী হায়দবা ঙমদে।

যেৎতা নূঙগী দালান অমা উই, মদু লাইব্রেবীনি হায। মী চংনদ্রবা তবক-তবক নাইতোম তাবা দলাননি, ওইরোমদসু অদুগুম্বা দলান অমা লৈ। অদুগী মমাং অদু কবো-কঙ, থম্বাল, ফুমদি মথক্তা হৌবা পাম্বী মচা-মচা কযানা কৃপশিল্পবা পাৎ-ওই, কবি-ওই তৌবা ঈশিং তৃংনফমনি। ঐগী নাক্তা খেমাব মীওই খরসু চঙশিল্পগা ফমলৈ। আংকোব বার্টকি তাংলবা দৃশ্যদু মমীৎ কুপ্তবমখৈ মখোযসু য়েংদুনা লৈ, অসিদা পোকপা খেমাবমক ওইজববসু মতম কুইনা শুক্লবা উমংদা লোৎতুনা লৈকুববা আংকোব যুগগী অঙকপা খুদমসি পেন্দবমখৈ যেংলি, ঐদি অবাপ্পদগী লাকপনি মসিতা যেংজগে হাযবগী ৱাশক্তা,

ঐঙোন্দদি করি ওইনা থোক্কনি 'আংকোর ৱাট'? ঐঙোন্দদি মঙ-তাইবং অমত্তা ওইনা পুর্নশিন্নবখিবগুম থোকখি।

চহি কুম্ভামরি/মঙারোম শুরবা মী অমনা ঐঙোন্দা ৱারী শাবা হৌরকই। হংই, ঐ কদাইদগী লাকপনো? মশাগী পরিচয় পীরকই। আংকোর ৱাটকি সিকিউরিটি গার্ডনি, রাম (রান) লীম কৌই। মহাক ইংলিশ ফজনা হৈ। অদুবু মহাক্না হায়, মহাক লাইরিক তম্লক্তবা মীনি। মশানা হোৎনজদুনা থবক অমা ফংনবা ইংলিশ হৈনবা হোৎনখি। ইংলিশ হৈরবসু সিকিউরিটি গার্ডকী থবক অসি ফংবগীদমক দখিনা পীবা তাখি। নত্রগা নো ৱে!

তলব য়ামদ্রবদসু হিংনবগী উপাই অমদি লৈরে হায়দুনা নুংঙাইবা ফোংদোকই। ৱারী শান-শানা ঐখোয় অনী চৎপা হৌই। আংকোর সভ্যতা অমদি আংকোরগী মন্দিরশিংসিগী মরমদা ওথোরিটিগা লোয়ননা মহাক্না এক্সপ্লেইন তৌই ইতিহাসকী ওঝাগুম।

আংকোরদা লৈরিবা অয়াম্বা মন্দিরশিং মরু ওইনা আংকোর ৱাট অসি নুঙ অমগী মথক্তা নুঙ অমা লোন্নরগা শাবা মন্দিরনি। অদুবু ঙক্লিংঙাই ওইনা থোকপদি লোন্নরিবা নুঙশিং নর্পাশিন শমজিন্নবা সিমেন্টকুম্বা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা য়াওদে। মতম অদুগী অর্টিটেক্তশিংগী ঙক্লিংঙাই ওইবা অঙকপা ইঞ্জিনিয়ারিং স্কিলনি।

বিশ্বব্রহ্মান্ডগী নমুনাগুম শাখিবা আংকোর ৱাটকি ময়ায়দা উরিবা মেরু (হিন্দুশিংনা লাইয়ার্মাশিংগী লৈফম অমদি পৃথিবীগী ময়োলনি হায়না থাজনবা) চীর্ংনি হায়না খন্নবা পীরামিড মওং মানবা টৱার অসি য়েংবদদি থোইনা ৱাংবা মানলোই, ওল্লগদি ফুট চাত্রেৎ লোমনি। খ্বাইদগী ৱাংবা টৱারনি। টৱারগী মতোলদুনা স্বর্গগী সাম্বোল ওইরি। মতোন্দুদা নিংথিববী অপ্সরাশিং কামগী লীলা শান্নগদবগী ঙাইরি। অসিদা পুন্না টৱার মঙা লৈ। অদুগা মন্দির অসিগী নোংচুপ থংবগী চংফম অদুগী মাঙ্গোল মি: ২৩৫ পাকই। নুঙজাও অমত্তদগী হক্কুনা শাবা বিষ্ণুগী মি ৩ ২৫ ৱাংবা মূর্তিদু মাঙ্গোলসিদা লৈ। য়েংবা কাওবীগনু, রামলীমনা হন্না হন্না রিমাইন্ড তৌবকই।

'আংকোর ৱাট' মরু ওইনদি নিংথৌ সূর্যভর্মন অনীশুবনা মশাগী মোংফম ওইনবা শাবম্বনি। লেটরাইট হাযবা নুংশিৎ-নুংশা ফুর-ফুরগা সুম-সুম কন্নশিল্লকপা ঙাংলপ তৌবা লৈপাক মখল অমনা শাবা সমকোন মবিগী হেক্টর ২০৮ শাংবা পলনা কোয়বা মন্দিরনি।

মানা হায়বদু ঐ সুম তাশিল্লি খংব-খংদবা থাডব থাজদবা। শেংনা হায়ববদা কম্বোডিয়া য়েংনিংবগী যাম্না যৌবাংবা লৈখিবা লৈবক্সু মাগী ইতিহাস, কলচবগী মরমদা ঐগী গুান যাম্না ৱাৎলি।

'প্রিয়া পোরান' (বুদ্ধ লীশীং অমগী গেলবী) কৌবা মফম অদু ফাওবা বামলীমগা লাকমিন্নে। গেলবী অদুদা লৈবম্বা মচেৎ কয়া থোক্লা মযী চৎলবা নুঙপাক অমগী মথক্তা ফমদুনা মিনিট খবা অমুক ৱাবী শান্নববা তুংদা মহাক চৎখি। বামলীমনা চৎলমদাইদা ফ্রেঞ্চ এক্টব এলেন দেলোনগী পিকচব যাওবা চুরুপ উপ্‌দগী চুরুপ মচৈ অমা শৎতোক্লগা লানশিল্লকখি। ঐ চুরুপ থাদোক্লে হায়বদুদা হন্না হন্না থাগৎলম্লগা চৎখি।

ঐসু মহাকপু থাগৎলি। পুন্সিদা তাদবা খঙদবা কয়া তাহল্লম্বা মী অদুবু ঐনা কবন্না থাগৎত্তবা ঙম্লোই।

আংকোব সভ্যতাগী অঙকপা খুদোল 'আংকোব ৱাট' কি পল অসি লান্দুনা মন্দিব মনুঙ হেক চংবগা যেৎলোমদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী ক্রোশকি মওং মানবা গেলবী মযাম লৈখ্রে। গেলবী অমদা লাইব্রেবী (মমীংতা লাইব্রেবী হায়বা) দলান অমা লৈ মদুগা থংনবদনি 'প্রিয়া পোরান' (বুদ্ধ লীশিং অমগী গেলবী)। বুদ্ধ লীশীং অমগী গেলবী হায়জববসু বুদ্ধগী মূর্তি খবদমক লৈবম্মী।

ৱাবোল হকলম্বা আংকোব ৱাটতা ফংবা নুঙ অমসুং কোবাগী ইন্সক্রিপ্সন ৪১ গী মনুংদা অযাম্বদি 'প্রিয়া পোরান' দা লৈ। আংকোব ৱাটকি গেলবীশিং অসি অঙ্গবা অমদি বামায়ন মহাভাবতকী বাবীদা যুম্ফম ওইবগা যেকপা নুঙগী মূর্তিশিংনি। অঙকপা ফংনা নিংথিজৈ যেংবগী পেনবা নাইদে, কামদেবগী খুৎশেমনি।

হিন্দু-বৌদ্ধ লাইনিং অনীমক্কী চংজফম মন্দিব অসি উবদা হুইঙক যেঙকপদগী (ঙাকচানদুনা) শুম্নৎতুনা সুম পংথবকখি। অসিনি আংকোব ৱাটকি মহা শক্তি। আংকোব বাট, নুমিৎনা তাবা মাযকৈবোমদা মায ওনলী। গেলবী লৈতেংলিবা চিত্রশিং অদুসু এন্টি ক্লোক ৱাইজ ওইনা চৎলি।

হিন্দুশিংনা থাজনবগী মতুং ইন্না হায়বিবা খুদমশিংসি অশিবগা মবী লৈনবা খুদম ঙাক্তনি। অদুনা মাইচৌশিংনা 'আংকোব ৱাট' অসি নিংথৌ সূর্যভর্মন অনীশুবগী অবোইবা যাহীপ তানখিবা মফমনি হায়না থাজনৈ। মন্দিব নত্রগা মোংফম ওইজববসু আংকোব বাট উকববা তুংদা ঐগী থম্মোযদা অঙকপা ৱাখল অমা ফাওবকখিবদুদি ঐনা ইদুনা ফোংদোকপা ঙম্লববোইদ্রবা ৱাফমনি।

স্বর্গনি হায়বা মন্দিবগী খ্বাইদগী বাংবা টব়াব অদুগী মতোনদু ফাওবা কবি লৈবগে খর্গনিংদুনা কাকুই। মতোন যৌবগী শাথিনা ঙমবা শিডিদু খেমাব মৌ নহা অমদি মথাগী মচাদু কোল্লগা কাখি। ঐ মাগী তুং ইন্দুনা মতোন যৌবকখি।

একর ৫০০ না কোম্লিবা আংকোর ৱাট অসিগী মতোনদগী য়েংবদা নুঙনা শাবা অপোম্বা থম্বাল মঙাখক ফ্রেম চন্দুনা থম্বগুম ঐনা উই।

মথং নুমিৎতা অমুক হন্না য়েংবা লাকপদা সন্ধ্যা য়াচংবা ফাওবা লৈখি। আংকোর ৱাটকি ইতিহাস অমুক হন্না থিরুদ্রে। মন্দিরগী মনুং-মপালদা হনগৎ-হন্দা কোয়চৎ-চৎতুনা মতম লেনখি।

টৱারদুগী নোংপোক মায়কৈদসু শিড়ি লৈ, মী কাবা উদে। অদুবু খ্বাইদগী ৱাংবা টৱারদুগী মতোনগী নাকচেং অমদা ফমদুনা গেরুৱা শেংপা বৌদ্ধ ভিক্ষু পাখং মচা অহুম থক তারমদাই নুমিৎলোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী।

মখোয় অহুম্না তারমদায় নুমিৎ অদু য়েংনা য়েংনা করি ৱাখল খল্লিবনো ইহকাল (মপোক) অসিদা ঐনা ৱাবোল লৌবা ঙমদনা লৈহৌগদৌরবনি! ৱারোল লৌবা ঙমদ্রবসু ঐনা ইরন্নাই ওইবা ৱাখলনা শাগৎলি, মখোয় অহুম্মক শোযদনা ১১ শুবা শতাব্দীগী তিবেতকি সন্যাসি - কবি মিলারেপাগী কবিতা খিবমগনি।

> The Sun's last rays passing over mountain tops
> Return to your own abodes
> And as for me who soon must die uncertain of the hour of death,
> With self-set task of winning perfect Buddhahood,
> No time have I to waste on useless talk,
> Therefore shall I into the state Quiescent of Samadhi enter now

সীয়াম ৱীপকি 'আংকোর ৱাট' ঐগী পুন্সিদা পূণ্য ফংখিবা অরোইবা মন্দির পরিক্রমানি। মথংদা অমুক হন্না মন্দির পরিক্রমা তৌদুনা পূণ্য তানবগী ৱাখল থমদ্রে অপাম্বসু পোক্রে।

মন্দির য়েংবগী পারা লোইশিল্লগা মথং নুমিৎতা খেমার খুন্নাইগী পুন্সিমরেল য়েংনিংদুনা সীয়াম ৱীপ সহরগী লৈরক খুল্লক্তা ইথন্তা কোয়চৎ চৎলি। য়াম্না চমবা পুন্সিমরেলনি মখোয়গী।

সীয়াম ৱীপতা লৈরক খুল্লক্তা অমদি লম্বী মচাগী মীং থেৎতে। লৈকায়দুগী মীং পল্লগা পনথুংফম অদু থিবা তাই। অনৌবা টুরিষ্ট অমগী ওইনদি চীযাগুম্বা মী অমা চংই। মণিপুরদসু অদুমঙাই লৈরক খুল্লকশিংগী মীং থেৎতে। সমস্যা অমত্তনি। অদুবু মণিপুব চংবদা অথিংবা কয়া লৈবদুনা অততায় নত্তনা চুন্নগী টুরিষ্ট লাকপীদে, চীয়াগুম্বা গাইডকী দরকার লৈতে।

ইটালি অমদি ভিয়েৎনামগী তংখাইমুক চাওবা কিংডম ওব কম্বোডিয়া (স্কোয়াব কি. মি. ১৮১,০৩৫) কৌবা লমদম অসিগী সভ্যতাগী ইতিহাসকি হৌরকফম থিরুরগদি 'সীয়াম রীপ' (শ্যাম জাতিবু মায়থীহনখিবা) কৌবা প্রোভিন্স অসি নত্তনা অতৈ লৈতে হায়বদা কায়রোয়। কম্বোডিয়াগী নাৎ অমসুং আধ্যাত্মিক জগৎকি ওইনসু তৎনা থানবা য়াদ্রবা সীয়াম রীপনি।

সহরগী মীংসু সীয়াম রীপ কৌই। মোং হাদে মী ক্রিক ক্রিক ইন্নবা হায়বদু লৈতে। লাও খোংদুনা শোভাযাত্রা থোরক্কদবা মানবা সহবসু নত্তে। চিনবা চিনদবা মী পূম্নমক মাগী মাগী মথৌদা উংদুনা লৈ। সহবগী মযায় ফাওদুনা চেল্লিবা 'ষ্টাং সীয়াম রীপ' তুবেলগী ঈচেলসু মাগী ওইবা তপ্পবা খোংজেল গতি অমদা চেঞ্জে।

টেক্সি লৈ অদুবু সহব অসিগী মরু ওইবা ট্রান্সপোর্টতি ভেস্পাগুম্বা 'মোটো' কৌবা চাকা অনী পানবা গাড়ী মখল অমনি। ঐদি ঐগী হৌনবী শেল তিংদনবা খোঙনা চৎলি যেংনিংবদু য়েং য়েংনা কুশী তৌনা। সহর অসি য়াম্না লু নাম্বদি নত্তে। অদুবু মোৎলি হায়বসু যাদে। কেজবা হৈত্তবা লাইরবা ইমুংগী থবক্লা লাকহৎপা মৌ নহাগী মওং মতৌনি।

খেমাবশিংগী শক-চু, শাবান লাকপান, ফিবেপ অমসুং ফিজেৎ (নুপীনা ফনেককুম্বা ফি শেৎপা নুপানা ইমুংদা খুদৈ) মৈতৈ ঐখোয়গা মান্নবা কযা লৈববসু কলচরদা ইন্ডিয়াগী মেঘালয়দা খুন্দাবা খাসিয়া খুন্নাইগা হেন্না নকশিন্নবগুম তৌই। খাসিয়া সমাজগী চৎনলোনগা য়াম্না মান্নবা লৈ। মখোয়সু খাসিয়াগুম্না লুহোংলবা তুংদা নুপাদু নুপী ময়ুমদা য়াওং ইলহল্লি। অদুগা হায়ন-শিংনরবা মতুংদা নুপাদু ফব-ফগু চাং য়েংনবগীদমক নুপী ময়ুমদা লৈহল্লি। নুপী ময়ুমগী অহল লমনশিংনা য়ারগা লুহোংবা নত্রগা তোকপা। লুহোংদ্রিঙৈ নুপাদুনা নুপী ময়ুমদা লৈবা মতমদা নুপীগী মশা শোকহন্দে।

'স্লোব ক্রাম ভিলেজ' কৌবা মফমদা নুপীনা ফম্বা 'ইমা কৈথেল' অমা লৈরম্মী। নুপীতনা চলাইবা কৈথেল্লা মদুদি হাযবা ঙমদ্রে। এঙ্খাং নাপীদগী হৌরদুনা পোৎ মচামগু, ফিবোলসু যোল্লি, মিবাং নচীংবা অতাওবা তিল কাংসু। মী খরদি অচৌ অচৌবা মিবাং অতাওবদু হাওনা চাহৌই।

পোৎ-চৈ লৈবদা অমেবিকান দোলব দুকান্দাবশিংনা ফোংনা অদুম লৌই। মখোয়গী শেল বিয়েলদু কন্নামত্তনা পামবা উদে। বিয়েলগী কোযেন কোইথি থিববু দুকান্দাব অমনা কম্বোডিযাদা বিয়েলগী কোযেন লৈতে হাযবকই।

অহল ওইরগা লূ কোকথোকপসে কম্বোডিয়াগী চৎনবীরা খংদে নুপী-নুপা খায়দনা অয়াম্বা অহলশিং মকোক মক শিৎ নান্না কোকই।

মৈতৈ অহল-লমনশিং বৃন্দবান-নবদ্বীপতা চৎলুরবদি হল্লকপগী মরু শিৎ নান্না কোক্কুনা হনলক্লে। মদুগী চৎনবীদু মানশিনলক্লে। লম্বীদা গেরুৱা শেৎপা অঙাং ভিক্ষু (সন্যাসি।) য়াম্না থেংনৈ।

মুক্তি অমদি পূন্যগী আশাদা থম্মোয় শেংনা সন্যাসিদা ভিক্ষা পীনবসি বুদ্ধিষ্টশিংগী চাওববা থৌদাং অমনি, ঐঙোন্দা চাকমা সন্যাসি অমনা নোংমা হায়খি। সন্যাসিদু চিটাগাং হীল ট্রেক্টস্ খাগড়াছড়িদগী লাকপনি।

হৌজিকপুদি সন্যাসি অদু কেনাডাদা লাকপদগী গৃহী (য়ুমবানবা) ওইখ্রে।

হরিনাম শোন্দুনা ভিক্ষাগী ঝুলি খাউ যান্দুনা চৎপা লম্বোইবদা মৈতৈগী ইমুংশিংনা কৌশিল্লগা থম্মোয় শেংনা কৎপা ভিক্ষা পীবদুসু ৱাখল অমত্তা ওইবমগদ্রা খল্লি। চুম্ন লানবা, ভিক্ষা নিদ্রবসু শোয়দনা ফংগনি হায়বগী থাজবা লৈবদুনা গতি লৈত্রবা লাইরবা ইমুংগী অঙাংশিংবু মমা মপানা লম্বোইহল্লগা হিংনবগী পাম্বৈ থিহনবনি! হিংনবা হোৎনবসিনা খ্বাইদগী চাওরবা অশেংবা ধর্ম্মনি হায়নবদু চুমদ্রা খল্লকই।

ঐ ইথন্তা অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা কম্বোডিয়ান কলচরেল ভিলেজ যেংবা চৎলি। হোটেলদা লৈরম্বা টুরিষ্ট অমনা হায়রকপদগী য়েংবা চৎপনি। মানা খোঙনা চৎপগী দিরেক্সন পীরকই, এয়ারপোর্ট রোডতা চুমদ্রিং চৎলু। থিবসু ৱাবোই সাইনবোর্ড চাওনা থেৎত্তুনা লৈবনি। কলচবেল ভিলেজ অদুদা য়েংনিংঙাই কবিসু লৈতে। নৌনা শাবা আর্টিফিসিয়েল ভিলেজ অসিদা লৈরিবা পুম্নমক আর্টিফিসিয়েল ঙাক্ত ওইনা তৌই। ৱাটরফোল অদুসু নৰ্কলিনি। তাজমহল মাল্লপ তৌবা মসজিদ অদুগী মনাক্তা লৈরম্বা মিউজিয়ামদুদা ওরিজিনেল ওইবা করিগুম্বা অমত্তা উদে।

উ সুবা নুপী-নুপা শিল্পী খবনা পাইজনা উদা হক্কুনা, বুদ্ধগী মূর্তি অমদি আংকোরগী মন্দিরশিংদা লৈবা লাইশিংগী রেপ্লিকা শারম্বদুদি থাগৎনীংঙাইনি, য়াম্না ফজে।

খোঙনা সুক লাপ্পা মফমসিদা লাক্রগা য়েংনিংঙাই কবিমত্তা লৈবমদবদুদা শাওনিংবা পোকখি। 'মোটো' ৱায়বগা ৱার মিউজিয়াম তম্না চৎলগে খন্দুনা থোবক্পা মতমদা মৈতৈগী লাই হবাওবগী ঈশৈ অবিকল হেক মানবা সুবদা শকপা ঈশৈ অমা তাই। ঐগী ঙকপা হায়বদু খম থেংখি। পবপ - পরপ হোৎনদুনা ভিডিও কেমেরাদা ঐনা ঈশৈ অদু

রেকোর্ড তৌই। ঙসাই মখে লাইশঙনি খন্দুনা লৈথোক্কুনা লৈরম্বা মাচাং (কাংথক হাবা) ঊনা শাবা পেগোদাদুদগী শক্লকপা ঈশৈ ওইরম্লে। ঈশৈদো পেনাগুম্বা (তরা অহুম পানবা 'ট্রোও') যন্ত্রনা তুং ইল্লি। ঐ হায়ফম খঙদ্রে কম্বোডিয়াসিদা করম্নবু মৈতৈগী অরিবা ঈশৈ, খুল্লং ঈশৈদমক তারিবসিবু!

পেগোদা অসি তাংলবা ঊনা শাবনি। চংফম থোঙদা অপ্সরা অমগী ঊদা হকপা মূর্তি অমনা রেলকম তৌবগী ফিভমদা লৈবম্মী।

পেগোদাগী মনুং হেক চংবগা উই, থরো-থম্বাল, হৈরাং-লৈরাং শেঙ্গাদা ফজনা থেনদুনা পূজাগী থৌরাং কন্না শিল্পম্বা আংকোবগী মন্দিরদা যেকপা অপ্সারাগুম্না (ভারত নাট্যমগী ফিজেৎ শেৎপী) মশক-মতৌ ফজবী খেমার লৈশাবী অমা। থরায় যাওনা মহাক্না পূজাগী শিল লাংলম্বদু উবদা খল্লি, ঙশিসে মখোযগী কবিগুম্বা লাইগী ওইবা নুমিৎ ওইরব্রা।

মী কুন/কুম্থরোম তিল্লম্মী। অহল-অঙাং পুম্নমক শুরে। মখোযশিংদুগী মনুংদা লম্বোইবী মানবা অহল নুপী অনীনা লৈমাযদা ফমদুনা পানা ময়োম পুথোক্লগা পানা মনাদা শুনু তৈবদু ঐখোযগা করিমত্তা খেন্নদে। ফাই নীনো কৌবী ফিলিপিনো নুপী অমনা মখোয়স্ন ক্বা চায় হায়দুনা ঐঙোন্দা তমলকখি।

ভিডিও লৌবা মতমদা অহল অনীদুনা মরোল খঙদ্রবসু নোখি নোখি মুরুম মুরুম শোল্লগা ঐঙোন্দা খিগৎলকপদু ইমা ইন্দোনশিংনা মচা মশুদা নুংশিজদুনা চম্না ফাগী তৌবদুমক্নি। ইচে বীনাগী মমা, ইনে খুন্দোন লৈমা, ঐজ্ঞাসি, অবোক নাতেক, থিযাম ওংবী শাজৌবী, ঐগী ইমা মখোয় ময়াম্না ক্বা চাবগা নুংঙাইনা ব্বারী ব্বাতাই শান্নদুনা মচা মশুদা ফাগী ফারাং তৌদুনা মতম লেনবদু নিংশিংলকই। হৌজিক মখোয় অমত্তা লৈত্রে অদুনা হেন্নদুম নুংশিবা-কপনিংবা পোকহল্লি. খেমাব নুপী অনীদুগী ফাগী মতাদুদা ঐ নুমিৎ অদু ব্বার মিউজিয়াম য়েংবা চৎলুদ্রে। ইচম চম্না হিংলিবা খেমারশিংগী মবক্তা ওৎশিন নৈশিন্দুনা মতম লেনখি।

নোংঙাল্লগা লানগী খুজু-খুৎলাইগী মোংফমনি হায়না খঞ্জবা অদু য়েংবা চীয়াগা চৎলি। লানগী খুজু-খুৎলাইনবু অফবা করি ওইকনি? হাৎন শুনবা নত্তনা! ব্বাব মিউজিয়াম পান্নরম্বা আর্মস এন্ড এমিউনিশনগী মরমদা নিংথিনা জ্ঞান লৈরবা রিটায়ার্ড সোলজর মুনতে শ্রীনাৎ (ঐনা মুন্সিনাথ কৌই) না মহাক্কী পুন্সিদা থেংনরকপা লানগী তর্মথিববা ব্বারীগা লোয়ননা ব্বার মিউজিয়ামদা ডিসপ্লে তৌবম্বা মখল-মখলগী অর্মদি মল্লম মল্লবা

খুৎশু-খুৎলাইশিংগী ইতিহাস লীদুনা তাহল্লি। ঐদি দক্ষিণা য়াম্নাকা হায়জিল্লক্কব্রা চিংনদুনা মঙোন্দা হংগে তৌবদা মশামক্লা মাংজৌননা ব্রা থৎতুনা হায়, মাগী সার্ভিস অসি ফ্রীনি।

ঐদি খুৎশু-খুলাইগী ব্বারীদগী মাগী মশাগী ব্বারীদুনবু হেন্না পুক্লিং চংনা তাখি।

মানা হায় কম্বোডিয়াগী সিভিল ব্বারগী মতমদা চহি তরামাথোই/নিথোই শুরবা অঙাংসু সিফাই খনবা য়ারম্মী। মহাকসু লাইরবনা মরম ওইদুনা মপুকচাক তান্নবা অঙাং ওইরিঙৈদা আর্মীদা জোইন তৌখি। ট্রেনিং লোইদ্রিঙৈদা মখোয়গুম্বা অঙাং কয়াবুসু মতমদুগী সরকারনা নোংমৈ অমা পিরগা লান্দা শিক্কনবা থারকপদা মহাকসু য়াওই। হৈবা হৈতবা লোক তৌহৌদবা নোংমৈ পুদুনা মহাক্লা চৎপদগী শোইখিদুনা সিফাই ওইমিন্নবা মরুপ অমা মাগী মখুৎতা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি।

লেন্ডমাইনগী খনি লৈ হায়নরিবা কম্বোডিয়ানি। মহাক্লা ওপরেসন অমা চৎপদা লেন্ডমাইন অমা নেৎলুবদগী য়েৎকি মখোঙ শোক্তুনা মদু এম্পুট তৌবা তাখি। খোংগ্রাও তাখৎলগা এম্পুট তৌখিবা মখোঙ ঐঙোন্দা উৎলি। মশাদা পানবা হুক্তুনা চৎখিবা নোংমৈ মরুগী দাগফম কয়াসু। শোয়নাইবা অমা ওইবদগী থবক তৎখি। উপাই লৈত্রদুনা মহাক থা মাপল ভিক্ষা নীদুনা হিংনবা হোৎনরম্মী। ভাগ্যচক্রদা থাইলেন্ডদা লাক্তুনা রিফিউজি কেম্পতা লৈরিঙৈ মতমদা ইউ, এন, ও গী মতেংনা মখোঙ অদু হাপখি, ইংলিশসু তমখি। সিভিল ব্বার লোইরবতুংদা হায়জা-চৎচদুনা মফম অসিদা তলব ওইনা নোংমগী চারা অনীতং চাবা থবক অসি ফংবনি। ভিক্ষা নিবদগীদি মসিনা য়াম্না ফৈ।

ব্বার মিউজিয়াম অদুদা ডিসপ্লে তৌরম্বা মওং মওংগী লেন্ডমাইনশিংদু অমমম এক্সপ্লেইন তৌবা মতমদা মুঙ্গিনাথনা 'ওহ্ প্রেহ্ অঙ্গ' হায়না শোনখিবা তাই। ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমা হায়ব্রা হংলুবদা খুল্লকই, নত্তে লাই শোনবনি। লাই, মখোয়গী লোন্দা 'প্রেহ্ অঙ্গ' নি।

কম্বোডিয়াগী মফম কয়াদা অসিগুম্বা লেন্ডমাইন য়াম্না লৈখ্রে। ইতৎ-তৎতনা খংদনা নেৎলুবদগী মী কয়া-কয়া শিরিবা! অঙাংনা মহেল্লে শিবা।

কম্বোডিযাগী খ্বাইদগী ইকাইখুম্নবা বৌদ্ধ সন্যাসি মহাগোশানন্দনা হায়খি, "অতৈ করিমত্তা নত্তে, কম্বোডিয়াদা লৈরিবা লেন্ডমাইন ক্রোর-ক্রোর অসি লৌথোকপগী মিশন অসিনা ঐগী ইথৌ অমসুং ধর্ম্ম সেবানি!"

ব্বার মিউজিয়ামদুদা লেন্ডমাইননা শোইনাইহনবা অঙাং মচা ময়ামগী ফোটোশিংদু উবদা ওনথোক্লা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইখিদে।

## টোনলে স্যাপ

খেমার লোলদা টোনলে স্যাপ হায়বদি অচৌবা পাৎ হায়বনি। মফম অসি সীয়াম রীপতগী কি: মি: ১৫ মুক খা-রোমদা চৎলগা লৈ। সাউথ-ইষ্ট-এশিয়াদা খ্বাইদগী চাওবা ঈপাক্নি।

তুরেল, পাৎ, সহর, খুঙ্গং মীংগা চপ মান্ননা থোনবা য়াম্না থেংনৈ। পাৎ অসিগা চপ মান্নবা মমীংগী তুরেল অদুসু ঈপাক অসিগা শন্নবে। তুরেল অসি অমুক নোম পেন (Phnom Penh) মনাক্তা চেনবা তুরেল মেকোঙদা তিল্লুই। মেকোঙগী হৌরকফমদি তিবেতনি। মফম অসিদা ঐনা লাকপসি তঙাইফদদুনা লাকপা নত্তে। লোক্তাক পাৎতা অতাওবা ফূমদিদা য়ুম শাদুনা লৈবা অদুম হায়না অসিদসু ফূমদি মথক্তা খেমার, ভিয়েৎনামিজ অমসুং ছাম মুসলিম ঙা-ফাবশিংগী খুঙ্গং লৈ হায়বদুদা মখোয়গী য়ুগ কয়াদগী লৈবক্লবা তুরেল-মপানগী ওইবা পুন্সি য়েংবা লাকপনি। লোক্তাক্কা চাংদম্নবগী রাখলশু লৈতে।

লোক্তাক, মণিপুরগী লোক সাহিত্যগী মচাক কয়াগা শাগোন্নবা ঈপাক্নি। মৈতৈ কবিশিংগী অনুপ্রেরনাসুনি। মণিপুরী সাহিত্যগী তোমথিল অমা ওইরিবা মহাকাব্য ‘খম্বা থোইবী’ গী রোমান্টিক অধ্যায় কয়া লোক্তাক মাগী মশাইকোন্দনি।

কবি চাউবনা শৈশকলক্ষ্মী ঃ -

“ঙসিদি পুন্সিগী অনৌবা ঈচেলদা
অনৌবা ঈথক্লা হৌরক্লে
রাখলগী ঈপাক্তা, অরাংবা ঈরৈনা
পুক্লিংবু থুমহৎনা কারক্লে
মৈতৈগী ঈপাক্লা মাঙদা ঙান্দুনা
ইমীৎনা উজবা ফংজরে।
মৈতৈগী ঈপাক্লি, মাঙদা ঙাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে।”

মোটোরবোট মচা অমা রায়রগা টোনলে স্যাপ পাৎ অসি থুংনবা কোই। মোটোর বোট অদু চহি ১৫/১৬ কি নুপা মচা অনীনা শিল্প-শিল্পগা থৌই। অনীমক্লা ঐবু পাৎ অসিগী মরমদা তাকই মখোয়সু হিষ্ট্রিগী ওঝাদুমঙাই, মেকোঙ তুরেলনা পাথরকপা মতমদা

ঈচেল অদু টোনলে স্যাপ তুবেল মাযকৈ বোমদা চেল্লকই। চেল্লকপা ঈশিং অদুনা থনগৎলক্লুনা পাৎ অসি মিটব ১০ বোম লূর্থখি। পাকপসু স্কোযাব কি মি. ১০,০০০ বোমদগী হেন্না পাকথোবককই। অদুগা মেকোঙ তুবেলগী ঈশিং কংলকপা মতমদনা টৌনলে স্যাপ তুবেলগী ঈচেল অমুক হোংখিদুনা হঙ্গৎনা মেকোঙ পাংনা চেনখি।

স্কুল, পুলিশ ষ্টেশন, ঙা যোনফম, গুস্তীবগী ফার্ম, ফুমদি মথক্তা তাওদুনা লৈবদুসু খুদোম্বী থিল্লগা তাকই। ফুমদি মথক্তা মযুম শাবগা লৈবিবশিংদুগী পুন্সি মওং, মযুম চংদুনা যেংনিংলম্বনি অদুবু মোটোব বোট রাযবগী মতম লৈবক্তবনা মনাক থৈবগা হল্লকখি। মফি-মবোল থোংদবা পিক্লবা অঙাংশিংনা টোনলে স্যাপকী লাইজদা মপান থোকচিনবদু ব্রাসেলস্তা উবকপা মূর্তি মিনিকেন পিসদুমক্লা থর্নাখি। টোনলে স্যাপ, পাৎ অমসুং তুবেল অনীমক নোম ক্রোম (Phnom Krom) কৌবা মফমদুগী মনুং চল্লি। নোম ক্রোম কৌবা শতাব্দী ৯ গী লোইবমদাইদা যশোভর্মন অনীশুবগী মতমদা শাখিবা মন্দিব লৈবদুদি যেংলক্লে। অরাংবা চীংদোন্দা শাবা মন্দিব ওইরবদুনসু মখাদগী উবা ফংখিদে। অদুগা আংকোব বাট যেংলুবদগী মন্দিব অতৈ যেংনিংবা পোক্লে। মফম অসিদা মেলা তৌবর্ম্মী ধর্ম্মগা মরী লৈনবা মেলা ওইবমগনি, মী যাম্না তিল্লি। স্কুটব তোংবা পাখং লৈশাবীনা মশীং যার্ম্মী। চিল্লবা মীবক্তা স্কুটব থৌবগা মখোযনা থেকতোক-থেকচিন তৌদুনা চৎপদু কনাসু শাওদে। অঙাংগী শান্নপোৎ, অচা-অথক যোনবগী পোৎফর্মাশিংদু নুপীনা ফম্মী। মৌ নহা অমনা থুমোক্তা হা পুনা 'উতোংচাক' যোল্লম্মী। মদু উবদা থাযনগী তথেল মণিপুবদা চীংমী ইমা ইবেনশিংনা 'উতোংচাক' যোনবদু নিংশিংলুবে,। লৈবগা মহাও যেংই। চাকহাওগী উতোং চাকনি।

নোংজুথাগী মতমদা মেকোঙ তুবেলদগী হাথবকপা ঈশিংনা থুম্নবা টোনলে স্যাপ উবগা লোক্তাক অসুম পীকশিল্লকপগুম তৌই।

সীযাম বীপতা খবনি ঐনা লৈবম্বদু চীযাবু ঐনা কোযপু পুবগা চৎলি। নোংমগী মাগী স্কুটবগী ভাডা ঐনা চৎনীংবা মফমদা চৎপদা আমেবিকান দোলাব কুনমঙানি। অযুক নুংথিলদা হিষ্টোবিকেল সাইট যেংবা চৎলি অদুগা নুংদাংদা বোডিগার্ড অমগুম ঐবু ঙাক শেল্লি সীযাম বীপকি নাইট লাইফকি মজা থিবা চৎপদা।

পব্‌তা থবক তৌবা ইংলিশ ফ্রেঞ্চ ফজনা হৈবা নুপীমচাশিংনা টুবিষ্টশিংবু অহানবদা খংনবা হৌবক্কনি, মদু মখোযনা পৈশা লৌথোক্লবা থাকপা লার্গনি। মখোয অমত্তা ঐখোযনা চৎসি হাযবা মফমদা চৎসি যাবোই। মখোযনা হান্নদগী এবেঞ্জ তৌবা স্কুটবদা থেমদুনা পুবগা ড্রাইভবনে-মানে অনী চংদুনা পৈশা মুনবীবগা লম্বীদা থম্বীবমগনি নৎত্রগা

হাৎতোকপীরমগনি। ক্রিমিনেল সিন্ডিকেট অমগী মখাদা থবক তৌবা ঙাক্তনি। মখোয় খুৎলাই পায়বা মীনি চীয়ানা ঐবু চেকশিন্নবা হায়।

চেকশিন ৱাহৈদু কাওথোক্তুনা সীয়ান রীপ টাউনগী ওল্ড মার্কেটতা লৈবা 'ল টিগ্র দ পাপীয়ে' কৌবা পব্ অমদা চংলুই।

ফ্রেঞ্চ লোন্না 'চেনা শাবা কৈ' হায়না মীং থোল্লম্বদা ক্যুরিওসিটি পোক্তুনা চংলুবনি। চীয়া মপান্দা লৈহৌই। 'এনি প্রোব্লেম ঐ অসিদা লৈরমগনি, অংকল' হায়রগা স্কুটর মথক্তা মখোঙ লোন্নরগা মাগী হৌনবী চুরূপ চিংদুনা লৈহৌই।

মফমসিদা চীয়ানা হায়বগুম্না সম্রাথ কৌবী চহি কুন্নরোমগী বারটেন্ডর অমনা খংনবা হৌরকই। ঐ কেনাডাদগীনি হায়বদুদা ডিজাইনরগী কোর্স তম্বা কেনাডা চৎপগী ট্রাই তৌরি হায়দুনা ঐগী এদ্রেশ নোট তৌখি। মী খোন্নবগী মহৈ হৈবা মাল্লি। হান্নদগী খংনচান্নবা মী অমগুম ৱারী শাই। নর্পাশিন্নবা হোৎনৈ। ঐগী পার্সোন্যেল ওইবা ৱা হংদুনা ঐবু টেষ্ট তৌই ঐসে সেক্সতা ঙাওবা মীতারা?

'সমজদারকো ইশারা হি কাফি' হায়বদুনি। মানা হায়, ড্যুটি লোইদৌবা কুইদ্রে। সীয়াম বীপকী ডেলিকেসি টেষ্ট তৌবা রেস্তোরাঁ অমদা চৎলুসি, ঐ হরাও-হরাওনা য়াখি।

ঐনা হংই পব্'সিগী মীং ফ্রেঞ্চ লোন্দা থোল্লিবা করিগীনো?

মানা খুম্মী জোক মচা অমা থেৎলগা, 'ঐগী বোস ফ্রেঞ্চনি'। টুরিষ্ট ওইনা লাকপা মতমদা কৈ মাল্লম্মী হৌজিক্তি খেমার নুপী অমা লৌরুবদগী চেনা শাবা কৈ ওল্লে অদুননি।

সম্রাথকা শানবা ৱারী ময়াল-ময়ালনি। ঙাগা চাক্কনা (বেয় ত্রায়) মখোয়গী মরু ওইবা চীঞ্জাক্নি। অদুবু মানা পামজবদি হমবর্গর-পীৎজা। 'অপ্সরা' ষ্টাইলগী জগোয়সু হৈ। থাই-জাভা-ইন্ডিয়ান-থেরাভেদা অসি য়ানশিল্লগা শাবা জগোয়নি মানা তম্মী।

বাবদা মাগী ড্যুটি লোইরগা ঐখোয় অনী থোবকমিন্নৈ। ঐখোয় অনীনা বাবদগী থোরকপদু উবদা চীয়ানা ঐবু তান্নবগা খাম্মী অদুগা মাগী স্কুটরদা থুনমক কাখৎনবা হায়রকই। খুদক্তুদা নুপা অমা কদোমদগীনো পাইখোরক্তুনা চীয়াগা কন্না মরৈ য়েৎনবা হৌখি। চীয়ানা করি হায়না কিহনখিবনো খংদে নুপাদু তুমিন্না লৈখি। কাইনথংদা চীয়ানা ঐঙোন্দা হায়, মতম অমদা মাসু সীয়াম বীপকী ক্রাইমগী জগৎতা মীনা কিনবা মীওই অমা ওইবম্মী হৌজিক্তবু প্রোফেসর লকিমেন সামুথনা লাইরিক-লাইশু তমহন্দুনা অফম্বা

লম্বীদা পুরকপনি। মশক খংদ্রবসু মাগী মীং তারবা মতুংদদি ময়াম্না কিনৈ। প্রোফেসার লকিমেন হায়ব্বিবা মীওই অসি চীযানা হায়বদি লাইরবা ছাত্র লমফৈ চৎপা মীশিংবু লাইরিক-লাইশু তম্বীবদা লেম্না মতেং পাংবীবা সোসেল ৱার্কর অমনি।

ঐনা হংই, 'নংনা ঐগীদমক অসুক্কী মতিক কেয়ার লৌরিবা করিগীনো?'

'ঐগীদি ইমা ইপা, ইচিল-ইনাও মত্তা লৈজদ্রে, সিভিল ৱারদা তুম্না শিখ্রে। অংকলবু উবদা ঐগী ইপা নিংশিংলুরে।'

ইং শোক ১৯৯১, ওক্তোবর, ২৩, দা পেরিসতা সহি তৌনখিবা পিস ট্রিটিগী মমাং ফাওবদা কম্বোডিয়াগী সিভিল ৱারদা মশীং লাকঙমদনা শিখিবা মীশিংগী মনুংদা চীয়াগী ফেমিলিসু অমনি।

কম্বোডিয়া মতম অমদা হিন্দুনা পাল্লম্বা লৈবাক্নি। হৌজিক্তি হিন্দুগী বংশ থিবা ফংদ্রে, তেক কায়রবা মন্দিব-পেগোদাদা লাই বিষ্ণু, শিব, ইন্দ্র, গড়ুড়, শিবলিঙ্গ অমসুং অপ্সরশিংগী মূর্তিশিংদুতা মঙাইরে।

থাইলেন্ড-কম্বোডিয়াগী সহর খুঙ্গং অমদি নিংথৌরেলশিংগী মীং সংস্কৃত পালিদা থোল্লম্বসি উবদা খংহৌদনা ঐসে অমুক তুং হন্না থায়নগী রামাযন-মহাভারতকি যুগতা গদাগা পায়রদনা ফৈজোম, লুহুপ, খুরুম তোংলদুনা হল্লবগুম থনখি।

কম্বোডিয়াগী লাইনিং লোনচৎ থেরাভেদা বুদ্ধধর্ম্মনা অথোইবনি মথংদা রোমান কেথোলিক অমসুং 'ছাম' (খেমার ইসলাম)। ছামশিংনা খুন্দাদুনা লৈবা মফমদি মেকোঙ অমসুং টোনলে স্যপ তুরেল মপান্দনি। মরু ওইনা কোমপোং ছাং প্রোভিন্সতা। খেমার রুজগী মীহাৎ মীপুন মরক্তা চহি মরি (১৯৭৫-৭৯) অশি-অনা নংলুরবা ফুরুপনি।

'খেমার রুজ' হায়বা শব্দ অসি তারগা মঙলারুদবা মী হৌজিকসু ৱাৎতে হায়নৈ। পেরিসতা লাইরিক তমদুনা মোর্ডর্ন আউটলুক্তা চাওরকপা খেমার মচা পোলপোট মশামক্তা খেমার রুজগী মকোক ওইদুনা খেমার সভ্যতাগী লৈজবা শিল্প-সংস্কৃতি, ঈশৈ, জগোয় পুন্নমক তুমহনগে হোৎনরম্বনি। অদুগী হায়রুববদি হিলটর য়াম্না ফৈ। শিল্প-সাহিত্য-সভ্যতা মাংনবা তৌরমদে। চাওখৎনবা হোৎনরম্মী। মানা য়েংথিবনি থনবা জাতিদুতং লোইশিন্নবা হোৎনরম্বতনি!

হয়েং অয়ুক অঙনবাদা সীয়াম রীপ থাদোক্রগনি। সীয়াম রীপতা ঐ অমুক হল্লক্তবসু যাই। অদুবু ঐগী থম্মোয়নুংদা মোহব নম্বগুম লৈখ্রবা স্মৃতিশিংদুদি কৈদৌনুংদসু মূৎপা লৈররোই।

পুন্সিদা ঐনা য়ৌরুরবা লমদি ফনাময়াম্লে। কম্বোডিয়া য়ৌরকপসিনা খ্বাইদগী থম্মোয়না পেঞ্জখিবা খোঙচৎনি। মৈতৈগী ওইবা অমদি মৈতৈগা য়ান্না মান্নবা খুদম লৈরম্বগী ঝাফমতা নত্তে অরিবা ইতিহাস অমগী অরোইবা খুদমশিংগী মরক্তা মতম খরদংগীদমক ওইরবসু ঐনা হকথেংননা ঙাঙবা-শকপা উবা ফংবা ঙমজখিবদু ঐগীদি চাওরবা এচীভমেন্ট অমনি।

হয়েং চৎলগনি হায়বদুদা চীয়ানা ঐবু বিদাই পীবা ওইনা সন্ধ্যাদা ঐগী কাদা চংলক্লুনা কম্বোডিয়ান বিয়ার 'আংকোর' গী কেন তরুকখক পীরে। মাগী মতৌদু উবদা থম্মোয় নৌখি।

"নুংদাং ঐগা চাসি চীয়া" ঐনা হায়।

"য়াই অংকল।"

সীয়াম রীপকী নিংথিরবা সন্ধ্যা অমনি। নুমিৎ তাখিবতা ঙাইহিরি অদু ওইরবসু ঙসাই অয়ুক নুংথিলদা থেংনখিবা ওল্লাং মৈশাদু অইংবা মলয়া অমনা হুমদুনা পুখ্রে।

হোটেলগী অহাংবা লোবীদা ঐখোয় অনী 'আংকোর' বিয়ার চিংন-চিংনা ঝারী শান্নে।

"সীয়াম রীপ করম তৌই অংকল?"

"নুঙদা শাৎপী শিরোই লীলীনি।"

সীয়াম রীপকি মরমদা করিবু হায়সিগে হায়ফম খংদনা খুমখিবা ঝাহৈ অসি চীয়ানা পাম্বা ওইনা থোক্লুরে।

"হয়েংদগী ঐগী গার্লফ্রেন্ডবু নুঙদা শাৎপী শিরোই লীলী কৌরনি। ঐবু মানা নুংদি নুংশিরগা মাগী থম্মোয়দি নুঙগুম কল্লি, লুহোংলসি য়াদে!"

এশিয়া মচা হায়বসে খরদি রোমান্টিক ওই হায়বদু ফোংদোকপনি।

"নখোয় অনীগী লব-ষ্টোরী লীরগা তাহল্লদুনা?" ঐনা হায়।

চিনবানতনা নোক্লগা চীয়ানা খুল্লকই।

"ফাগী তৌবনিদা, অংকল। ঐগী গার্লফ্রেন্ড লৈতে। 'থুম-তিও' গী লব-ষ্টোরীদু ওইনা তাহনজগে।" কম্বোডিয়াগী অঙাং-অহল লোয়নমক্তা তারবা ফোকলোর ঝারীনি 'থুম-তিও'। সুক থম্মোয় শোকপা নুংশি-নুংঙোলগী বাবী অসি ঐনা তারমখিরোই খন্দুনা চীয়ানা ঐবু তাহন্দৌবগী লীবা হৌই। তশেংনমক্কী তাসু তাদ্রি। 'থুম' কৌবা পাখং সন্যাসি অমনা 'তিও' কৌবী নৈশাবী অমগা নুংশিনবগী ঝারীনি।

থুম, ঈশৈদা থৱায় লূপচবা সন্যাসিনি। ঈশৈ পামজরুবগী মরম্না সন্যাস থাদোক্কুনা কোয়চৎ চৎপা মতমদা 'তিও' থেংনরুবদগী মখোয় অনী নুংশিনখি। তিওগী মমানদি মখোয় অনীনা নুংশিনবদু য়ানিংলমদে। থুম-তিও কায়নহন্নবা শরৌ শিল্লদুনা তিওবু নিংথৌগী 'পান্নবী' ওইনবা কোনুংদা থারকই মমানা।

মতম লৈবা খিবিক্তা তিওনা থম্মোয় নুংঙাইতনা লৈবা উবদা নিংথৌনা মাগী থম্মোয় থৌগৎনবা ঈশৈ শকপা অমবু কোনুংদা কৌখৎকলি। ঈশৈ শকপা নুপাদু কনা ওইরমদ্রে থুম ওইরমলে। থুমবু উবদা হরাওমনখিদুনা তিওনা মখোয় অনীগী নুংশি ৱারী পুকচেল চাওবা নিংথৌদা তমথোকপদগী নিংথৌনা চানবিদুনা মখোয় অনীবু লুহোংবীরগা কোনুংদা থমখি।

নুংশি হৈত্রবা মমাদুনা পাওসে তাবদা মথৱাই শোকমনখিদুনা মমা কন্না নারে, শিদৌরে হায়শিন্নরগা ময়ুমদা তিওবু লাকুবা শরৌ শিনখি। তিওনা মমানা নারিবদু য়েংবা লাকপদু মাবু নম হাদুনা কোঙপোঙচাং কৌবা জমিন্দার অমগী মচানুপাদা থাজবীখি। তিওনা লাকমন্দ্রবদুদা থুম, তিওবু থিবা লাকই। থুম লাক্লে তাবদা মীহৌচাওবা জমিন্দারগী মচাদুনা থুমবু হাৎখি। মাবু হাৎখিবা মফমদুদা খুদক্তা তিওসু থুমগী অশিবা মশাদু কোল্লগা থাংনা থিনজদুনা আত্মঘাৎ তৌখি। থুমবু জমিন্দারগী মচানা হাৎখ্রে, তিওসু আত্মঘাৎ তৌখ্রে তাবদা পুকচেল চাওবা নিংথৌনা জমিন্দারগী ইমুং তুন্নবা হাৎখি। অসিনি থুম-তিওগী নুংশি ৱারী।

ৱারীনরবা নুংশি-নুংঙোলগী ৱারী পূন্নমক ট্রেজিডিনা লোইশিল্লি। লায়লা-মজনু, শীরিন-ফরহাদ, রোমিও-জুলিয়েটকি নায়ক নায়িকাসু আত্মঘাৎ তৌদুনা শিখিবা ঙাক্তনি।

মণিপুরগী মহাকাব্য খম্ব-থোইবীগী ট্রেজিডিসু অদুমঙাই। তৌবতবু শিবগী মতাংদা খরা খেন্নৈ। খম্বদি থোইবীগী মখুত্তা য়াইবী থৱায় থাখি। য়ুমগী য়েনখাদগী খম্বনা অতোপ্পা নুপা অমগী খোঞ্জেল লৌরগা ইয়োংদা ফি শাদুনা লৈবা থোইবীবু লক্করুবদগী থোইবীনা শাওরক্কুনা মন্ত্র শোনবা পাঙদেম লংলকপদগী মদুনা পান্দুনা শিবনি হায়বা বাংলাদেশতা হায়নৈ। থোইবীসু খুদক্কুদা আত্মঘাত তৌদুনা য়াইবী থৱায় থাখি।

থুম-তিওগী ৱারী অসি খেমার খুন্নাইগী মখল মথেল পুন্সিগী ওইবা শকফম খরদি ফোংদোকই। তুমিন্না নুংশিনদুনা লুহোংবা চৎনদে অহল লমন্না হায়নরগতা লুহোংনৈ হায়বদু তাকপনি। হৌজিকসু অয়াম্বা খেমার-লুহোংবা, অহল লমন্না হায়নরগা পাংথোকপা ঙাক্তা ওইনা তৌই।

লেজেন্ড-ফোকলোর হায়বসিমক্তবু খুন্নাই অমগী ৱাখল্লোনগী মমি খর-খরদি অদুম তায়।

অরোইবা ওইনা ৱা অমত্তং হায়জনিংই, লান, টেরোরিজম অমদি রাজনীতিগী রাশিয়ান রুলেগুম্বা মশান্নবু লৈত্রবা, খম থেংনা লাইরবা দেশ ওইরবসু দেশ অদু চাওখৎ লম্বীদা খোঙদাবা ঙম্মী হায়বসে হন্দক্কী খোঙচৎশিদা খংলকই।

যুগ কয়া সিভিল ৱার, টেরোরিজম অসিনা মরম ওইদুনা মিহূন থাহ্ন লৈতবমখৈ হিংলম্বা খেমার খুন্নাইনি। অদুবু হৌজিক্তি লৈবাক ইরাং লৈতবনা ইকোনমীসু নোংম-নোংমগী ফগৎলক্কে। কপ্তুনতা লৈবম্বা কম্বোডিয়ানশিং নোকপা হৈরে।

রাজনীতিগী ঈখেং ঈবান্দা নে তাদ্রবা, লৈতাদ্রবা সোনার বাংলাদেশ অদুগা নোংপোক্কী সুইজবলেন্ডনি হায়না চাওথোকবা মণিপুর ঙসিদি নোকপা কাওখ্রে। কম্বোডিয়াগী হান্না লৈরম্বা ফিভমদুগী মশক লৌরক্কে। অদুবু আশাদা আশা থমদুনা হিংবা, ৱাখল খনবা ঙমবা সমাজগী মীওই য়াম্না লৈরি, মরম অদুনা থাজে নোংমদি শান্তি লাক্কনি ঈহিং-নাহিং তারবা পৃথিবীসিদা।



বেয়োন মন্দির, আংকোর থোম।



আংকোর থোমদা লৈরিবা ফিমেয়ানকাস মন্দিরগী তেক-কায়রবা শক্তম।



টেবেস ওব দ এলিফেন্টস।



খেমারশিংগী ঈশৈগী যন্ত্রশিং।



আংকোর খোমদা লৈবা নাগ মন্দির।



আংকোর ৱাট মন্দিরগী মনিং থংবা অঙম্বা শিডি থাক।



আংকোব ৱাট মন্দিরগী ফক্লাংদা লৈরম্বা মকোক য়াওদ্রবা নৃঙগী মূর্তি।



আংকোব থোমগী লম্বীদা ঈশৈ শক্কুনা শেল তানলিবী নুপীমচা।



আংকোব থোমগী মন্দির চংফমদা নুংঙাইনা তুম্লিবা মী অমা।



সীয়াম রীপ বার মিউজিয়াম পাম্মরিবা মুনতে শ্রীনাংনা মশাদা নোংমৈনা পানখিবা মখুউ উৎপা।



লাইদা কৎনবা হৈবাং-লৈবাং শেম শাবিবী খেমাব অঙ্গবা জগোই শাবী।



তেক কাযববা মন্দির অমগী মমাংদা টুবিষ্ট অনীনা ফোটো নম্বা।



আংকোর বাট মন্দিবগী মনুংদা লৈবম্বা শিবলিঙ্গ।



শিশোফোনগী লম্বীগী মতাইদা য়োম্নবগী থেন্দুনা থন্নীবা পেট্রোল বোটলশিং।



আংকোর থোমদা লৈরিবা ফিমেযানকাস মন্দিরগী মমা[illegible]হে মহি য়োনলম্বী অমদি অইববু থংদ-উদা তাকপীরকখিবী নুপী[illegible]অমা।





পৃথিবীদা শিংথানিংঙাই ওইববা কম্বোডিযাগী সীযাম বীপতা লৈবা আংকোব ব্রাট মন্দিবগী মনিংথংবা অবাংবা শকক্তা তুমিন ফর্মালিবা ভিক্ষু অহুম।



আংকোব থোমগী প্রসাত তা প্রোহ্ম দা মৈতৈগী পে... যন্ত্র খোংলিবা কম্বো...গী খেমাব অহল অম...



আংকোব থোমগী প্রসাত মেবোংমন্দিবগী নুঙগী ফক্লাংদা হক্তুনা থমলিবা অন্সবাশং।





সীযাম বীপ বাব মিউজিয় থাগী তলব ফংদবা নোংমগী চবা অনিখক্কী ক্যবেটব
ওইবিবা মুনতে শ্রীনাৎ।



সীযাম বীপ সহবদা লৈবা উতনা শাবা মন্দিব অমগী মান্দপতা শুনু তৈদুনা পানা চানবীবী খেমাব অহল।



সাউথ ইষ্ট এসিযাদা থ্বাইদগী পাক চাউবা ক[illegible]যাগী টোন্‌লে স্যাপ পাংত[illegible] ইবোইদুনা শান্নাবৰী [illegible]চা।





সীযাম বীপকী কলচবেল মিউজিয়ামদা উদা লাই হক্লিবা হক্লিবী খেমাব আস্টি'শং।







টৌনলে স্যাপকী পাৎপ... নবা নোমক্রোম কৌবা মন্দিবগী মনা ঙা উত্তোং চা'ক ...ল্লিবী খেমাব নুপা অমা।



নেপালগী পাটান সহবদা লৈবা মিউজিযামগী ফক্লাংদা খিন্দুনা থল্লীবী পিথ্রাইগী মূর্তি অমা।



কাঠমন্ডুগী শযম্ভুনাথ বুদ্ধমন্দির চংলবগী [illegible] বিথাক [illegible]ফম।





কাঠমন্ডুগী দববাব স্কোযাবদা লন্না জগোই শাবা যেংলবা বৃটিশ মচা অমা।



কাঠমন্ডগী পশুপতিনাথ মন্দিরগী মনাক্তা চেল্লিবা বাগমতি তুরেল তোববান্দা মীপোংলোইবগী শক্তম অমা।



নেপালগা পে খাবাদা তাশ দলেক কৌবা ঈশে শক্তিনা তাহল্লকপা তিবেতান চৎলবা অম।



পোখাবাগা যে ওবা তাল লেইক মযাইদা লৈরে বোবাহিগী মন্দির।





ইউ কেগী সলসবাবীদা লৈবা হৈদ্রিযানস বাল।



লন্ডনগী মদাম তুস্সোদকী মিউজিযামদা লৈবা খোইকতনা শাবা সাইন্টিস আলবার্ট আইনষ্টাইনগা মূর্তি।





বেংকোক্কী পেলেস কম্পাউন্দা লৈবা মিউজিয়ামগী চংফমদা থম্না তোপশিং।



চেপ্পা ক্রিপ্পিনা লৈবা মি: ৪৬ শাংবা বুদ্ধগী মুর্তি, বেংকোক।





বেংকোকী কৈথেলদা য়োনলিবা খাজিংঙাবি।



আংকোর থোমগী চংফমদা শামু তোংলিবা টুরিস্টশিং।



ইউরোপিযান মণিপুরা এসোসিযেসনগী মেম্বরশিং, কর্লাইল, ইউ.কে।






লন্ডনগী মদাম টুসোদ মিউজিযামদা লৈবা খোইকত্তনা শাবা মহাত্মা গান্ধিগী মার্তি।



লন্ডনগী ট্রফালগাব স্কোযাবদা অইববু লৈফম চাফম পাবিখিবা জপানিজনি' ঙ্গোন হাব যো নকাজাওবা অমদি মৈতৈমচা নিলমণি সি হ (মযাইদা অইবগী মচানুপী লিক্লা)



পান্টে দববাব স্কোযাবদা গাইডক লোযননা।





কাঠমন্ডুগী হনুমান দোখাদা সাধু অমনা টুরিস্টশিংগা ফোটো নম্মিনরগা শেল তানবা।





াকা সতবদা রিক্সোগী কফেলা।

